# ৱারেং মরি

অপোকপা শ্রীগুরুদেবদা
অমসুং
মৈতৈরোন সাহিত্যবু নুংশিবিরশিংগী
খুবাক্তা

—আনন্দমোহন

## ঙাকপিগদবা—

লাইরিক অসী ছাপা লোইরহ্নুবা পুমশিল্লবা মতমদা হন্দুনা পারুবদা মক্ষম খরদা অরাল অহুই, অশোয়্-অঙাম খর থেংনজ্রে। কুপ্পা য়েংশিনবিবা মীশকশিংগী নীংবা থুংদবা ওইনা থোক্কদবা য়াওরে। ঐহাক্কী ইরালনি। ঈশাগী, ইমুংগী থুদোংচাদবা, অরা-অনা খর নংথিবা মতাঙ অমদা থোকখিবা ওইবনা ঐগী চ্যেকশিনবা বাৎপদগী থোকখিবনি। অশোয়্বা মক্ষমমক্তদা চুমথোকপা, শেমদোকপগী থুদোং চাবা লৈজ্জদ্রে, ঙাকপিগনি। ঐনা থেংনজবমখৈগী চুমথোকচবা মথাদা পিজরি—

—আনন্দমোহন

| লামায় | পরেং | অচুম্বা | অরানবা |
|---|---|---|---|
| ১ | ১ | পঙ্গুর্লঙ্ঘয়তে | পঙ্গুর্লঙ্ঘায়তে |
| ১ | ৪ | মন্তব্য | মন্তব্য |
| ২ | ১৯ | তৃতীয় | তীয় |
| ৩ | ১ | বৰ্জ্জিতাম্ | বৰ্জ্জিতাম্ |
| ৩ | ২১ | ১০ | ১২ |
| ৪ | ৯ | ( শাস্ত্র চীনুফা···ন্যায় ) | লৌথোকপীয় |
| ৭ | ৬ | লৌজরগা | লৌজয়গা |
| ৯ | ২৩ | সৃষ্টিরেষোঙরোঙরা | শৃষ্টিরেষোঙরোঙরা |
| ৯ | ২১ | পুথোকখিবনি | পুথোকপিরনি |
| ৯ | ২৭ | কল্পনা | কপ্পনা |
| ১০ | ১১ | কৃষ্ণবিমুখনি | কৃষ্ণবিমুখনি |
| ১১ | ৮ | মতমদগী | মতমদদি |
| ১১ | ৮ | ফাওবসি | ফাওবনি |
| ১৩ | ২৬ | নিমাই | বিমাই |
| ১৯ | ৮ | প্রবোধানন্দ | প্রভবানন্দ |

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১৯ | ১২ | রাকম | যাকমর |
| ২০ | ১৭ | শ্রীভবান | শ্রীভগান |
| ২০ | ২০ | যাত্রা | যাত্র |
| ২৫ | ১৮ | গতিরৈস্থথা | গতিরৈর্ণথা |
| ২৭ | ২১ | লীলাশুক | লীলাশুকা |
| ২৯ | ৩ | শ্রীকৃষ্ণচৈতশ্যনমু | শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যনমু |
| ৩১ | ১৪ | পোকপা | পাকপা |
| ৩৩ | ৯ | তাৎপর্য্য | তাৎপর্য্য |
| ৩৯ | ২৪ | বিপ্রলব্ধা | বিপ্রলব্ধ |
| ৪১ | ২ | পরিত্যজ্য | পরিত্যয্য |
| ৯৬ | ২ | ঐহাকসি | ঐহাকর্মসি |
| ৯৬ | ৪ | তাকহন্দুনা | তাকবন্দুনা |
| ৯৬ | ৭ | তৌবা | হৌবা |
| ৯৭ | ৬ | করি | কয়ি |

প্রিয় আনন্দজী !

মাণ্যবরগী "ব্রারেং মরি" গী মরীদা রাহৈ থর থমজরে, য়ারিবমথৈ শাস্ত্রগী ওইবা খোঙ্গোক্তগী শোগৎনিংবনি, থর ইরিবসিনা মীয়ামদা কান্নবগী মহুত্তা হেন্না মন্নবা ওইনা থোকপা য়াই ।

মরম অসীনা লৌবা য়াবা থর লৌবিনবা তৌবিয়ু ।

ঐদি মী ওইত্রিবনি ।

ভবদীয়

শিবদত্ত

তাং ৫।৮।৮৭ ইং

## "ব্রারেং মরি"

মাণ্য শ্রীযুত আনন্দমোহন সিংহজীগী "ব্রারেং মরি" অসী হন্না হন্না পাজরে, থঙবদি ঙমদে অহুবু নৈনরোম্দা য়ুক্তম ওইবনা শঙলবন্থু ইথিন থরদি নমহুনা পিনবা ওস্বা "ব্রারেং মরি" নি । শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য দেবগী ব্রজভাবনাদা গোপী ভাবকী আত্মসমর্পণ হায়বদি শৃঙ্গারময়ী রমন লীলাদা গোপীকাগী সমপর্ণাতা ওইবা রমণনি ; নায়কনা রমণনা বিত্তরণ সমর্পয়িত্রীশিংগী আত্মরস প্রকাশন তৌবনি হায়রৈ ; অচেৎপা মীৎয়েংদি—নায়ক অসি আত্মারাম মন্মথ—মন্মথ, আত্মন্তবরুদ্ধ সৌরত (নৈষ্ঠিক ব্রহ্মচারী) মন্নসিতনি । কামাতুরগী কামজয় তৌনবগীদমক মর্ত্যদা শৃঙ্গারসকী মওং ওইনা রসময়ী লীলা অসি পুথবিরকপনি ।

## "শঙ্কর মতপু নিন্দা"

মাণ্য আনন্দমোহনগী "ব্রারেং মরি' গী পৃঃ ৮, ৯, ১০, ১১ নং : কাঙবদা মায়াবাদগী ব্রারেং পীবিরি ; অচুম্বনি, শঙ্করমতকী নিন্দা য়েংসি —পদ্মপুরাণ উত্তর খণ্ড ৯৩ অধ্যায়—রুদ্রনা দেবীদা হায়খিবনি,

১। জ্ঞানীশিংগী পণ্ডিতকারক ( লৈখ্য তাহনবা ) তামস শাস্ত্রশিং শৈব, পাশুপত, বৈশেষিক, ন্যায়, সাংখ্য, চার্ব্বাক, বৌদ্ধ জৈন শাস্ত্রসিনি।

২। মায়াবাদদি অসৎ শাস্ত্রনি অমসুং প্রচ্ছন্ন বৌদ্ধ শাস্ত্রনি।

৩। মায়াবাদ অসি ব্রাহ্মণ রূপতা রুদ্রনা কলিদা তাক্লম্বনি।

৪। মসিদা শ্রুতি বাক্য নাথৈনহল্লি ; কর্ম্ম থাদোক্লবা তাকই। জীব অমসুং ঈশ্বর অমত্তনি হায়রি, ব্রহ্মবু নির্গুনি তাকই।

হৌজিক য়েংগদবসি নিন্দাগী পান্দম করিনো হায়বসিনি—শঙ্করগী মত অসি মায়াবাদ নত্তে, ঔপনিষদ বাদনি। মতাংসিদা ব্রাহ্মণরূপী রুদ্রনা মায়াবাদ প্রচার তৌবনি হায়না নির্দেশ তৌবা মরম্না বৈষ্ণব-শিংনা আচার্য্য শঙ্কর অমসুং মহাক্কী মতবাদবুনি হায়না খনলুবত্তনি ; নিন্দাসিনা আচার্য্য শঙ্করগী ব্রহ্মবাদদা লক্ষ্য তৌদে, মরমদি শঙ্করমত মায়াবাদ নত্তে ব্রহ্মবাদনি। শঙ্কর মশামকনসু ২।২।৯ বেদান্ত সূত্র ভাষ্যদা ব্রহ্মবাদনি হায়না লৌরম্মি।

অমরোমদা বৈষ্ণবকা মত-তসু নিন্দা লৈ, বরাহ পুঃ, কূর্ম্মপুঃ, সূত সংহিতানচিংবদা বেদভ্রষ্টশিংগীনি কুণ্ডগোলকনচিংবা অন্ত্যজশিংগী লান্না লম্বীনি। য়েংগদবদি নিন্দাগী উদ্দেশ্য স্বরূপকথন নত্তে, মসিদি মতবিশেষ্যদা শ্রদ্ধা হেন্না পোক্লবনি।

"রারেং মরি" পৃঃ ২৫ দা ঃ অসিগা ( হরিনাম লোয়নবা ) ইবুঙো মাবু ( শ্রীকৃষ্ণবু ) ফংজবা হায়বসি থম্মোয়দা চেংজৎ নিংগদবনি। মাগী ( শ্রীকৃষ্ণগী ) জীব পুম্নমকপুসু মুংশিবা তাবনি। জীবশিংদা প্রেম লৈগদবনি। মথংদা বিশ্বপ্রেম লাকদবনি। মসি জগৎ কল্যাণ—য়াই-ফনবগী লম্বীনি। ভক্তি লৈগদবনি, ঐনা মতোল্লে হায়বা নিত্তীনা লমজিং ওইগনি—বৈষ্ণব পরম পরাগী ওইবা রারেং অসাদি ঐখোয়না মিংশেল ওইনা নিতিগী য়েংগদবা মৈরানি।

পৃঃ ১৬, পৃঃ ১৮ঃ "গোপীভাব অমদি রাধাভাবকী থ্বাইদগী হেন্দোকপদি আত্মসমর্পণ অসিনি শ্রীকৃষ্ণনীদমক ঈকাইবা, হুঙোইবা, তুরুকচবা, কিবা, য়াবা-য়াদবা মখোয়গী করিমত্তা খন্দবা ভম্মী। ইবুঙো-গীনিতবু হায়রবদি মখোয়না ভমদবা, ভম্মোইদবা তৌহৈবা তৌহৈদবা করিমত্তা খল্লুদে।

য়ায়েং অসিগী গোপীভাব আত্মসমর্পণ অসিদগী লৌজরিবদি সর্বসমর্পণময়ী গোপীশিংদা 'ঐ' 'ঐ' হায়বা চাউথোকপা নাপল অমদি 'ঐগী' 'ঐগী' হায়বা পোঙবা লৈতবনি। নির্মম—নির হঙ্কার গুণ অসি চেল্লবিনী। ঐগীনি, ঐনি হায়বা অহং ভাব লৈরিঙৈদা জীব ওইবগী তৌহৈবা তৌহৈদবনচিংবা অনী লোঙবা ভাব অদু করিমত্তা খল্লুদে হায়বসিনা গোপী ভাবকী মকত্রবা ভাব ফোংদোকপনি।

পৃঃ ২৭, পং ৪ঃ "মাহুগী মন্নুংদগী অথোইবী শ্রীরাধাভাবনি।" অসিদি হায়রুরিবমথৈ য়াংহৌরগদবা ঙাকনি। অদুমক্ত অথোইবী ওইরিবীনি, অদুনবু হায়ঙমলিবনি শ্রীকৃষ্ণদা—

"ন খলু গোপিকানন্দনো ভবানখিল—দেহিনামন্তরাত্মদৃক্।"

শ্রীরাস পঞ্চধ্যায় গোপীগীত—৪ শ্লোক।

অরোইবদা গোপী—

সগুণ বিদ্যা অমদি নির্গুণ বিদ্যাদা ঙমথৈ য়ৌনা হৈরবীনি, ব্রহ্মগী নির্গুণভাব সগুণ ভাব শ্রীকৃষ্ণরূপতা মতম অমতদা সক্ষাত দর্শণ ফংলিবীশিংনি, ইতি শং

বন্দে ........ব্রহ্মগোপালবেষম্।

—শিবদত্ত

# ৱাহৌদোক

সমাজ সেবক অমসুং সাহিত্যিক, থোইদোক্লস্থ মণিপুরদা লাইব্রেরীগী আন্দোলন হৌরকপগী লময়ানব অম ওইরিবা শ্রীময়েংবম আনন্দমোহন সিংহগী নীংথিজরবা রচনাগী লাইরিক—"রারেং মরি" না মপূং ওইনা লাউরিবদি—সাহিত্যগী সেবা তৌরিব। ঐখোয় পুম্নমক তর্ক তৌনসি, মমুংগী ভাবশিংসি থিদোকসি মপান্দ। ইতাউ তান্তনা চংকম্নুসি, হায়বসিনি। অসিনা পায়খৎলি মথং মগং শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী পুন্সি অমসুং বাণী, কবি জয়দেব অমসুং মহাক্কী গীতগোবিন্দ, মহাত্মা গান্ধী অমসুং অরোইবদা—রামায়ণ, মহাভারত অমসুং মণিপুরীশিংগী খম্ব-থোইবীগী বারী। অমমম নৈনবদা লাইরিক অমমম শাবা য়াবনি। অদুবু শম্নপ্না মতমগী মীৎয়েংদা রারীশিং অসি অমসুং চক্রী থাংবা মতাং কয়াগী কিশি থোক্লবা হোৎনবগা সোয়ননা থোরক্লি যুক্তি তর্কনা য়োমশিল্লবা অইবগী কূপশিনব মীৎয়েং অমা ·

শ্রীগৌরাঙ্গগী চহী ৫০০ শুবগী মণিপুরদা পাঙথোকখিবা সভা অমগা মরী লৈনবা সভাপতিগী ভাষণ অমদা পুথোক্লি প্রেম অমসুং ভক্তিগী তুংনক্ষম ওইরবা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী পুন্সী অমসুং মহাক্না থম্বীরম্বা ধর্ম্মগী লাইনীং মওং। তশেংনমক ফজনা ফোংদোকই। মতাং অমতংদি লৌথৎচরি। গৌরাঙ্গনা বিষ্ণুপ্রিয়াগা কায়নবদা ভক্ত-সমাজনা লৌনরি—নিদ্রা দেবীগী মতেং অমসুং মহাপ্রভুন লোম্ন চৎখিবা। লেখক্কদি য়ানিংদ্রে। অসিনা হায়রি—অনিমক ফিজেৎ-লৈতেং তৌমিন্নখি রতি লীলাগী ঈঙ্গিৎকা লোয়ননা কায়নরমদাইগী মিংকূপসিদা। রাক্ষম অসি কৃষ্ণদাস কবিরাজগী "চৈতণ্য চরিতামৃত" দা য়াওদে। বৃন্দাবন দাসকী চৈতন্য ভাগবত" তা য়াওদে। য়াওরিবদি লোচনদাস ( মপূং ওইবা মিং লোচনান্দদাস ) কী মীরামগী পূক্নীং শুন্দ্ধৎনবা ইথিবা "চৈতন্য মঙ্গল" দা য়াওবনি। মসিবু অমুক মহাত্মা শিশির কুমার ঘোষনা মহাক্কী লাইরিক "শ্রীঅমিয় নিমাই চরিত" তা ময়েক শেংনা শোগৎলি মরমদি করিগীনো? ইবুঙোনা বিষ্ণুপ্রিয়াদা কায়নবগী মৈচাক অক্ত কুইনা চাকুনা লৈহৌনবনি। শ্রীকৃষ্ণনা মথুরাদা লেঙখিবদা কপখিবা ইবুঙোগী মায়থোং উহৌবদোনা শ্রীরাধাগী মফমদা। কৃষ্ণদাস কবিরাজনা হায়রমই। ধর্ম্মগী অশেংবা মশক্তি তর্কনা ফংবা ঙমলোই—

ফংগনি বিশ্বাসনা ( "বিশ্বাসে মিলায়ে বস্তু তর্কেবহুদূর" ) জ্ঞানগী অমসুং বুদ্ধিগী রাংমদা লৈবস্তু য়াই। অদুবু ঐখোয়দি তৌবা তাই —তর্ক, কুপশিন্না নৈনবা, যুক্তি বিচার। রাংমগী অচুম্বা অদু ফংননবা।

হৌজিক ফাওবা জয়দেব অমসুং গীতগোবিন্দ নৈনবা লোইদ্রি। লোইবস্তু লোইরোইদৌরি। নৈনবা অসিদা ফোঙ-ফোঙ শারিবা অমদি ডাক্তর সুনীতিকুমার চট্টোপাধ্যায়গী "জয়দেব" নি ( ফোঙবা—সাহিত্য একাদেমী ১৯৭৩ )। শ্রীআনন্দমোহনসু চৎনরিবা মমুং অমসুং মপানগী মত কয়া পুশিন্দুনা নৈনরি। কাব্যগী লাইরিক অমা ওইনা "গীত গোবিন্দ' গী মগুণ কয়াবুদি শীংথানরবস্তু মীশক অমা ওইনা কবিসি —সাধক অমরা নত্রগা চুম্নগী কবি অমা ওইবতরা? লেখক্না কবিবু ধর্ম্মগী চৎনরিবা মীৎয়েংদগী বৈষ্ণবকী সাধক অমা ওইনা লৌরি। গীত গোবিন্দগী মমুং হুজিনবা ব্যাখ্যা তৌরি। চপ চাবা ভক্ত অমগী মীৎয়েংদগী কবি জয়দেব অমসুং মহাক্কী গীত গোবিন্দবু নীংখিজনা পুথোক্লি। মপূং ওইবা বাফমদি গীতগোবিন্দ—শৃঙ্গার রসকী শৈরেংনি। ভাগদবদি সংযমী ওইরবা ভক্তশিংতনি।

রারেংশিং অসিগী মমুংদা "গান্ধী অমসুং ধর্ম্ম" হায়বা অসিদি নীংখিজনা, কোচি খাংদনা, গান্ধীজী অমসুং মহাক্কী বাণীবু শেংনা তাকপনি। সত্যদনা গান্ধীজীগী পম্বুংফমনি। অহিংসানা মসিবু ফংনবা লম্বীনি। ঈশ্বরবু য়াদবা মীশক্তি লৈরি—অদুবু সত্যবু যাদবা মীশক্তি লৈতে। অসিনা ঈশ্বরনা সত্য ওইবগী মহুত্ত গান্ধীজীনা হায়রি - সত্যনা ঈশ্বরনি। বাফম অসি শন্দোক্না তাকপগা লোয়ননা বিশ্বপ্রেম অমসুং শ্রদ্ধাবু নৈনরি। গান্ধীজীগী চহী চামা শুবগী পৃথ্বী শীনবা থুংনা পাঙথোকখিবা উপলক্ষদা মণিপুরদা ফোঙদোকখিবা রাখল থরনি।

অকোনবগী লামায় ৪৪ গী বারেং অসিমদি খ্বাইদগী মপূং ওইনা নৈনবনি। মণিপুরীশিংগী রারী লাবা ওঝাশিংগী মহাভারত অমসুং রামায়ণদগী হৌবদুনা মহাকাব্য অনি অসিগী শক্লোন কয়াসি মচাতানা নৈনবা হোৎনরি। চক্রীগী মতাং কয়া পুশিল্লকপনি। রামায়ণগী রারীদা মন্থরাবু ঐখোয়না হন্থনা য়েংবা চুম্বা? মীনায়মুবীনিনা মবেম্মগী ফনবতা থনবতনা মহাক্কী মথো ওইরোইদ্র? অদুগীসু মথক্তা মন্থরাগী চরিত্র অসি লৈরমত্রবদি রামায়ণ ইচম চম্না লৈরমলোইদ্রা? য়াম্মক

খম্বা য়াবা মতাংনি। তশেংবসু রামগী অভিষেককী পাউদা কৈকেয়ীসু মুংঙাইজরম্মনি। অদুবু মন্থরানা কাপশিল্লবা মতুংদদি দশরথকী খাঙ-ঙমদবা চৈনাখোল তম্লদুনা কৈকেয়ীনা রামদা চঙশিন্দুনা হায়রকই—ফবা ফত্তবা নপানা হায়বদু তৌগদবনি মাদুদা য়ারবদি ঐহাক বারী তমগে। রাম্না খুম্লকই নোল্লুক্না মপুক্কিং মুংশিনা – "ঈপানবু হায়রবদি ঐহাক মৈদা চোংশিনবা ঙমই, চুম্মু চাবা ঙমই, সমুদ্রদা চোংথবসু ঙমগনি।" মপাদা চত্তুনা হায়জরুই—' ঐহাক বন্দা চৎচগে।" নিংথৌ দশরথনা রাম্মদুনা লৈমায়দা তুখি। তুংদা মপাবু অমসুং সন্মান তৌবদা মঙাকচাত্রবী ( বাল্মীকিগী চপচাবা রাহৈ —' অনার্য্য' ) কৈকেয়ীবু য়েং ওইনা কোয়রগা থুরুমজদুনা কোম্মুং থাদোকখি। লক্ষ্মণনা শাউমন-খিদুনা হায়রকই—ঈপা হাৎপা ঙমগনি। মমা কৌশল্যানসু চৎখিন্নু খামজৈ। অদুবু রামনা খুমই চাংলেম্না—ঈপাগী য়াথং হিক্তোকপা ঐগী শাক্তিগী রাংমদানি। অসিনি রামায়ণগী রাম। শ্রীআনন্দমোহননা টিকা তৌরি— "মুপীগী শরৈ নিপানা খাঙবা ঙমদে " ত্রেতা যুগতগীনা কলিযুগ ফাওবদনি। উত্তর কাণ্ডগী মতাংদা কোম্না হাপচিল্লকপা মাল্লি হায়বসি লেখকসু থাজৈ। অদুবু .লৌবদি লৌশিল্লি। অদুবু মসিমক য়াওরমত্রবদি রামায়ণগী মগুণ ময়েং তাগনি। মীরা ঙাঙনবা কোক্লবা অমুক্তা হন্না অগ্নি পরীক্ষাগী বাফম লাক্লবদা সীতানা হায়খিবা ঐহাক্লা রাঘব নত্তনা অতৈ অমবু খল্লবা হমা মাধবী (লৈপাক লৈমা) ঐহাকপু লৌশিনবিরো। পুক্কিংদা, রাহৈদা অমসুং থবক্তা রামবু মতম পুম্বদা পুজা তৌজরবা, রাম নত্তনা অতৈবু ঐহাক্লা খঙত্রবা—ইমা পৃথিবী, ঐহাকপু নথাকোন্দা লৌশিনবিরো। রাফম অসিগী চৈনাখোন অসিগী অর্থ করিনো হায়বসি জনম দুঃখিনী সীতাগী মরমদা খনবদা অপাবা পুম্নমক্কী মীৎলুদগী পিরাং কোক্রি। মতাং অসিসু লেখকনা ময়েক শেংনা নৈনরি। মতৌ অম্নুম্না মহাভারতপুসু খজিক্তুং য়েংবদা জয় তৌবা ঙম্লরোইদবা কৌরবপু শ্রীকৃষ্ণতনা মাচংদা লেপ্লতগী অমসুং ওইদবনচিংবা কয়াগী পান্থে শীজিন্নবদগী পাণ্ডবনা জয় তৌখি। দ্রৌপদীদি মঙাগী মুপী ওইরবসু লক্ষ্য ককখিবদি অর্জ্জুননি — অসিনা মহাপ্রস্থানগী খোঙচত্তা মহাক্লা হাম্না তুখিবনি হায়নসু পল্লি। তশেংবদি মহাকাব্য অনিমক্তা লৈরি—অরাবগী পোলোই। কারি মরমগীনো ? মহাভারতপু শমজাম্না পুথোকপা রাজসেখর বসুনা মসিগী অর্থসি মথাগী শ্লোক অসিনা লোইশিল্লি—

"সর্বেক্ষয়ান্তা নিশ্চয়াঃ পতনান্তাঃ সমূচ্ছ্রয়াঃ।
সংযোগা বিপ্রয়োগান্তা মরনান্তং চ জীবিতম্ ।।
( স্ত্রীপর্ব্ব )

—তুংশিল্লিবা পুম্নমক মাঙখি অরোইবদা। চাউখৎপা মতোল লোম্নবদা ওইরকই তারকপা। উনবগী তুংদা লাকই কায়নবা। পুন্সী লোম্নবদা ওইরকই অশিবা।

রারেং অসিগী অরোইবা শরুক্তা য়েংলকই মণিপুরীশিংগী ওইবা খম্বা-থোইবী মহাকাব্যদা। খম্বা-থোইবীনা লাইরমলেনগী অমসুং চাংখুবা-নোংবামন মীরমলেনগী ওইনা লেখক্না উরি পেনাগী অশৈবশিংগী রাথল লৌদুনা অচুবু ধর্ম্ম অধর্ম্মগী অকনবা মীৎয়েংদা নোংবান চাংখুববু লোখৎপা য়াদনা হন্থনা য়েংবদি সাহিত্যগী মীয়েংদাদি চুমদে হায়না লেখক্না প্রতিবাদ তৌরি।

মথোয় অনিবুসু মীওহনা য়েংবা চুমই। অদুগা বারীগী অরাবা পোলোই অসিবুসু পোয়েটিক জস্টিস্নি হায়না লৌরি। তশেংবাদি অরোইবগী মতাংসি পেনাগী অশৈবশিংনা য়াওই হায়বদি য়ারগা অয়াম্বনা শক্তবনি। ভাবোকসু ওন্থোক্লা পেন্দবা মতাং অমনি থোইবাবু সতী অশেংবনি হায়গদবগী কবিনা ইনশিল্লকপা ওহরিগম্রা নত্রগা মোইরাংগী শায়োন কয়াগী লাইশিল্লকপদোনা পুন্সীদি অবাবনা শাগৎপনি হায়গে হোৎনাবিবরা ঐথোয়না খঙবা ঙমদ্রে।

মণিপুরী সাহিত্যদা নৈনবগী শরুক য়াম্না বাৎলি। ইবৈবু লৌত্রি হায়বা য়াই। মণিপুরী সাহিত্যদা জয়দেব, রামায়ণ, মহাভারত কুপশিন্না নৈনবসি লাইরিক ওইনা থোরকপদা লাইরিক অসিনবু অহানবরা হায়নীংই তারকপা ফলদি অরায়বনি। মপুং ওইরিবদি যুক্তি-বিচার অদুান অসিগুম্বা নৈনবা অমা পুশিল্লকপগীদমক শ্রীআনন্দমোহন সিংহনা শীংথানবা য়াবা দান অমা মণিপুরী সাহিত্যদা তৌরে হায়নীংহ।

ইম্ফাল
২।১০।৮৭ ইং — এলাংবম নীলকান্ত সিংহ

# ব্রাহৈ অমা অনিদং

লাইরিক অসীগী মমুংদা য়াওরিবা বারেং অয়াম্বদি চহী কয়ামুক্কী মমাঙদা ইরগা থুংই ওইনা তাহ্নুা মতম কুইনা লৈরবনি। মতাঙ অমদা ঐগী মরুপ মপাংশিংগা বারী বাতাই শানবদা তাহ্নুা লৈরিবা থুং-ইশিংসি লাইরিক ওইনা পুথোক্লবা উৎসাহ পীবিরম্বদগী ছাপা তৌননবা হোৎমজবনি।

লাইরিক অমা ওইননবা হোৎনবাস অরাম্বদি নত্তে: রাখল, মতম, শেল, পাঙ্গল চঙজি। ঐগী লাইরিক খর থোকখিবা অতুস্থ অসুম্না মতম কুইনা তাহ্নুা লৈরম্বদগী থেংনক্লবা ঐবু চানবিবশিংনা মখোয়গী দায়ীদা ফোঙখিবা ঙাক্কনি। অতুনা অরাবা কয়ামুক্কা ঐগী শরুক য়াওদে। থোইদোক্ল প্রুফ লৌবা ফাওবা ঙমজখিদবদগী অশোয় অঙাম, অরানবা কয়াম্থ থেংনজে। ঈশাগী ওইনা তৌবা ঙম্বা তাঙ্গা লৈথিদবদি •ত্রবস্থ পাঙথোকচানবদগী হুজিক্কা থবকসি পায়খৎচরি। চহি ২০ লোমগী মমাঙগী বারেংনা অয়াম্বনি।

চহী ৫০ রোনগী মমাঙগী সামাজিক নাটক অমস্থ হৌজিক ফাওবা ছাপা হৌবা ঙমদতুনা লৈরি। মতম অতুগী সমাজ অবস্থাদা তোংতুনা ইবা লীলানি। হুজিক মাহু পুথোকপদা সমালোচনাদা হল্লেংজবা হুজিক্কী সমাজদ। মওং অমা তাররোইদ্রা খল্লুবদগী অতুগী অতু ওইনা অতুম লৈরি ইলেকট্রিক থাউমৈগী মহুত্তা পেট্রোমেক্স থান্দুনা চেগী পোলাংনা মমহন্দুনা লীলা শান্নরিঙৈগী মতমগীনি। চিংঙাথম ময়ূধ্বজ, খোমদ্রাম ধনচন্দ্র, শরোখাইবম ললিত, হিজম অঙাহল, হিজম ইরাবত, ঙাঙবম শ্যাম্নাকশ্বর, চোংথাম ময়ূরধ্বজ অসীনচিংবনা কন্না লীলা স্তোরিঙৈগী মতমগীনি

অসুম্না লাকওা পুন্সিগী মতুংদা তাক্কক নাইবা হোইশাংশিংপা লাইরিক ইবগী থুদোংচাবা লৈরক্কতুনা অতেনবা রারেং মচা-মচা ওইনা ইবা নত্তনা উপায় লৈরক্কে। পুন্সিগী মমৈদা তৌনিংবনা য়ান্নকপদগী ঈশাগী রাখল্দা ইজবনি। থাঙ্গৈশেংমদি লাইরিক অসী "ঐগী রাখল" হায়না মমিং থোনজবনি। করিগুম্বা মরম অমদগী ''বারেং-মরি'' দা ওনখিবনি। অসীগী মওংদা ইবা সমালোচনা বারেং কয়ামুকস্থ মতম কুইনা তাহ্নুা লৈরক্ল। লাইরিকসিগী মমুংচনবা ঙমহোদে। খরদং অসীস্থ অরোইবা তানফমদা শ্রীঅশোক কুমারগী মতেংদগী শাগৎখিবনি।

লাইরিক অসী ফোঙনববগী মরীদা মণিপুর ষ্টেট কলা একাডেমীনা পীবিবা তেঙবাঙ পুন্সিগী ওইনা নিংশিংহুনা অহুম লৈহৌরগনি।

ছাপা তৌবগী মতাঙদা প্রেসকী প্রোপ্রাইটর সাপম শ্রীমনি সিংহ অমসুং মেনেজর কোম্থৌজম শ্রীখেলেন্দ্র সিংহ অনীনা মুংশিবীবগা লোয়ননা ঈতেং পাংবিবদগী লাইরিক অসী পুথোকপা ঙমজবনি।

প্রোফেসার, এলাংবম শ্রীনীলকান্ত সিংহনা লাইরিক অসীগী ভূমিকা ( Introduction ) রাহোদোক ইবিরি। লাইরিক অমগী ভূমিকা ইবা অরায়বা থবক নত্তে। ভূমিকা পারগা লাইরিক অহুগী মশক-মগুণ চাউরাক্না খঙবা ঙম্মে। অহুনা শিনফমগা লোয়ননা হীরম অহুদা বাথল লৈবা মীশক অমা ওইবসু চঙি। শ্রীনীলকান্তনা মহাক্কী মথৌ চিল্লবা মরক্তা ভূমিকাসি ইবিরকপগীদমক ঐনা মহাকপু ঙমজবা ধন্যবাদ তৌজে। ঐনা হায়জরুবদগীনি। মহাক অসী মতম কুইনা সাহিত্য সেবা তৌবা ওইসনু হায়না ঈশ্বরদা প্রার্থনা তৌজে।

মহাভারতকী মতাংদা শুক্রনা লোইশিনখিবা অমসুং মক্কম মতাং থরগী মরমদা পেনফাত্তবা রারী ওইনা শানৈ অমসুং শেংদোকচে। ভূমিকা লেখকনা মহাভারতকীসু রামায়ণগুম্না থরদং শুগাহনা ইবা পাম্বগী মত ফোঙদোকই। রারী শীংবুলগী রানি। থাঙ্গৈশেংবদি মহাভারত অসীদি তম্বগী মহাকাব্য ওইবতা নত্তনা অমগা অমগা লোশিন্নবা অমসুং য়েংশিন্নবনা অমসু মশা মরেং ওইনা ( Episode) পাক-চাউনা লৈবনা মতম থর চঙবা তাবদগীনি। মতাং অসিদা রামায়ণনা খুংলোয়বা হেল্লি। অমসুং তাইবং মীওইবগী পুন্সি হাজক ওইরবসিদা থরসু চুনৈ। কৃপা লৈরবদি হোৎনজগে হায়নদি খঞ্জরি।

মৈতৈরোন সাহিত্যদা সমালোচনা লাইরিক য়াম্না তাঙনা থোকই। ঈশাগী মত য়াওনা লাইরিক মচাসি পুথোকপা হৌজবতিনি। মীনা হায়বা ঙাক্তা তাহুনা লৈবসু মতমগা চান্নরক্রে। নহাক্কি করি হায়রি হায়বা রাহং তোয়না লাকই।

অরিবম শ্রীশিবদত্ত শর্ম্মা, তর্ক, তর্ক, তীর্থ, বেদান্ত কেশরীনা লাইরিকসিগী মরমদা অভিনত পীবিরি। য়াম্না মুংঙাইজে। অসুম্না তাকপি-তৌকপিহুনা লমজিংবিনবা ঐগী ঈয়াম্বা পণ্ডিত বেদান্ত কেশরীগী মফমদা তৌবিমল খঙবা উৎচরি।

ঐগী জাতিগী ঈচিল ইনাওশিং অমসুং বৈষ্ণব সমাজগী মফমদা ঈশাগী ওইবা মত থরদং ফোঙদোকচবনি

—আনন্দমোহন

# য়াওফম তাকপা

# শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য

## ওঁ নমঃ ভগবতে বাসুদেবায়।

ভগবান্‌বাসুদেববু থুরুমজৈ।

মুকং করোতি বাচালং পঙ্গুর্লঙ্ঘায়তে গিরম।
যৎকৃপালেশমাত্রেন ত্বমহং বন্দে পরমানন্দং মাধবম্‌॥

(শম্না) শক্তি পীনবিরিবা মাধবপু থুরুমজৈ।

উজ্জ্বলবরনং গৌরবর দেহম্‌।
আজানুলম্বি তশ্রীভুজযুগলম্‌।
ত্বংপ্রনমাম্যহম্‌ শ্রীশচী তনয়ম্‌॥

(শম্না) শচীগী মচা গৌরাঙ্গ নঙবু থুরুমজৈ।

শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী চহী ৫০০ শুবগী কুমওন মুমিং চহী অম চুপ্না পালন তৌরকপগী লোইশিনবগী পাঙথোকপা সেমিনার অমদা সভা-পতিগী ভাষনগী শরুকনি সেমিনার ওইবনা থম্ন নৈনবা লোইরগা মতম ফংদবা অমসুং লৈতবদগী মনুষ্যগী রাফম থাদোক্তুনা তোপ তোপ্পা ভাষণ ওইনা পুথোকচরি। অমরোমদা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী মরম্‌দা থম্ন-নৈনবা হাযবসি য়াম্না পাক চাউপ্রবা অমা ওইনা থোকই। হায়নবগী লোইবা নাইদ্রবা ওইনা তৌই। মরম্‌ অসীনা মরু ওইবা শরুক্তং লৌথংপা-তাই মত্তুদি : —

অনন্ত পারকিল শব্দশাস্ত্রঃ।
স্বল্পমায়ুর্তথা বহবশ্চ বিঘ্নাঃ॥
সারং ততঃ গ্রাহ্যমপাস্য ফল্গু।
হংসৈর্যথা ক্ষীরমম্বুমধ্যাৎ॥

শাস্ত্রগী রাদি লোইব নাইব নত্তে।

অঙম্বা মরু ওইবা থরদং লৌথংনবা হোৎনবনা অচুম্বনি।

ৱামাঙ্‌ থাবা ওইনা ৱাহৈ খরদংসি পন্‌জরি মরমদি কনা কনাগুম্বা অখণ্ড অহৈ অমম্‌ পাণ্ডিত ফাওবনা ৱা ঙাঙ্‌বা মতমদা অস্তুম্‌ অস্তুম্‌ পাক্‌থোক্‌ চাউথোকখিদুনা ৱাফম্‌ অতুদগী হাইদোকখিদুনা অতাবস্তু লৌফম্‌ শঙ্‌দবা অঙাঙ্‌বস্তু হঙ্গিনফম ম'ঙ্‌থিদুনা শমজিন্নবা মতাঙ্‌ চাদবা কয়া থেংনপ্রে। পণ্ডিত সুনীতিকুমার চট্টোপাধ্যায়মক ৱাফৈদা পাক্‌ শন্না ঙ'ঙ্‌থিদুনা হঙ্গিনফম্‌ শাউখিদুনা 'What have I said" হায়না ৱা তাবিবা ঐখোয়দা হংকপা থেংনখি। ৱা ঙাংলিবস্তুবু ভাবোক্‌লোমদগী লোইশিনবিরো হায়রক্লবদি মথক্কী ৱাফমতুগুম্বা খরদি য়াওবা শোয়দ্রে। ভাবোক্‌ মচীন্‌ লেঙ্‌লক্লবা বক্তাবু থাম্বা য়াও বক্লবদি ৱাফমতু কবিনো অমা তৌরে হায়বা তারবনি মরম অসীনা পঙ্‌লবা ঐনা খরদং হায়জবা অসী ঈশিং য়াল্লবা শঙ্গোম্‌দগী কাঙনা ঈশিং হুন্দোক্লগা শঙ্গে মদা থকই হায়বগুম্‌ মরু-মং ওইবা শরুক্তা লৌথংপিনবা নীংশিংজবনি।

ভারতবর্ষদা হিন্দুগী ৱাজত্বগী মতুংদা মুসলমান্না চহী ৩০০ রোম পান্‌বা মতমদা হিন্দু ধর্ম্মসি থম্‌ থেংনা অধপতন ওইরকখি লৈখা তাখি। খোইদোক হন্দোক্লা বাঙ্গলাদেশদা মখোয়গী ওং নৈব ফাওবা য়াওনা 'ধর্ম্ম গ্লানি, ধর্ম্ম' মরায় চায়থবা অয়োবী থাক্‌ লাকখি। মতাং অসিদা শ্রীকৃষ্ণদাস কবিরাজগী চৈতন্য চরিতামৃত আদি লীলা তীয় পরিচ্ছেদতা উপপুরাণগী শ্লোক অমা পীরম্মি:

(১) "অহমেব ক্বচিদ্‌ ব্রহ্মন সন্ন্যাশ্রমাশ্রিতঃ।
হরিভক্তি গ্রহয়ামি কলৌ পাপহতান নরান্‌।

মরী লৈনবা অতোপ্পা শ্লোক খরসু:

(২) "অহমেব দ্বিজশ্রেষ্ঠ নীলা প্রচ্ছন্নবিগ্রহঃ।"
ভগবদ্ভক্তরূপেন লোকং রক্ষামি সর্ব্বদা।।

নৃসিংহ পুরাণ।

(৩) 'কলিঘোর তমসাচ্ছাসন্ন সর্ব্বানাচারবর্জ্জিতাম্।
শচীগর্ভেচ সম্ভূয় তায়রিষ্যামি নারদ।"
বামণ পুরান।

৪) "কলেঃ প্রথম সন্ধ্যায়াং গৌরাঙ্গ হসৌ মহীতলে
ভাগীরথী তটে ভুমি ভবিষ্যতি সনাতন" ॥
পদ্ম পুরাণ।

(৫) "গোলোকঞ্চ পরিত জ্য লোকানাং ত্রানকারনাৎ।
কলৌ গৌরাঙ্গরূপেন লীলা লাবন্য বিগ্রহঃ"
মার্কণ্ডেশপুবস।

(৬) "ভবিষ্যামি চৈতন্যঃ কলৌ সংকীর্ত্তনাগমে।
হরিনাম প্রসাদেন লোকান্নিস্তারয়াম্যহম্।"
ব্রহ্ম য়ামলে।

মথক্কা পীরিবা শ্লোকশিং অসা শ্রীগৌরাঙ্গনা আবির্ভাব ওইবগা য়াম্না নক্কবা রাক্ষম ওইনা থোকই অসিগা লোয়ননা শ্রীমদ্ভগবত গীতাদা শ্রীকৃষ্ণগী শ্রীমুখদগী থোকখিবা খু'ইনা তোয়না পন্নরবা বানী 'যদা যদাহি ধর্ম্মস্য গ্লানি ...' অসি থম্ন নৈনররদি শ্রীগৌরাঙ্গনা আবির্ভাব ওইব অসি শ্রী ভগবান শক্তি কোম্নরকপরা হায়বা খম্ননিঙাই ওই। চুম্না রাতৈ ওইনা ঙাঙনরিবা পূম্নমক থবক্কা তাক্ত্র উত্ররদি মীনা থাজবা ঙম্নদে। মরম অসিনা শ্রীগৌরাঙ্গগী রাক্ষমস্থ অহুনি।

ইংকুমজা ১৪৮৫ শকাব্দ ১৪০৭ ফাল্গুণ পূর্ণিমা মৈতৈ থাজং লমদা পুর্ণিমা ইং থাদা মার্চ্চ) নুমিৎকী সন্ধ্যা চন্দ্রগ্রহন তৌরিঙৈ মতম্দ সিংহরাশি, সিংহ লগ্ন, পুর্ব্ব ফাল্গুনী নক্ষত্রদা শ্রীগৌরাঙ্গ (নিমাই) নবদ্বীপ্তা মাতৃ গর্ভদগী ভুমিষ্ঠ ওই নিমাই জগন্নাথ মিশ্র অমসুং শচীদেবীগী ১০ শুবা মচানি। ৯শুবনা বিশ্বরূপনি। বিশ্বরূপনা চহী ২২ শুবদা নিমাই শচী দেবীনা মীয়োনখি। থা ১৩ নাউ পুখি। বিশ্বরূপকী মথক্কী অঙাং ৮ দি মথং মথং ঙম্না ঙস্তানা লৈখিত্ররনি।

জগন্নাথ মিশ্র শ্রীহট্ট ( হৌজিক্কী শিলেট ) কী ঢাকা দক্ষিনদা লৈবা উপেন্দ্র মিশ্রগী তবা মচানি। নবদ্বীপ্তা লাইরিক তম্বা লাকপনি। মিশ্রগী বুদ্ধি মেধা উবদা নীলাম্বর চক্রবর্ত্তীনা মচানুপী অহল শচী দেবী থাজহনা লুহোংখি। নবদ্বীপ্তা থুন্দা লৈতানা লৈহনখি। জগন্নাথ মিশ্র (পুরন্দর) বাসুদেব সর্ব্বভৌমগা (সহধ্যায়ীনি) লাইরিক তম্মিন্নবনি। সর্ব্বভৌমিবু পোকপা মহেশ্বর বিশারদ নীলাম্বর চক্রবর্ত্তীগা সমবসাএরীক অধ্যাপক ( ওজা ) ওইমিন্নবনি। সর্ব্বভৌম ( বাসুদেব ) মিথিলাদা লাইরিক তম্লগা ন্যায় শাস্ত্র চীনূক্পা পুথুনা হল্লক্লগা নবদ্বীপ্তা ন্যায় শাস্ত্র চীনূক্পা পুথুনা হল্লক্লগ নবদ্বীপ্তা ন্যায় শাস্ত্র তম্বা শন্দোকখিরা অঙকপা গুণ লৈরবা মীশক অমনি। মতম অদুগা মিথিলাদা নত্তুনা অতৈ মফম অমদা ন্যায়তম্বিবা ঙম্বা লৈরমদে। মরম অদুনা মিথিলাগী বিদ্যা গুণ ময়েং তাথিগনি হায়বগীদমক্ লাইরিক তম্বা লোইরগা ময়ুমদা হনখিবা ছাত্রশিংবু লাইরিক অমত্তা মিথিলাগী মপান্দা পুথোক্ক-হল্লম্দে।

সর্ব্বাভৌমগী অসিগুম্বা গুণশিং অসি উবদা উরিষ্যাগী নিংথৌ প্রতাপরুদ্রনা বাসুদেব সর্ব্বভৌমবু উরিষ্যাদা পুথুনা লৈহনখি অসি ফাওমসিনা নিমাই পোকপা পারী-পুরি, তুংদা লাক্কদবা মীশক্শিং চাউরাক্লা উংচবনি

হৌজিক শ্রীগৌরাঙ্গ কনানো? মাগী থবক্ মাগী ৱাতী ৱাঙাঙ, মাগী পুন্সি নৈনবা তারকপদা পুরান ১৮ লেংলম্বা শ্রীকৃষ্ণদ্বৈপায়ন বেদ ব্যাস, গৌরাঙ্গগী মতমগী মী, বৈষ্ণব সম্প্রদায়গী সাধকশিং. শতাব্দী অসিগী মাশিংগী য়া. মখোয়না ইরম্বা লাইরিক কয়ামুক্তা য়েংনবা তাবা য়াফম্ লাকৃই। কৃষ্ণদাস কবিরাজগী চৈতন্যচরিতামৃতদা মপুংওইনা লৌনৈ। বৃন্দাবন দাসকী চৈতন্য ভাগবত, লোচনদাসকী চৈতন্য মঙ্গল মতেং ওইবা লাইরিক ঙাক্কনি। বৈষ্ণব কবিশিং অসী শ্রীগৌরাঙ্গদগী চহী থর মমাঙ ওইবা ঙাক্কনি। কৃষ্ণদাস কবিরাজনা

চৈতন্য চরিতামৃত ইবদি অথেঙ্‌বদনিদি হায়রবনু য়েংবা য়াবা, থিবা য়াবা পুম্নমক্‌ খোম্‌জিল্লগা মশাগী চহি অহল ওইরবা মতমৃদা লাইরিকসি বাঙ্গলা লোন্দা ইরম্বনি কৃষ্ণদাস কবিরাজনা চৈতন্য চরিতামৃত ইবসি ইং কুমজা .৬১৫ দা লোইশিল্লি। শ্রীগৌরাঙ্গদিইংকুমজা ১৫৩৩ দা তিরোভাব ওইপ্রবনি থুপপ্রবনি। অসীগী মতুংদা শ্রীগৌরাঙ্গগী মরমৃদা ইবা সাধক কয়ামুক্লা অনৌবা ঈনোৎকা লোয়ননা পাকশন্না পুথোক্লকুই। মহাত্মা শিশিরকুমার ঘোষ শ্রীরাধা গাবিন্দনাথ থোইদোক হেন্দোক্লা শীংথানবা য়াবনি। শিশির ঘোষকা "অমিয় নিমাই চরিত্ত" কী মতাঙ্‌ অমদা হায় 'শ্রীগৌরাঙ্গগী পুন্সিগী .থোদোক্‌ রাভাঙ্‌ পুম্নমক্‌ লোক শিক্ষাগী ভাক্তনি। অত্থনা অচম্বা মপোক্কী মীশক অমনা মাত্থ পাক্‌-পাক্‌ ওইবা য়াবা নত্তে" য়াম্না কুপ্ন নৈনরব মতুংদা পীবা মহাত্মাগী মন্তব্য ওইনা তৌই।

শ্রীগৌরাঙ্গ অসী প্রেম অমস্থং ভক্তিগী মূর্ত্তিনী। জগৎ জীবগী মফমৃদা প্রেম, প্রেমগী গুণ, থৌজাল, থৌজালগী গুণ, ভাক্‌পিহৈবগী গুণ; শম্ন হায়রবদা বিশ্বপ্রেম, জগৎকল্য নৃগীদমক শ্রীগৌরাঙ্গনা মর্ত্ত্যদা আবিভার্ব তৌবনি। খ্বাইদগী হেনবদি শ্রীগৌরাঙ্গগী আত্মসমর্পন অসিনি। কনাদা শ্রীকৃষ্ণদা। শ্রীকৃষ্ণ ফংননবগী লম্বী শ্রীগৌরাঙ্গনা কলিজীবদা অরায়ব মওংদা ভাকপিবনি। নৈনবিবা রাফমগী মরুদি অসীদনি মহ্থ কররমদৌনা, কবিগীদমক হায়বশিং শেংদোক্লবনি।

মতৌ অম্থম্‌ তৌরংনা শ্রীগৌরাঙ্গগী চহী ৪৮ অসীবু মতেক্‌-মতেক্‌ মতুপ-মতুপ্‌ থায়দোক্লগা আবিভার্ব ওইবগী তিরোভার্ব .পোকপদগী শিবা ফাওবা) অসিদা থোকথিবা অঙকৃপা থৌদোক্‌ কয়াস্থ য়াওরবা থারী ময়াম তারগ মাত্থগী মরী মথোঙ্‌ থিরকপদা হুন্দক শ্রীগৌরাঙ্গনা কলিপ বনাতার তৌরকৃপসি শক্তিমান ইবুংঙো শ্রীকৃষ্ণগী "তিনবাঞ্ছা" পুরণগীদমকনি হায়বসি ধর্ম্ম লাইরিক্‌ কয়ামুক্লা অমত্তাওইবা মত পীরি। তিনবাঞ্ছ হায়রগদি করিবুনো?

(১) শ্রীরাধার প্রেম মহাত্মা (অনুভব)—শ্রীরাধাগী প্রেমগী গুণ

খঙ্‌জব

(২) শ্রীকৃষ্ণের মাধুরিমার অস্বাদন– শ্রীকৃষ্ণগী মাধুর্য্যরস চু শ চবা
(৩) আস্বাদনে শ্রীর'ধার সুখানুভব মাধুর্য্যহু চু শ চবদা রাধাগী পেনজব

মাসি পুম্নমক কদাইদগী হৌরকপনো হায়না থিবা তারকপদা লাইরিক্না হায়ঃ– অহুৈঙ গোলোক বৃন্দাবন্দা ভগবান, ইবুঙো শ্রীকৃষ্ণনা মাগী মাধুর্য্য লীলা শান্নগে নীংখি। হেক নীংবগা মাগী ওইথংবগী চহী ১৬ শুরবী শ্রীরাধানা ইবুঙোগী ওয়থংবদা থোগল :তাই ইবুঙোগী তু:খাংদগী গোপ-কোটি-কোটি থোরকখি ; ইবেম্মগী তুখোংদগী গোপী কোটি-কোটি থোরকুনা গোলোক বৃন্দাবনগী লীলা মুংঙাইন শান্নখি। শান্নরিবা লীলা অসীমক মর্ত্ত্য বৃন্দাবন্দা ইবেম্মনা শান্ননীংবগী ইচ্ছা মবুঙে'দা হঙ্গচ্চে। অসুম্না গোলোক বৃন্দাবনগী লীলা সাঙ্গ ওইবগা লোয়ননা দ্বাপুরযুগতা মর্ত্ত্য বৃন্দাবন্দা ইবুঙোনা নন্দ যশোদাগী মচা ওইনা, ইবেম্মনা বৃষভানু কলাবতীগী মচানুপী ওইনা পোকলে ।ইবুঙো ইবেম্মগী মর্ত্ত্যগী মপোক্কী মরম শা'মনগদবা রাক্ষম ওইবনা শম্পৎনা থমজরে।) মতৌ অসুম্না বৃন্দবন লীলাসি ইবেম্মগা লোয়ননা শান্ন-গদৌবমখৈ শান্নরবা ফাওবদা ইবুঙোনা নীংবা থুংদবা, পেন্থৌদবা শরুক্ কয়ামুক্ দ্বাপুর যুগ লোইশিনকুনা ইবুঙোনা থুপকদবা মতম্ য়ৌশিন্নকুনা লোইহৌদবা লীলা শরুক্ অহু ইবুঙো ইবেম্ম পুন্নবা শাইওন ওইন অমতা ওইবা শ্রীগৌরাঙ্গ ওইনা অবতার তৌই হায়বা রাক্ষম অসীনি। মহাক্তি করুনাবতারনি।

মতাং অসিদা ঐথোয়গী মৈত্রবাক্ অসিদা বৈষ্ণব সমাজনা খাজনবা হায়গত্রা, লৌনবা হায়গত্রা গৌরাঙ্গ ভাবকা চুন-চানবা ওইনা লৌনবা অমদিঃ অহুৈঙ কৃষ্ণ বলরামবু অক্রুরনা কংসবধকীদমক চহী ১০০ মথুরাদা পুথিবা মতমদা ইবেম্মনা ইবুঙো কায়নবগী ৱাবনা দশমীদশা ফংথিবগী শ্রীমতী রাধাগী প্রেম লমন অহু সংসারগী ফজবা মুঙাইবা পুম্নমক থাদোকুনা লু কোকুনা লম্বোইরগা ভিক্ষা নিহুনা কলি যুক্তা

পুন্সি লেনবনা ইবেম্মগী লমন শিঙ্গে হায়বা ভ'ব ভজন অসীনি। অত্তুনা হুজিক অসীদা অমতা ওইরকপগী রাক্ষম লাকপদা ওইবা য়াবা মরম্ মশানা থিরকপা তাবনি। ইবুঙোগী মমিং গৌরাঙ্গ, নিমাই, বিশ্বম্ভর, গৌরচন্দ্র মহাপ্রভু অসীনচিংবা কয়ামুক অসি মশাগী অর্থ লৈবা ঙাক্তনি। অসীগী মমুংদগী কুচু ঙৌই হায়তুনা গৌরাঙ্গ কৌবনি হায়বা অসীদং লৌজয়গা খজিক্কং পন্ তগে। কৃষ্ণগী নবঘনশ্যাম ফুল্লেন্দ বরকান্তি-শম্ম অমুবা মচু অসী শৃঙ্গার রসকী মপানগী কুয়োমনি। লীলা শুক বিল্বমঙ্গল ঠাকুরগী শ্রীকৃষ্ণকর্নামৃতগী ইহান হান্না টীকাহরম্বা শ্রীগোপাল ভট্টনা মাগী কৃষ্ণবল্লভা টীকাদা অস্নুম্না হায়রম্মি

"নীলম্" ইন্দ্রনীলমণি শ্যাম বর্ণবিশিষ্ঠ মূর্ত্তিমান

শৃঙ্গার রস।

শৃঙ্গারঃ শ্যামবর্ণোহয়ং কথিতঃ কৃষ্ণ দৈবতম্"

ইতি কৃষ্ণবল্লভা টীকা।

'রতিঃ শ্যামবর্ণে হয়ং বিষ্ণুদৈবতম্"

সাহিত্য দর্পণ

অস্নুম্না শক্তিমান শ্রীকৃষ্ণগী শৃঙ্গাররসকী মশক শ্যামবর্ণবু মুংদা থম্লগা মহাভাবকী মশক, ভক্তি, প্রেম, ক্ষমা দয়া, আত্ম সমর্প তৌজবগী ইবেম্মগী পীতবর্ণ রুক্মবর্ণ অমদি গৌরকান্তিনা মপান্দা য়োমশিন্দুনা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা কলিদা মাগী মাধুর্য্য লীলা অমুক নীংশিহুনা কলি জীবগী লানবিনবা করুনা অবতার তৌই। মাগীদমক্তা অবতার তৌরবিবা ইবুঙোনা মাগী প্রেম ময়ী ইবেম্মগী পীতবর্ণ—শনা অহিংবা কুচুনা মপান থংলরি। মরমদি মীত্তা তত্তনা উরবদি মাবু নীংশিংবা মাগী সাধনা মতেং য়াম্না ওই। অত্তুগা মাগী থুপ্ রবা শৃঙ্গার রস অত্তুবু মুংদা ফুমজিল্লি। অত্তনা মণিপুরগী অহল-লমন ওজাশিংনা 'অন্তরে কালারূপ বাহিরে গৌর রূপ" মুংদা (মমুংদা) অমুবা মশক পান্দ (মপান্দা) অঙৌবা মশক হায়ব শৈরেং- শৈথারম্বা অচম্বা অয়ায়বা ভাব নত্তে।

মাগী মরমদা লৈনবা, খল্লবা তারকপদা মহাক কনানো করম দোৎনো হায়বসি মতাঙ্ মতাঙ্গী ওইনা মতেক্ মতেক্ উৎপ তারকই। অবতার হায়না পল্লিবা রাহৈ অসিমক্কী মরীদা হাইফেৎনা চাউবা নৈননীঙাই মতাঙ্ অমদি রাফমসিগী মমৈদা পন্জগে। মতাং-সিগী ওইনা গৌরাঙ্গসি করম তৌব মওংনে হায়বহু খরদং উত্তবা য়াদবনি। খুদম অমতং ওইনা শ্রীজয়দেব গোস্বামীনা মাগী জগৎ ফাওরবা ইবুঙো-ইবেম্মগী শৃঙ্গারগীতি কাব্য শ্রীশ্রীগীতগোবিন্দম্ অসী মাগী অহৌবা "মেঘৈর্মেদুরম্বরং বনভুব ··" বষাবর্ননা না রাহৌদোক্লগা লীলাগী নায়ক শ্রীকৃষ্ণগী শক্তি শায়োন হান্না তাকই—প্রলয় পয়োধি-জলে·········দশাবতার, মথংদা মাগী রূপগুণ লৈশি লৈথোক্লে শ্রিত-কমলকুচ ·····বন্দনা; মতুংদা লীলাভূমি শান্নফম্ শ্রীবৃন্দাবননা বসন্ত মতম্দা ওইবা ফজবা নীংথিবা পূক্লিং হুনবগী মশক বর্ণনা তৌই। যথা-ললিত লবঙ্গ লতাপরি শীলন··· ··। বসন্ত বৃন্দাবন বর্ণনা········· মাগী মরমদা শৈরেং শৈথাগদৌরবা অহুগী মরম্ হান্না উৎপা হৌনশানি। অস্তুম্ন জয়দেব গোস্বামীনা মাগী শৃঙ্গাররস গীতগোবিন্দম্ কৌবা ইবুঙো-ইবেম্মনা নায়ক নায়িকা ওইরবা বাসকসজ্জা অহিংতগী ওইবা রস গীতি কাব্য অসী লেংবদা য়াম্না চেংশিন্না শেমগৎলি। শ্রীশ্রীগীত গোবিন্দ অসী অয়ুক মুংথিলদা শকপা য়াদে হায়বা মাসিনা উৎলি। হৃজীক মীরমলেন্দস্ম অহুমঙায়। রা অমা ঙাঙ্গদৌরি কনাগী মরমদা, করিগী রাফমদা, কনানা ঙাঙ্গদৌরি, কনা কনা য়াওরি? বাফম অমস্তুং মীথিৎ মীতা যেংলগা ভাবক ওইনৈ। রাফম অমস্তুং ঙাঙ্গদৌরিবা মীশক নাতৈ চাদ্রবদি থৌরম পবেংহু পাঙ্থোকপা কয়া মচু তাদবা মণিপুরদা য়াম্না তোয়না থোকই।

খর হেন্না মক্কহকপা বাফম অমদি শ্রীগৌরাঙ্গনা অবতার তৌরকপসি ভগবান শ্রীশঙ্করাচার্য্যগী "ব্রহ্ম সত্যং জগন্মিথ্যা" হায়বা ব্রহ্মতনা অরেপ্পনি, অথোইবনি অহুগা জগৎ অসী ওইদবনি, মীনম্বনি হায়বা

মায়াবাদ অসীগী মায়োক্তা বিরুদ্ধদা ) বৈষ্ণব ধর্ম্ম প্রচারগীদমক পোক-পনি। অওইবমক শঙ্করগী ময়াবদনা চহী ১০০০ রোম প্রচার তৌতুনা চুপ্রবা ঋাকমসি কোকহনবা তরাইবদি নত্তে। অদুগা মাদুমক্তদি তুং কোইবা য়াদবা মওং লৈতবসু নত্তে হুজিক্কী বৈজ্ঞানিক সভ্যতা অসিদা জগৎ অসি মায়া ঙাক্তনি. মীনম্বনি Illusion হায়না লৌবা তারবদি পুন্সি অসী ওন্থোকপা মওং অমা ওহবা তারকই। শম্না হায়রবদা য়াম্না তায়োম্নরবা ঙইনা থোকই হায়বদি শ্রীগৌরাঙ্গগী নীতি মতুং ইম্না লৌবনা খর হেন্না মতমগা চানরবরা হায়বসি নোংম নোংমগী হেঙ্গৎলকই। অদুম্নদি ওইরগা ভগবান শ্রীশঙ্করাচর্য্যগী মায়া-বাদ অসীসু ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী থৌদা য়াথং মথাদনি। মসিবু চুমথোক-পসু ইবুঙো মহাকনি শ্রীশঙ্করাচার্য্যগী মায়াবাদ অমসুং শ্রীগৌরাঙ্গগী বৈষ্ণব পন্থ অনী অসী খত্রাং থম্লগা বিচার তৌতুনা য়েংলগা শ্রীগৌরাঙ্গগী অবতার অসী ময়েক শেংনা খঙবা ঙম্মি। মায়াবাদতি কৃষ্ণভক্তি বিরোধিনি। শ্রীকৃষ্ণবু য়াদবা কাংলুপনি। ময়াবাদী বাসুদেব সর্ব্বভৌমনা করম্না কৃষ্ণভক্তিদা ওন্‌শিন্‌খিবনো হায়বা অদু শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মহাপ্রভূ গৌরাঙ্গগা সর্ব্বভোম অনীগী নৈনখিবা মতাংনা শেংন উংলে। ঋাকমদু পাক চাউবনা থাদোক্লগা মায়াবাদ প্রচার তৌরম্বা শ্রীপাদ শঙ্কচার্য্যগী মরমদা খক্তিক্তং নীংশিংবনা খঙনবা য়াবা ওইগনি। মতাঙসিদা পদ্মপুরান উত্তর খণ্ডদা শ্রীকৃষ্ণনা শিবদা তাকপিখিবা শ্লোক অমতং লৌখৎচরিঃ—মাসি শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যনা সর্ব্বভৌ-মদা পুথোকখিরনি।

স্বাগমৈঃ কল্পিতৈ স্তঞ্চ জনান্ মদ্বিমুখান্ কুরু
মাঞ্চ গোপয় যেন স্যাৎ সৃষ্টিরেষোত্তরোত্তরা॥

শ্রীকৃষ্ণনা হায়খি—হে শিব, নহাক্না নহাক্কী কপ্পনা আগম (তন্ত্র) শাস্ত্র মতুং ইম্না নহাক্ অমসুং নহাক্কী নতুংইনবা মী পুম্নমক্ ঐঙোন্দগী (কৃষ্ণদগী) মায় ওন্থোকহল্লু (নীংহনগম্নু অমসুং ঐবু কৃষ্ণবু) লোৎশিন্দুনা

থম্মু মাত্থনা ঐগী ( কৃষ্ণগী ) সৃষ্টি অসী মথং মথং চাওখৎলক্কনি, নত্রবদি সৃষ্টি অসী থুনা লোইশিনৃখিবা তারে। মবুঙোগী য়াথং পাঙ্-থোকপা তারবা মতাংদা শিবনা ভগবতী দেবীগী মফমদা তাকপি-খিবা শ্লোক অমতংগা লৌখৎচরি— মসিমসু শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যনা সর্ব্বভৌমদা অমুক্কা তাকপনি।

মায়াবাদমসচ্ছাস্ত্রং প্রসন্ন বৌদ্ধমুচ্যতে।
ময়ৈব বিহিতং দেবী। কলৌ ব্রহ্মন মূর্ত্তিনা॥

হে দেবী! মায়াবাদ অসী অসৎ ( ফত্তব ) শাস্ত্রনি। মাসিনা কুপশিন্দুনা থম্নবা অদু বৌদ্ধমত কৌই (লোই)। মাত্থ ঐনা ( শিবনা ) কলিদা ব্রহ্মন মূর্ত্তি লৌত্থনা প্রচার তৌগনি। রাফম অসীনা মায়া-বাদীদি কৃষ্ণবিমুখনি হায়বা শেংনা তাকলে। থায়নগী অরিবা ভত্ত্ব খঙলবা পণ্ডিতশিংনা হায়বদি ভগবান শঙ্করাচর্য্য অসী খৃষ্টগী চহী ৩৫০ ৪৯০ গী মন্নুংদা লৈরম্বনি। কেরল লৈবাক্তা ব্রহ্মণ শাগৈদা পোকপনি। মাধবাচার্য্যগী শঙ্কর-বিজয় অদুগা আনন্দগিরিগী "শঙ্করদিগ্বিজয়" হায়বা শঙ্করাচার্য্যগী জীবনী অনী অসিদ খেন্নবা কয়ামুক লৈ হায়না হায়নৈ। অমবু ওইরবসু অতৈবু ওইরবসু মায়াবাদ শব্দোক্লপ্বা অসীদি লেঙ্দে। আনন্দগিরিদি শঙ্করাচার্য্যগী শিষ্যনি। মতৌ অসুম তৌনা শিবনা শঙ্করাচার্য্য হায়না মিংথোলগা "ব্রহ্ম সত্যম্ জগন্মিথ্যা" ব্রহ্মনা অচুম্বনি, অরেপ্পনি, অতৈদি পুম্নমক মীনম্বনি হায়বগী মরী মথোঙ থরদং উৎচবতনি। অসুম তৌরত্থনা ভগবান শ্রীকৃষ্ণ অমসুং শিব (মহাদেব) গী বর, কৃপা ফংবগা লোয়ননা ব্রহ্মসূত্র ভাষ্য, গীতা ভাষ্য সহস্রনাম, সনৎসুজাতীয় ভাষ্য পুম্নমক লেংথোক্লনা মায়াবাদ প্রচার তৌত্থন শঙ্করাচার্য্যনা ভারতকী মফম পুম্নমক্তা কোয়না চৎলম্মি। অসুম্না চৎপা মতমদা পাটলিপুত্র (হৌজিক্কী পাটনা) দা থুংলত্থনা পূর্ণবর্ম্ম নিংথৌগী রাজ অভিষেক য়েংখি হায়বা বাফম অমা বেদান্তসূত্রগী ভাষ্যদগী খঙ্নৈ। খৃষ্ট চহী ৫৯০ অসী পূর্ণবর্ম্মনা পানবা মতমনি।

অহুনা শঙ্করাচার্য্যনা লৈরম্বসি খৃঃ গী ৬ শুবা শতাব্দীদা হায়না লৌবনা চুম্মি হায়নৈ। মাগী ধর্ম্মসি মাগী শিষ্যশিংদা তাকপি তীকপিংম্নগা মশাগী চহী ৩২ দা মাগী মূর্ত্তি স্বরূপ অহুদগী নির্ব্বান ফংখি। তেল্লবা পূন্সিগী মনুংদা অওকপা, অচৌবা ভগবানগী থৌদা পাঙ্থোক্লম্বা অসীমক্লা শ্রীপাদ শঙ্করাচার্য্য থোইদোক হেন্দোকপা শ্রীভগবান কৃষ্ণগী পাখোল্লোয় অমনি হায়বা তশেংনা উরে।

হুজিক অমুক শ্রীগৌরাঙ্গরোমদা অমুক হন্না য়েংলশি শ্রীশঙ্করাচার্য্যগী মতমদদি শ্রীগৌরাঙ্গগী মতম ফাওবনি শতাব্দী ৬ তগী শতাব্দী ১৫/১৬ ফাওবসি চহী ৯০০/১০০০ রোমগী মতমনি। মাসিদা মায়াবাদ অসী মপুং ফানা প্রচার তৌগ্রবনি। আচার্য্যনা পীরম্মিবা ভাষ্যশিং অসী পুরা বেদান্ত সুত্রবু ভাষ্যনা কুপশিল্লবা বৌদ্ধ মতনি। "একমেব অদ্বিতীয়ম্" হায়বা বুদ্ধদেগী পাউতাক অহুনি। অদ্বৈতবাদনি। অসুম্না মায়াবাদ অসীনা ইবুঙো মাগী সৃষ্টিগী লীলা মপুং ফারবদা মথা তাথ রগদি কলিদা ওইরকদৌরিবা মায়াবাদকা থম্ থেংনা তায়োম্নরগ দৌরিবা পূম্নমক ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা উবহুনা বিজ্ঞানগী চাওখৎপা থোঙ্থাংদনু অপন্বা পীদনবা অমরোমদা কলিগী জীবগী অরান খুবম ফংনবগী লময়ানবা, লমজিংবা ওইনা শ্রীগৌরাঙ্গঅবতার তৌহুনা হরিনাম শন্দোরকপদা অসীনা শন্না খঙ্নরবা রাফমনি। গৌরাঙ্গগী লম্বীনা দ্বৈতবাদনি। রাধাকৃষ্ণ অনীবু নীংজবনি শ্রীকৃষ্ণ ফংহনা কলিগী অথোইবা ধর্ম্মনি। কৃষ্ণ ফংগে নীংলবদি শ্রীমতী রাধাদা চঙ্জদবা য়াদে। "গৌরতেজ বিনা যস্তু শ্যাম তেজ সমর্চ্চয়েৎ অসীনচিংবা গোপালসহস্রনামগী হৌরকপদা শিবনা পার্ব্বতীদা হায়রি। রাধা ভাব য়াওদনা কৃষ্ণ ফংবা য়াদে হায়বসি লাই হাক্তক্তগী হায়নরকই। ইবেম্মগী কুচু অসী পীতবর্ণ, কৃষ্ণবর্ণ অমদি গৌরবর্ণ হায়না লৌই পূম্নমক অসী সনা অহিংবা মান্বা নাপু মচু অহুবু হায়বনি। মথক্তা গৌরাঙ্গনা পীতবর্ণ লৌরকপগী মরম থরস্ত পনগ্রে। হায়রিবা পীতবর্ণসি

স্বয়ং পূর্ণাবতার ভগবানগী শায়োন্নী হায়বসি বৈষ্ণব লাইরিকশিংদা পাক-চাউনা নৈনগ্রে।

হৌজিক গৌরাঙ্গগী পুন্সিগী মরু ওইবা তান্নক খরদংগী ন্নাফমতনি ঐখোয়না খল্ল-নৈনগদবসি। য়াম্না নহা ওইনা টোলগী ওঝা অম ওইনা লৈরিঙৈ মতমদা মাগী মগুণদি পাক-শন্না শন্দোকখিত্রুনা ভারতকী মফম পুন্নমক্তা তানরে। মতাঙ্‌সিদা উত্তর ভারতকী পণ্ডিত কেশব কাশ্মীরী দিগ্বিজয়ীনা নিমাইগী মফমদা শাস্ত্রগী শীংনবা ন্নাফম অমা নবদ্বীপ গঙ্গা মপান্দা হৌদোরকখি। অসীগা লোয়ননা দিগ্বিজয়ীনা খুদক্তা শেম্বা গঙ্গা স্তোত্র অমগী মতাংদা অঙকপা ফংবা মওংদা নিমাইনা মায়থীবা পীখিবগী মরমদা মথরাই শোকথ্রবা কাশ্মীরী অত্রুগী মমঙ্‌দা শ্রীভগবাননা নিমাইগী শক্তি শেংনা তাকপিবন্নবা মতুংদা দিগ্বিজয়ী অত্রু নিমাইগী মফমদা মায়থীবা য়াত্রুনা নিমাইদা চঙ্‌জখি। মাসিদা গৌরাঙ্গগী পাণ্ডিত্যগী অঙকপা খুদম অত্রুম ওইরে।

মথংদা চয়েৎননা শুপ্‌নমদা তানরিবা, লৌনরিবা ন্নাফম অমদি গৌরাঙ্গগী "নিমাই সন্ন্যাস" অসীনি। নিমাইনা সন্ন্যাস তৌবসি চহী ২৪ শুবদনি; অত্রুগা সহধর্ম্মিণী বিষ্ণুপ্রিয়ানা চহী ১৪ দা মণ্ডায়রি। প্রভুনা সন্ন্যাস তৌননবগী লেপ্লম্বা অত্রুগী মতম খরগী মমাঙ্‌দা বিষ্ণুপ্রিয়া মপামদা লৈরম্মি। প্রভু লম্বোইবগী পাউ নিস্ফুং নিস্ফুং তারবা মতমদা থুনমক প্রভুগী শঙ্গায়দা হল্লকই। ন্নাফম্ অত্রু য়াম্না শেংনা ভাঙনখি। অত্রুগুম্না মমাইবেম্ম শচী দেবীগম্ভু শেংনা ভাব তানখি। কৃষ্ণভক্তিগী গরম্ মহাক্তা পোকপা, প্রিয়া, শচী মখোয়গী অমগা অমগগী মরী, মখোয়না তৌগদবা থবক, মাত্রু তৌত্রগা মখোয় মখোয়গী মপোক্তী ভগবাননা পীরকপা থৌদাদা অকায়বা পুন্নমক্ মনি-মমৌদা ভাবতানা নৌংথিনা খঙ্‌হল্লবা অমদি খঙুলবা মতুংদা মখোয়গী অয়াবা মত্তুং ইন্না প্রভুনা সন্ন্যাস তৌবনি হায়রসি বৈষ্ণব লাইরিক কয়ামরুম্ নৈনরুরপা খুন্‌বা ওম্মি। অসীগুম্বা মতাঙ্‌দা ঈশাগী ওইবা যুক্তি

বিচার কন্না চহিঙ। চম্‌ত্রবা মপোক, চম্‌ত্রবা বিদ্যাগী গুণ, মশাদা মহাপুরুষ ওইবগী লক্ষন লৈরবা লাইগী শক্তি কোম্নবা মীওইবগী মপোক্তা ভক্তি, প্রেম, কৃপানচিংবা পূম্নগা পোক্লবা নিমাইনা থা ১৩ নাউপুত্রবা মমা ইবেম্মা শচী দেবী অমদি মথোন্‌ কারকইবী লুহোংবদা ভাহরিবী চহী ১৪ গী বিষ্ণুপ্রীয়াবু খঙহন্দনা লোম্না চংখিদুনা সন্ন্যাস তৌরুগনি হাযবসি গুণ কয়ামুক্কী মপোক কোম্নবগা নিমাইগী মফমদগী ওইবা য়াবা ওইদে। নিমাইগী পুন্সি মতাং কয়ামুক্তা ভগবান-শক্তি মূর্ত্তি উহন্দুনা মহাক্কী ওইহনবা ভম্বা শিংহু নিমাইনা মাগী ভগবান থোদা পাঙ্‌থোক্লবা শচী প্রিয়াদাস্তু উৎলম্মোই হায়নিভাই লৈতে। লেপ্পমক নিমাই ( গৌরাঙ্গ ) কনানো হায়বা মনি মমৌদা মতম চানা মতাঙ্‌ চানা উহন্‌বিখি নিমাইনা নীংলিবতুগী লম্বীদা অপন্‌বা পীরগা শচী-প্রিয়াগী অরান্‌বা ওইগদবা মুম্না খঙ্হনখি মাসিদা নিমাইনা ফোংদোক্নবা থুপ্পুনা থনম্বারা অমতংদি মুমিং অসিদা য়ুম থাদোক্কদবনি হায়বা অতুভনি। ম'তুস্তু অরান্‌বা নত্তে। নিমাইবু মু'শিবা, লুনা তৌবা শচী-প্রিয়া অনীতা নত্তে, নবদ্বীপ অপূম্বনি। মরমসিনা রা-রা লাউরগা থবক্তা অপনবা ওইগনি হায়তুনা মাগী নক্লববা পার্শ্বদ ( মনাক্তা লৈবা ) ফাওবদা মুমিংসি তাক্তে। শচী-প্রিয়াগী থাতুনা লোইত্রবা খাইনবগী অন্না মৈচাক্কা কোম্নবা বিদায়দি নিমাই ( গৌরাঙ্গ ) গী থম্মোই মুংগী শক্তি উৎলকৃপদা নিমাঈ অচম্বা নত্তে স্বাক্ষাৎ ভগবান শক্তি লৈরবনি অসিনি। মিংনা উরবদি থাজ-দবা য়ানিংদবা পুম্নমক পল্‌ লাম্থোকখি। থুদম্‌ অমতং ওইনা শ্রীকৃষ্ণন অর্জ্জুনগী চিংনবা, চম্মবা ইকোক কোক্রবদা বিভূতিথোগ অমসুং বিশ্বরূপ দর্শন-পীরবা মতমদা অর্জ্জুন-''নে" তানা শ্রীকৃষ্ণগী তৌবা ভম্বগা লোইননা শক্তি পূম্নমক খঙ্‌ভতুনা শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা পুরা থাজবা পোক্তুনা শ্রীকৃষ্ণনা হায়ব মখৈ অর্জ্জুনন্না হীকতোকখিদে। অসীগা লোয়ননা রিমাই শচী, প্রিয়াগী বাকম নৈনবদা যুক্তি বিচারগী মতেং ওইগনি। লাইরিক অমগা অতোপ্পা লাইরিক শন্নবদা যুক্তি

বিচার চঙভি। মরুওইবা ঝাদি নিমাই সন্ন্যাস তৌগনি, সন্ন্যাস তৌগনি, সন্ন্যাস তৌদবা য়াদে হায়বসি নিমাইনা শচী-প্রিয়া অনী-মক্তা য়াম্না মুম্না শুগাইনা রায়ী শীংবুল তৌই। নিমাই-শচী-প্রিয়া অন্থমগী মরী নিমাইনা মাইকৈ কয়াগী ঝাফম উত্তুনা ভাব তাহল্লি। শচী-প্রিয়াবু ভাব তাহন্নবগী লাকইবা রাফম অসীদগী বৈষ্ণব সমাজনা খম্থনিঙাই অন্থম ওইরবনি। সন্ন্যাসকী রা শচী-প্রিয়া অনীমক মুম্না খঙভি; খঙ্দবদি নিমাইনা য়ুম থাদোক্কদবা মুমিৎ অন্থদনি। রাফমসি মথক্তুস্থ খরা পনজগ্রে। শচী প্রিয়ানা নিমাইগী সন্ন্যাসকী রা খঙ্দন্থনা নিমাইনা লোম্না থবক তৌবা মওংদা লাক্লবদি বৈষ্ণব সাধনা মরীদা অকায়বা লৈ। মমা অমস্থং মাগী মুপীবু অবা মৈচাক মরক্তা লংশিল্লম্নগা কৃষ্ণ ফংননবা ধর্ম্ম তানখিগনি হায়বসি মীরমলেন লাইরমলেন অনীমক্তা খজিক্তং খম্থ নিঙাই ওই। মওং মরম শেংনা থবক তৌবসি মহাপুরুষশিংগী ফজরবা লমচৎনি। নিমাইনা শচী-প্রিযাবু ভাব তাহনবদা চঙ্বা মচাক-অন্থনা ঐখোয়বু নিমাইগী ( গৌরাঙ্গগী ) মতুং ইন্‌বদা মীৎপাঙহল্লি। নত্রবদি মমা-মুপীবু মুংশিবা খঙ্ত্রবা মী অমগী মতুং ইন্‌বা ওইথোক্রুবা ঝাফম অমা তারকই। গৌরাঙ্গগী চহী ৪৮ গী পুন্সিগী তম্থাই ওইবা চহী ২৪ দা থোকইবা থোদোক্ অসীনা মাগী তুংদা লাক্কদবা লীলাগী মরু ওইবা হৌফম্‌নি। মহাক মশানা লাইরিক ইরমদে। শ্রীকৃষ্ণ, যীশু খ্রীষ্টগুম্না মাগী মচা-মনাই-শিষ্যশিংদা শিন্নন্থনা, তাক্তনা শ্রীবৃন্দাবন, নবদ্বীপনচিংবা মফমদা ধর্ম্ম লাইরিক ১৫০০ ২০০০ রোম ইহনখি। নিমাইগী পুন্সিদা সন্ন্যাসকী মতাং অসী মাগী পুন্সিগী অমস্থং বৈষ্ণব সমাজগী ( crux ) মরু ওইপ্রবা তানফম্‌নি।

অসিদগী অমুক্তা হেন্না থুপপ্রবা প্রভুনা য়ুম থাদোক্কদবগী রাফম মতেক অমতং পনজগে। মুমিৎ অসাগী অহীং অসী প্রভু শয়ন কক্ষদা লেঙ্শিন্দুনা চেপগ্রে। প্রিয়ানা মবুঙোগীদমক চন্দন নচিংবা

পুন্থনা চঙলকপা মতমদা প্রভু নয়ন য়াওনা চেপখিবা উরে। খুত্তগী চন্দন শেম্পাক মকমচানা থম্লগা প্রভুগী খুয়াদা কুন্দুনা চরণ সেবা তৌননবা হোৎনজৈ। তুম্লমদাইদা মুপীনা মপুরোইবগী সেবা তৌবসি চরণ সেবা তৌবসিনি। প্রিয়াগী মখুৎ অঙৈংবন্থনা প্রভুগী অশাবা চরণ শোক্লুরবদি চপ্পা কায়রগনি হায়ন্থনা থৈজ্জুপ অশাবদা খুৎ শাহল্লগা চরণ শেবা তৌবা হৌই। অস্তুম তৌবা মতাঙদা প্রিয়ানা গৌরাঙ্গগী মাইথোংত্থু মুম্না য়েংজরগা নোংমদি গৌরাঙ্গনা মখোয়বু থাদোক্লমগনিকো হায়বা খল্লুবদা খাঙভমত্রবা ( বিরহানল ) থাইনমৈচাক্লা ( নয়নদগী ) মীওগী মন্দানিনী ঈহৌরকপগুম পী মতুম মতুম শিন্থরকই। শিন্থরকইবা পিনা ইবুঙোগী চরন্দা তাবদা প্রভু মিকপ থোকই, প্রিয়ানা তৌরম্মিত্থু হেক্ উথি। প্রভুনা চেপ্লস্বদগী হৌগত্তুনা প্রিয়াবু য়েংলগা হায়ঃ-প্রিয়া, নঙদি ঙসিদি য়াম্না ফজনা প্রসাধন তৌরে, ফিজেৎ লৈতেংলে। য়েংবদা ফজরে। অত্থবু ঐনা পামজবা খরদং অমুক নঙবু শেম্গে হায়ন্থনা প্রভুনা প্রিয়া লৈশি লৈথোম্না ফিজেৎ-লৈতেং শেম শাবিরগা "প্রিয়া, শকয়েং মিংশেল্দা করম তৌই অত্থক্কুং য়েঙঙু" তাক্পি। প্রিয়া য়াম্না হরাউজৈ, হরাওজফম্ থোকই হায়বদা থোইনা হায়মনবা রাফম ওইদে। "ইবুঙোনা ঐবু শেম্বীরে, ইবুঙোবুস্থ ঐগাক থোগন তৌজগে" হায়ন্থনা হায়ন্থনা প্রভুগী সেবা থোগল তৌজৈ। অস্তুম্না মপু মনাই অমনা অমবু লৈতেংনরগা প্রিয়াবু ইবুঙোগী আজানুলম্বিত ওইরবা পাম্বোম অনীনা কোনশিন্দুনা প্রেম আলিঙ্গন তৌন্থনা ইবুঙোগী তম্পাক্তা ফমহল্লগা প্রিয়াগী মাইথোং য়েংন্থনা সংসারগী, তাইবংপান মপোক্তী মুঙাইবা গার্হস্থ্য জীবনগী মুঙাইবা রান্নী শানখি। মতাংসি য়োরকপদা ইবুঙোনা য়ুম থাদোক্কদবা পুংফম্ কুইদ্রে বৈষ্ণব সমাজ কাঙবু অমনা প্রভুগী ইচ্ছা কায়গদোরে হায়ন্থনা প্রভুনা নিদ্রাদেবী আবাহন তৌন্থনা প্রিয়াবু তুমহল্লগা প্রভু লেঙথোক্খি হায়বা ভাষ্য পীরি। অমরোমদা লোচনদাম ঠাকুর না মাগী মীওইবগী হৌনশা ওইরবা ভাষ্য অমা

পীরি। নিমাই-প্রিয়া অনীনা গাহ´স্থ্য জীবন ম্বারী শারবা মতমদা সম্ভোগকী অয়ৌবা পরাকাস্তগী মওং প্রিয়াদা ঈঙ্গিত তৌই। বিরহ (খাইনরা) মৈচাক অতুপকী মতীক বল্লগা সম্ভোগকী সীমান্স্থ ঙমখৈস্ত্র য়োই হায়বসি বৈষ্ণব সমাঙ্গনা য়ানরবা রাফমনি। নোংমদি শোয়দনা নিমাই-প্রিয়া খায়নগদৌরিবনি হায়বসিগী খাইন মৈচাক-প্রিয়াগী থম্মোয়দা তত্তনা খন্দুনা লৈবনা প্রিয়াদা খায়ন-মৈচাকী চৈথেং অমা অয়ৌবীদা লৈরবনি। মতাঙ্ অদুদা সম্ভোসকী পূর্ণ রস অমা লাকপা মতমদা প্রিয়া অয়ৌবী মূর্চ্ছা ওইরম্মি। মতম্-তাঙ্গা অদুদা সন্ন্যাসক´দমক শঙ্গায় থাদোক্লুনা কাটৌবা পাংখি। মাসিনা সন্ন্যাস তৌবা তারবদি গাহ´স্থ্য জীবনগী চপ্ চাবা হৌন-লমচৎ-ব্যাহার তৌদবা য়াদে হায়ব শাস্ত্রগী মত মতুং ইন্না শ্রীঠাকুর লোচন দাসনা মাগী ভাষ্য অসী পীরমবরা হায়না খল্লি। অদুগা অমরোমদা মসিনস্থ খরা যুক্তি-বিচার চুব্রা হায়বা খন্ননিংঙাই ওই। মতাং অসিদা শ্রীকৃষ্ণগী বাফমদস্থ খরদং খন্ননিঙাই ওই। মতম মতমগী মতাঙ্ মত ঙুগী ওইনা থবক তৌবা মহাপুরুষশিংনা থাদোক্তে। দ্বারকাগী কৃষ্ণ গাহ´স্থ্য জীবনগী ফিদম শ্রীকৃষ্ণনি। মথুরা অমদি কুরুক্ষেত্রগী কৃষ্ণ বীর রস ঐশ্চর্য্যকী শ্রীকৃষ্ণনি। শ্রীবৃন্দাবনগী কৃষ্ণদি খ্বাইদগী থোইদোক-হেন্দোক্লবা শ্রীরাধাগী মবুঙো মধুর রসকী শ্রীকৃষ্ণনি। মাদুগী শ্রীকৃষ্ণ অদুনি শ্রীগৌরাঙ্গগী লীলাসি।

নোং ঙাল্লে। প্রভু কেশর ভারতীগী য়ুমদা ভারতী গোসাঁইবু ঙাইদুনা লৈরে। ভক্ত-শিষ্য কযামুবাস্থ ইবুঙোগী খোঙ্গুল লীরক্লুনা কেশর ভারতীগী য়ুমদা থুংলরে। পুন্না ম্বারী শীংবুল তৌনরবা মতুংদা প্রভুগী শম্ শেংদোক্লবা তৌগ্রে। প্রভুগী মূর্তিদু উবদা নাপিত ফাওবনা খুৎলায় পায়দুনা শম্ শেংহা ঙমদবগী মতাংদা ইবুঙোনা করিস্থ লৈত্রবা নাপিত ফাওবদা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী ভক্তি, প্রেম, প্রভুগী মপোক মুন্না খঙ্হন্দুনা প্রভুগী শম শেংবনা মাগী পুস্তিগী অরোইবা থবক

ওইদুনা মাগী খুংলায় থ দোক্লগে, মাগী মশিন্ ওইকবনা নীংথিজরবা ইবুঙোগী শম্ লৌথোকপ ভাববনি হায়না মথন্তা শরাবা নিঙঙমদবা অসিনচি-বগী ব্লারী বাতাই কয়্মুক মতাং অসিদা লৈরে। প্রভুগী শম শেংবা লোইরে। গঙ্গাস্নান তৌরে। সন্ন্যাসকী ফীজোল হোংলে। কেশব ভারতীনা সন্ন্যাস মন্ত্র পীরে। মতাং অসী য়োবদা ইবুঙোগী সন্ন্যাস নামগী মরমদা খল্লুবদা ভারতী থুদক্তা ব্লাংল্লা লাম্বদা মতীক চাবা মিংথোল ফংবা ঙমদত্রুনা চম্‌মনবন্থু উবদা প্রভুনা ভারতী গোসাঁইগী নাকোংদা শউম্ অমা পীরবদা ভারতীনা থুনমক "ফুরুপকী ওইবা" "ভারতী" হায়বা পদবীদি য়াওদে মরমদি ভারতীদি মায়াবাদ পন্থীগী পদবীনি। "শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য" হায়বসি প্রভুগী সন্ন্যাস নাম ওইনা থোনখি। অসংগা লোয়ন-লোয়ননা গুরু-শিষ্য অনী পূম্না শ্রীকৃষ্ণনাম হরি হরি শোন্দুনা জগোয় শাগিল্লখি। মতুং তাবদা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যনা কেশব ভারতী য়েংলগা গুরুগা কবস্থা মতমদা অমুক উন্নগদগে হংবদা "হায়বস্তু ঙমদে উন্নগান বায়বস্থ থ জবা লৈতে" হায়না ভারতীনা খুল্লকখি। হায়গুম্না মখা তাবদা কেশব ভারতী শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য অনী অমুক উন্নরকপগী ব্লাফম লাইরিক্তা ফংদ্রে। অওইবমক ভারতীনা সন্নাস নাম, ধর্ম্ম, মন্ত্র পীবতনি শ্রীকৃষ্ণ ভক্তি প্রেম তত্বদি কেশব ভারতীনা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদগী ফংবনি।

মতাং অসিদা ঐথোযনা নৈনবা তাবা ব্লাফম অমস্থ মণিপুরদা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মহাপ্রভুগী বৈষ্ণব লম্গী অসিদা লৈরিবা ফাক অসি মুল্লা থম্ন-নৈনরগা লৌবা চুম্মাল্লে হায়বসিনি নিমাইনা করিগীদমক মফম অত্থুগী পণ্ডিত অখঙ্ অহৈ অহল লমন পূম্নমক থাদোক্তুনা কাটোয়াদা চত্তুনা সন্ন্যাসগী গুরু ওইরিবনো? কেশব ভারতীদি মায়াবাদী, শঙ্কর চার্য্য পন্থী, কৃষ্ণ ভক্তি বিরোধী (য়াদবা) ফুরুপনি। অত্থুগা নিমাইদি শ্রীকৃষ্ণভক্তিদা থরায় লূপপ্রবা প্রভুনি। অত্থুগদি করম্না নমগল-নম্গল ওষ্লোক্লরবা অদ্বৈতবাদ অমস্থ দ্বৈতবাদ অনী

অসী শন্নরুরিবা ? মতাং অসিদনি প্রভূগী মক-মরমদা "অচিন্ত্যভেদা-ভেদ" হায়বা রাফম লাৎইবসি। প্রভূদি রামানুজ মাধব, বল্লবচারী, নিম্বার্কী সম্প্রদায় মরিসগী মন্নুংদা অকক্লবগী মন্নুংদা থম্বা য়াদে। কেশব ভারতী-নিমাই মাঙজোননা রুরী শানতুনা লাইপ্রবনি। ধর্ম্ম অমা, থবক অমা, লম্বী অমা শিনফম অমা অসি-চিংবা লৌবা তারবদি গুরু অমা য়াওদবা লৈতবা য়াদে। গুরু ওইগদৌরিবা মহাক অতুমক্তি লম্বী অতুদা লৈবা মী ওইবা তাই মসি, মশানা তাবা রাফম—মশানা শৌদবা মীবু তৌ হ য়বসি মীরমলেন্ লাইরমলেন অনীদা চপ চানা য়াফম থোক্তবা রাফমনি। নত্রবদি মীত্তাঙ্ববনা ম'ংকী হ'দাক-মন্ত্র পীবা য়াতেকপনা ( ময়া য়া'দ্রবা মীনা ) হাগী হৌদাক মন্ত্র পীবগুম থোকই। অতুগা অমবু ওইরবসু অ'ত'প্প' অমবু ওইরবসু নিমাইনা সন্ন্যাস তৌবা শারবদি শাস্ত্রগী মত'ইন্না চৎপা তারকপনা সন্ন্যাসী অমদগী মন্ত্র থমসুং মাঢেন্দা গুরু ওইবদি মশানা তাবনি। মায়াবাদী ওইরবসু, কেশবদি স ন্যাসীনি। কাঙ্গলুপতি কয়া বাংদবা ভারতী ফুরুপনি। নিমাইবু সন্ন্যাস মন্ত্র পীতুনা শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য ( শ্রীকৃষ্ণবু থগুলবা হায়বা শিংথোল পীবা লোইবগা লোয়ননা কেশব ভারতী শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্যগী শ্রীকৃষ্ণ ভক্তিদা তন্না ওনশিনখ্রনী ; মসিগী থাক অসী য়ৌরকপদা মণিপুরী বৈষ্ণব সমাজনা শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য মহাপ্রভুগী নামাদা লৌরিবা থরণ অসী মুন্না খন্থরগদি সন্ন্যাস ধর্ম্ম লৌরিবা অমসুং পীরিবা শিষ্য গুরু অনী অসাগী মরীসি ওন্থোকপা তায়োন্নবা অমা ওই। হুজিক হুজিক্কী ওইনা য়ুম্নান্দুনা মচা পোক্লিবা অককপা লৈতনা ওা মৈকুনচিংবা শীজিন্নরিবদা গুরু ওইদনা সন্ন্যাস মন্ত্র পীতুনা অহল নহা পূম্নমক লপোইহনুবা অঙকপা ফংবা রাফম্নি রাফমসি শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী পূন্সি রারা চুন্নতা পাবনদি কান্নবা থরা রাৎপা তাই ; মাগী তত্ত্ব মরু ফংনা থিফন থোক্ই হায়বগী মরীদা মণিপুর সমাজগী রা পশিনজবনি। শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী বৈষ্ণব ভক্তি ইন্বা তারবদি রাফমসি তঙাইফদনা থন্নবা তাবনি। রাফম অসী নিমাইনা করি মরমদগী মায়া

বাদী শঙ্করচার্য্য পন্থী কেশব ভারতীদা সন্ন্যাসকী গুরু ওইরুরিবনো হায়বত্তুগী মবী মখোঙ থিবকপদগী থোক্লকপনি। অসীগী মখাদা লাকপা ব্রাগী পরিংদা খর খর য়েংননিংঙাই ওইবা মতাংদা খন্দুনা লৌংত্তুনা ইজবনি। শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী পুন্সি অমশুং ব্রাফমদি হায়জনা ইত্তুনা লোইবা নত্তে। অসীগী মতুং তারকপদা বৃন্দাবন লেঙবদা কাশীদা মায়াবাদী শ্রীপাদ প্রকাশানন্দ সরস্বতী উনত্তুনা মায়াবাদগী অশোনবা অরাংপা পুখোক্লুনা শ্রীমদ্ভগবত চতুঃ শ্লোকী ব্যাখ্যান তাকলে ওইত্তুনা প্রকাশানন্দবু বৈষ্ণব সম্প্রদায়দা তিলহনখি; প্রভবানন্দ মিংথোল পীখ। অসুম তৌনা শ্রীবৃন্দাবন লেঙঙুবা হল্লক্তুনা নীলাচল ক্ষেত্র, পুরী, শ্রীশ্রীজগন্নাথ ক্ষেত্রদা লেঙঙকপা মতমদা থোকপা রামানন্দ সঙ্গনাচিংবগী ব্রাফম খ'দোক্লুনা মতম অত্তুগী ভারতবর্ষদা মমিং চৎলবা শ্রীবাসুদেব সার্ব্বভৌমগী ব্রাফমর খংদং নৈনফম থোকই। মতম অত্তুদা মায়াবাদ কন্না প্রচার তৌরম্বা শ্রীপাদ শঙ্করাচার্য্য পন্থাগী মমু দা মশক নাইবা প্রচারক অমা সার্ব্বভৌমনা ওইরম্মী। শ্রীক্ষেত্র হেক্ য়োবদা শ্রীশ্রীজগন্নাথ দর্শন তৌবা মতমদা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য খঙহৌদনা মূর্চ্ছা ওইরম্মী। নতম্ শাংনা চেতন লাক্লবদা সার্ব্বভৌমগী য়ুমদা পুরগা চেতন লাক্লনবা শিষ্য-ভক্ত ময়াম্না কন্না হোৎনবদগী জ্ঞান তারকই। শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী মরী মখোঙ মুন্না হংত্তুনা খঙলবগী মতুংদা সার্ব্বভৌমনা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যবু অঙাং ওইনা ভাব তাদনা সন্ন্যাস তৌবগী মওংদা কয়া উশিং থোওইদনা ঙাঙই। গুরু ওইরুরবা কেশব ভারতীবুসু য়াম্না হন্দুনা লৌই। ভারতী সম্প্রদায়দি খর হন্তবা নেম্বা ফুরুপ ওইনা লৌবগা লোয়ননা মচাগা পাংথক ওইরিবা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যবু অঙাং ওইত্তুনা খঙদত্তুনা পঙতো তৌরম্বা ওইনা খন্দুনা সন্ন্যাসী অমনা তঙাইফদনা খঙদবা য়াদ্রবা বেদান্ত সুত্র তাহন্দুনা খঙহল্লগা অমুক অনৌবা সন্ন্যাসী মন্ত্র পীত্তুনা খর ব্রাংবা থাক্কী সন্ন্যাসী অমা ওইননবা সার্ব্বভৌমনা তৌব বেদান্ত সুত্র তাও—তাগে হায়না চৈতন্য সর্ব্বভৌম অনী লেপ্পরে। ব্রাফম অসিদগী চাউনা পোঙজরবা সার্ব্বভৌমবু করম

তৌনা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যনা কৃষ্ণভক্তি বিরোধী সার্ব্বভৌম, শঙ্কর পন্থী মায়াবাদী অমবু থোংনা, মেঙ না, নোল্লুক্তা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যনা মাগী শ্রীকৃষ্ণ ভক্তি—বৈষ্ণব সম্প্রদায়দ পুশিল্লকখিবগে হায়বত্থতনি সার্ব্বভৌম-শ্রীচৈতন্য প্রসঙ্গগী মরুপইবা য়াফম। মুমিৎ ৭নি চুপ্পা বেদান্তসূত্র ভাষ্য সার্ব্বভৌমদগী তারবা মতুংদা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যনা সার্ব্বভৌমগী ব্যাখ্যাদু গৌণ কুবাংবান আর্থনি, মরুওইবা মুখ্য আর্থনা ব্যাখ্যা তৌদ্রে হায়বা য়াফমদা সার্ব্বভৌমনা চন্না য়েংননবগী য়াফম পুন্নমক থংখিবদগী মমৈথঙদা শ্রীকৃষ্ণ ভক্তিদা মায় ওন্থোক্লবত নত্তনা নিন্দা তৌকবগী অয়োল্ অয়াল্ পুন্নমক্ ভাকপিনবা সার্ব্বভৌমনা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদা চঙ-জখি ভাষ্য হায়বসি মহাপুরুষশিংগী, পণ্ডিতশিংগী, সাধকশিংগী মাগী মাগী লৌনিংবা চৎনিংবা অদুনি। শঙ্করাচার্য্যদা বেদান্তসুত্র ভাষ্য তৌরম্মবা, শঙ্করভাষ্য হায়রিবদু শঙ্করগী মতনি। হুজিক তারক্লিবদি শ্রীকৃষ্ণনা শিবদ য়াথং পিদুনা শঙ্করাচার্য্য হায়না পোক্লুরগা মায়াবাদ অসী প্রচার তৌহল্লকপনি। অসুম্না চহী ৯০০/১০০০ মায়াবাদনা কুপতুনা থমল্লবা হিন্দু জাতী, থোইদোক হেন্দোক্লা ভারতবাসী পুন্নমক্তা অমদি শুপ্প। পৃথিবীগী মী পুন্নমক্তা অনৌবা য়াওন পুরক্লনবা শ্রীভগান শ্রীকৃষ্ণনা কলি পাবনতার গৌরাঙ্গ ওইরকপনি। শ্রীকৃষ্ণ ভক্তিতনা জীবগী অয়ান খুবম ফংননবা পান্থৈ ওইগনি হায়বা য়াফমসি তারকই। অসীগী মতুংদা থা ভারত ( দক্ষীন ভারত ) লোমদা তীর্থ যাত্র তৌই। তীর্থদা পাউথোংবতান, শ্রীকৃষ্ণ ভক্তি মরীদা মরুওইবা লাইরিক কয়ামরুম থ৲রামদা লৈ হায়বাস শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যন। মুন্না খঙলাম্ম। অমরোমদা দক্ষীণ ভারত অসী প্রভুগী য়াম্না মমাঙদগী কৃষ্ণ ভক্ত লৈবা মশক নাইবা সাধক বৈষ্ণব লৈরম্মি হায়বসি য়াম্না মুন্না খঙলাম্ম। অদুনা পুরীদগী অসুম্ লাকপনা কৃষ্ণবেম্বা তুরেল মপান্দা পাণ্ডরপুর কৌবা মফমদা বৈষ্ণবশিংনা শ্রীকৃষ্ণলীলাগী বর্ণনা মরুওইরব। শ্রীলীলা শুক বিল্বমঙ্গল ঠাকুরগী শ্রীকৃষ্ণ কর্ণামৃত, মন্দিরদা পাঠ তৌবা থেংনরুবদগী লাইরিক অদু খুৎইদা শিন্দোকুনা পুরকই।

অসীগা লোয়ননা মল্লার দেশতা পয়স্বিনী তুরেল মপান্দা আদি কেশব কৌবা মফমদা ভক্তশিংনা ব্রহ্মানা হায়বা "ব্রহ্ম সংহিতা" কৌবা লাইরিক অদু পাঠ তৌরম্বা থেংনরুবদগী থুংইদা শিন্দোক্তুনা পুরকই। বৈষ্ণব ধর্ম্মগী মরীদা ঋারেপ অমা ফংগে হায়রবদি ব্রহ্ম সংহিতানা লোইরে। মসিনা সিদ্ধান্ত পূর্ণ ওই। মসি মমল নাইত্রবা লাইরিক অনী অসী পুৃহুনা পুরীদা হল্লগা রথ যাত্রদা জগন্নাথ দর্শন লাকপা মথুরা, বৃন্দবন, বঙ্গদেশ' আসামনচিংবদগী লাকপা মীশিংদা মথং মথং শিন্দোক্লহুনা পুহনখি। হুক্তিক ঐখোয়না লাইরিক অনীসি ছাপাদা উবা ফংজরিবসি শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী থৌজান, থৌনাদগীনি। মতৌ অসুম তৌরহ্নুনা চহী ২৪ দা সন্ন্যাস তৌরগা চহী ৬ অমা তীর্থ কোয়রুরগা শ্রীক্ষেত্রদা হল্লকুনা চহী ১৮ চুপ্পা বৈষ্ণব ধর্ম্মগী লাইরিক ১৫০০-২০০০ মাগী ভক্ত শিষ্য কয়াদা তাকুনা, শিল্লহুনা ইহল্লম্মগা খৃঃ ১৫৩৩ দা থুপখি। প্রভুনা থুপখিবসিগী মরীদা মরম, মওং কয়ামুক থোক্লা হায়নৈ। অমবু ওইরে, অতোপ্পা ওইরে প্রভুনা থুপখিবসি অঙকৃপা রাফম্ ওইনরি। খল্লবা য়াবা রাকমদি লাইপোক ওইবা মহাপুরুষশিংগী পুন্সিদি অসী তাক্তনি হায়বসিনি।

শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী পুন্সিগী মরীদা পোকপদগী শিব ফাওবা বৈষ্ণবশিংগী লোন্দা ওইনা আবিভার্বতগী তিরোভার্ব ফাওবগী মমুংদা মরু ওইবা শেংদবা ময়েক শেংদবা চয়েৎনবগী শরুক কয়ামুক লাইরিক্ কয়াদগী লৌখত্তুনা মাহু পুন্নমক্তা লোয়ননা যুক্তি বিচারগা লোয়নন থমজরে। মথা অসিদা খঙ্ফম থোক্পা অমদি "যদা যদাহি······ ···গীতা" শ্লোক অসি মী অয়াম্বনা অহুম পরে। অহুদা যুগ যুগকী মতম চান-চানা হায়বসি শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদা করম্না হায়রিবনো, যুগনা করম্বা যুগনো মতমনা করম্বা মতমনো, "ধর্ম্ম গ্লানি" ধর্ম্ম মরায় চায়থবনা করি, করম্বা ধর্ম্মনো, অধর্ম্মনা মরাই হাইগৎলকপনা করিনো, ধর্ম্ম অমুক (সংস্থাপন) শেম্গৎপা হায়বনা করি ধর্ম্মনো হায়বা ঋাহং

কয়ামুকসিগী পাউথুম য়াওদনা শ্লোক্কনা শ্রীগৌরাঙ্গ'বতার অসীগী ৱাফম্ মপুঙ্ ফাদবদৌনা থোকই। গৌরাঙ্গগী মমাঙ্দা শঙ্কর পোক্কনা বেদ্ধ ধর্ম্মগী "একমেবাদ্বিতীয়ম" হায়বসি মন্নংদা ফুমজিল্লগা "ব্রহ্ম সত্যম্ জগন্মিথ্যা।" ব্রহ্মতসি অচুম্বা, অৱেপ্পা, জগৎ অসীদি মিথ্যা মীনম্বা ওইদবা ঙাক্কনি হায়বসি ভারতবর্ষগী মফম্ পুন্নমক্তা পাক্না শন্না শন্দোকখ্রবনি। অসীনা থোকপদি কৃষ্ণ ভক্তি তৌজহুনা মুক্তি অবান্ থুবম ফংনরম্বহু শঙ্করাচার্য্যগী মায়াবাদনা থুমজিন'খহুনা কৃষ্ণ ভক্তি মরাই থমৃথে না চায়থখ্রবনি। তৌবদি কৃষ্ণভক্তিগী পাম্বৈনা মুক্তি ফ'বসিনা ইবুঙো মাগী লীলাগী থৃৎশেম কায়ব তারক্কনা শ্রীকৃষ্ণগী থৌইনশিন মতুংইন্না শিবনা শঙ্করগী শায়োন লৌদ্রনা লীলা মপুং ফাননবা মায়াবাদ শন্দোকহনবনি হায়বাস মথক্তসু পনজগ্রে। অসুম্না জগৎ অসা মায়া ঙাক্কনি হায়ব অসিদা তোংলবদি ধর্ম্মদি মশানা লৈতব তারবনি। মায়' মরক্তা কবম্না ধর্ম্মগী মফম লৈফম থোকপগে অতুগা শেম্গৎকদৌরিবা ( সংস্থপন ) ধর্ম্মনা করি ধর্ম্মনো? কনানো শেমগৎকদৌরিবনো? গৌরাঙ্গ পোকলমদ্রে খল্লবদা কনানো শ্রীকৃষ্ণগী ইচ্ছা মতুংইন্না ধর্ম্ম শেমগৎকদৌরিবনা কনানো? কনা পোক্কনা করি তৌগ্রবগে? মথোয়গী ধর্ম্ম লৌচিংনা কদায় ফাওবা পাক শন্না লৈখি-বগে? মাহুনা শ্রীকৃষ্ণগী ইচ্ছামক মপুং ফাবে হায়না লৌৱগদ্রা হায়বা মতাঙদা শ্রীগৌরাঙ্গ অবতারনা চপ চাবা পাউথুম পীবা ঙম্মি হায়ব তাই। লাইরিক কয়াগী মত অমসুং শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী মমাঙ্দগী হৌজিক ওইরিবা জগৎকী য়া-ওন্ অসীগা পুন্না খন্থরবদি ইবুঙো-ইবেম্ম অনীগী অমতা ওইরবা ভক্তি প্রেমাবতারনি হায়বদা চিনমিঙাই লৈতবা ৱাফম্, প্রমান কয়ামুক লৈ। পৃথিবী অসিদা থোকপা লাইরিক মথল মথা য়াম্মি। ৱাফম্ অমতগী মরমদা ৱাথল তোও ন তোঙানবনা মাগী মাগী ওইবা ৱাঙাঙ্ ৱাপুদা হনরকই। মাহু পুন্নমক পারগা অপাম্ অপাম্বা মত লৌনৈ। তৌবত্তদি লৌরিবা মত অহু মহাক মশাগীতা নক্তনা ময়ামগীসু ওইনা লৌবা য়াগদ্রা হায়বহুদি খন্বা তাই। খুদম ওইনা

শ্রীমদ্ভাগবদ গীতাদা, তিলক্ ভাষ্য, গান্ধী ভাষ্য, অরবিন্দ ভাষ্য অসী-নচিংবা মীশক কয়ানা মানা মানা পুনিংবা মায়কৈগী ৱাপুদা পুতুনা মশাগী মত ফোঙদোকই। অদুনা ভাষ্যদি য়াম্ন য়াম্নসু থাই। মরমদি লৈরাম্বা "মূল" অদুনা পুবা য়াবা মওং কয়াদা থনম্বনি অদুম্নদি ওইরগা অসীমদ য়েংননিঙাই লৈত্রবনি হায়রব অদুদি শোয়দনমক লেগদবনি। অহনা মরম ওইদুনা বেদান্ত সুত্রগী শঙ্করভাষ্যদা মূলসুত্রগী মূল ব্যাখ্যা থাদোকুনা কুরাংবানগী য়ৌণঅর্থদা ব্যাখ্যা তৌরুবা সার্ব্বভৌমনা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী মফমদা মায়থিবা ফংখি। অওইদি শঙ্করচার্য্যদি তোগে. মমুহল্লগে হায়বা রাথনগা লোয়ননা তৌরম্বনি; খঙদবদি নত্তে। অদুনা কলি জীব অপঙবশিংদা কয়ামুক অকায়বা থোক্কদবা অদুগীদমক অমুক নৌ-হৌনা শমগৎনবা গৌরাঙ্গ অবতার তৌদবা যাদবা ইবুঙো মগী ইচ্ছানি জগৎ মিথ্যা, তাইবংপান অসী ওইদবা মীনপা মায়া ( Illusion ) মিরংনি হায়না লৌরবদি হৌজিকী যুগতা জীবগী পান্নফম ( মুক্তিগী লম্বী ) লৈতনা কঙাওবা মওংদা লৈবা তারম্বনি। থোইদোক হেন্দোক্লা ২০শুবা শতাব্দীদা লৈরিবা মীশিং অসিদনা অমুক হেন্না চৎনা চানদে। হৌজিক তাইবংপান অসিদা য়ংওন অনৌবা লাকইবা সবু মায়ানি **Illusion**। হায়রবদি ওন্থোকপা রাফম অমা ওইবা তারকই। মপা, মচা, মমা, মুপী নঙানচিংবা অমরোমদা মুভাইবা অযৌবা, মাঙতারুবা তাবা, উবা, অথু অকাই পূম্নমক্কী অনৌ অনৌবা পুথোরকইবা অসী পূম্নমক মায়ানি **Illusion**। নি হায়না সৌবা তারবাদ তাউদুনা লৈবা সংসার, জীব ওইদুনা থুম্না-লৈতাবগী রাফম লৈরাই, মীওইবগী মানুষ্যত্ব লৈতদুনা ওন্থোকপা মওংগী সংসার অমা ওইবা তাবনি চাম্ন-চিন্নবা, ফবা রাফম লৌবা হায়রবসি মীওইবগী অশেংবা গুণনি। অশোমদা থম্নবা, য়েংদবা য়াম্দবনি। মতাংসিদা ৱাফৈ মতেক অমতং পনজগে। চহী ৫০ রোমগী মমাঙগী থারৌনি। **Mr. R.R. Thomas, M.A. (philosophy) P.R.S., D.M. College** গী অহানবা **Principal** ওইরম্বা অসীনা

ঐখোযগী class lecture—Illusion পারাগী মতাংদা মানা humerous ওইবা মতাং অমা পনখি। মাহুৎ তোয়না নীংশিংভি। মানা মমাংভেদ' Illusion গী মরীদা ভাঙ্ববমখৈ ভাঙলবা হায়বদি খোইদোক্পা শঙ্করাচার্য্যাগী ব্রহ্মসত্যম্ জগন্মিথ্যা” জগৎ অসী পুম্নমক Illusion ভাকনি Desert কী Mirage গুম্বনি। মরুভূমিদা ঈশিং লৈ হায়না উবগুম্বনি অসুম্না মানা পারাহ্ন তাকপা লোইরগা ছাত্রশিংদা “Do you follow me, Is it clear” নচিংবা মথং মথং ‘yes’ হায়রক্কবা হংলকপদা ছাত্র অমনা ফুক হীগৎলগা “No Sir,” হায়না ঈচং খোনা হায়রকই। নীংবা কায়বগা লোয়ননা Mr. Thomas না ‘why’ হায়ন থুনা হংলকখি। মরমদি নঙনা Sir) ভাঙলিবশিংহুসু Illusion নি হায়না লৌই। য়াম্না অর্থ লৈবা পাউথুম ওইবনা মথা অমুক তাথদনা পারাগী হায়কম খোকপা হায়বা মওংদা হায়হুনা য়াকমহু লোইখি হায়না Mr. Thomas না য়ারী তৌই। মরু ওইবদি Illusion মায়া হায়বসি practical ওইদবা, থবক ওইনা চত্থবা য়াদবনি হায়না উৎপনি। মসিনা মরম ওইহুনা ভূত, বর্ত্তমান, ভবিষ্যৎ—হৌখিবা, হুজিক অমসুং লাকদবা পুম্নমক উরবা ভগব ন শ্রীকৃষ্ণনা তুংদা কায়রগদবা উহুনা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য অবতার তৌবনি। মী অমনা মী অমবু শী শিংনা খঙবা ভম্বা নত্তে। মশানা মশাবুদি ভশেংনা খঙবা ভম্মি। শ্রীকৃষ্ণ মহাক্তনা মহাকপু খঙবা ভম্মি হায়বা ধবনি ওইনা নিমাইনা সন্ন্যাস তৌরবগী মিং “শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য” কৌবনি। শ্রীকৃষ্ণবু খঙলবা নিমাইনি হায়বদি নিমাই শ্রীকৃষ্ণগী শকলোন—শায়োম্নি বৈষ্ণব ধর্ম্মগী মরীদা খন্ন-নৈনবা তারকপদা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী মপোক অমসুং মাগী শক্তি, মতীক মগুণ খঙবা তাবনা তাঙ্কক অসীনা শম্পৎপা য়াকম ওইনা থয়ে। নত্রবদি মাগী লম্বী অহুগী মরম খঙবদা প্রমাণ পীবা ভমদবগুম্বা অমা লাক্তুনা মীচম্ অমগী য়াকম ওইনা লৌখিবা য়াবগী তানকম্ ল'কৃই। শ্রীজয়দেব গোস্বামীনা শ্রীকৃষ্ণগী শক্তি কোম্নরবা অবতার তর। (দশাবতার), মাবু লৈশি

লৈখোনবা মতীক মগুণ ( কৃষ্ণবন্দনা ), মাগী লীলা শান্নফম বসন্তদা শ্রীবৃন্দাবনগী বর্ণনা তৌরগা মাগী শ্রীশ্রীগীত গোবিন্দম্ ইথরকই। মহাভারত লানগী তাজীন্দা খুৎলাই পায়দুনা লান তৌ হায়বা য়াদ্রবা অর্জ্জুনবু লান তৌননবগীদমক কর্ম্মযোগকী পাউতাক মথং মথং শ্রীকৃষ্ণনা পীরক্লবা ফাওবদা অর্জ্জুনগী হক্তানবদু কোক্লনবগীদমক ঙাঙ্-লিবদু কনানো, মাগী তৌবা ঙম্বা মতীক মগুণ খঙ্ হনবদা চুম্নগী বাহৈগী বারী বাতাইনা অর্জ্জুনবু খঙ্ হনবা, ভাব তাহনবা (convince) পেঙ্গ্রদুনা মাগী বিভূতি যোগ অমসুং বিশ্বরূপদর্শণ পীরব মতুংদা অর্জ্জুন তঙ্ তাবা জ্ঞান ফংখি। প্রবন্ধ অসীগী উদ্দেশ্য মাদুতগীনি।

শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী বৈষ্ণব ধর্ম্মগী লম্বী অসী য়াম্না লায়না চম্না উংপি। মরু ওইনা শ্রীকৃষ্ণদা চঙজো, শ্রীকৃষ্ণবু নীংজো ; মাদুনা শান্তি, মুক্তি ফংগনি অসীতনি। সত্য যুগকী লাই মুণি, ঋষিশিংগী হাক্তক্তা ধ্যান, তোপ, জপ তৌবনা মুক্তি, অরান্ খুবম ফংননবা লম্বী ওইরম্মি। ত্রেতা যুগতা যজ্ঞ তৌবনা মপূং ওইরম্মি। দ্বাপুর যুগতদি পূজানা মপূং ওইরয়ে। অতুদগী কলি যুগ লাকপদগীদি সংকীর্ত্তণনা মরু ওইরয়ে। অদুনা হরিনাম শোনবা হবিণাম সঙ্কীর্ত্তণ তৌবনা জীবগী অরান খুবম ফংননবা পাম্বে ওইগনি হায়দুনা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যনা "হরের্নাম হরের্নাম············ কলৌ নাস্ত্যেব············গতিরৈর্নথা" ! অসীগা লোয়ননা ইবুঙো মাবু ফংজগে হায়বসি থম্মোইদা চেক্লেৎ নীংগদবনি। প্রেমগী মশক ওইরবা মহাকপ্ন ফংজগে হায়রবদি মাগী জীব পুম্নমকপুস্নু মুংশিবা তারবনি। জীবশিংদা প্রেম লৈগদবনি। মথংদা বিশ্বপ্রেম লাক্কদবনি। মাসি জগৎকী কল্যান যাইফনবগী লম্বীনি। ভক্তি লৈগদবনি, ঐনা মতোল্লে হায়বা নীতিনা লমজিং ওইগনি। মীনা মখোঙ্না নেৎথদুনা পাকথক্লরবা তিংথৌ নাপীদসু অমুক হাইগৎলকপা নাইরবা অদুদগীসু হেম্না তোল্লি হায়না চংকদবনি। যথা তৃণাদপি সুণীচেন ······কীর্ত্তণীয় সদাহরি" কনাগুম্বা অমনা শাথিমা অকায়বা

তৌদুনা হিংসাগী থবক তৌরক্লবা ফাওবদা মাবু ঙাকপিবা, থৌজানবিবা মাবু জ্ঞান তাহন্নবা তৌগদবনি। মধাইনা নিত্যানন্দবু চফু মচেৎনা কোক্তা থাদুনা ঈথেং তারবা ফাওবদা ময়াম্বুং নিত্যানন্দগী য়াহৈ তাবদা অশাউবা হায়বত্থু লৈরম্লোইদ্রা থল্লবা প্রভুনা মাগী শক্তি পুথোক্লুনা মাধাইবু য়ারক্কে থন্দুনা চক্র কৌরকপা মতমদা নিত্যানন্দনা থামবদগী প্রভু নেমথরক্লুনা জগাই মাধাইবু ঙাকপিখি। মখোয় অনীমক ইবুঙোদা চঙজখি। নিত্যানন্দ হায়খি—"কাউরববরা ইবুঙে', নঙ্গী গৌরবর্ণ, রাধা কান্তি অত্থুদি ঙাকৃশিহৈবা, নুংশিহৈবগী বর্ণনি, নঙ্গী অবতারগী থবক্কা তা-য়োন্নরে।" মফম অসোদা গীতাগী "বিনাশায়চ দুষ্কৃতাম্‌" হায়ব অত্থ হাৎপবু নত্তে মাঙ হন্‌বা হায়না লৌগনি। করিবু মাঙ্‌হন্‌বা হায়রবদি মাগী "পশুত্ব"—শাগী লমচৎ অত্থবুনি। মতৌ অম্মম' শ্রীগৌরাঙ্গ মহাপ্রভুনা মাগী গৌরকান্তি, পীতবর্ণ হেমপ্রভা অঙৌবা, নাপু কুচু সনা অহিংবা মান্‌বা কুচুবু হেক হক্ উরুবা থল্লুবা মতমদা ইবেম্মা শ্রীমতী রাধাবু নীংশিংদুনা ইবুঙো ইবেম্মগী লীলাবু থম্মোয়দা ফাওরক্লুনা ইবুঙোনা ইবেম্মগীদমক থোরাংবা নীংশিংদুনা "রাধা! রাধা!" কৌদুনা হেক্ হেক্ কপতুনা য়াম্নে। মসিনা গোপী ভাব হায়বদি গোপীশিংগী মরক্তগী অথোইবী রাধা ভাব লৌজরগা ইবুঙোবু ফংজবদা পাম্বৈ ওই হায়না লৌনরি। গোপী ভাব অমদি রাধা ভাবকী খ্বাইদগী হেন্দোক থোইদোকপদি আত্মসমর্পণ অসৌনি শ্রীকৃষ্ণগীদমক ইকাইবা, হঙ্গোইবা, তুক্কচবা, কিবা, য়াবা, য়াদবা মখোয়গীদমক করিমত্তা থন্দবা ঙম্মি ইবুঙোগীনিতবু হায়রবদি মখোয়না ঙমদবা, ঙম্মোইদবা, তৌহৈবা তৌহৈদবা করিমতা থল্লুদে। লাইরিকনা হায়রি শ্রীকৃষ্ণনা মাগী প্রেম চাংয়েং ওইনা নাশিন্নরগা মাগী ভক্তশিংগী খুয়া উংফুসনা হীদাক তৌদ্রবদি অনাবা ফররোই হায়দুনা শ্রীনারদ ঋষিনা স্বর্গমর্ত্তদা পদধুলি থিরকপদা মহাপাপকী য়ানি হায়দুনা কনাস্থু পীরক্তুবদা উপাই লৈত্রদুনা দেবর্ষি নারদনা শ্রীবৃন্দাবন্দা গোপী-শিংদা হায়জরুবা মতমদদি গোপীশিংনা চিনবা লৈতনা পাপ কোটি

অমা তৌরবস্থ ইবুঙো কৃষ্ণগী অনা লায়কোক্কনিতবু হায়রবদি মখোয়গী পদধুলি খুজোক খুজোক নারদদা হাপ্লকতুনা মাতুনা কৃষ্ণ লায়েংতুনা অনা লাইকোকখি। চাংয়েংনি, গোপীশিংনা মবুঙোগীদমক পাপ কোটি কোটি পুবা চিংনদনা আত্মসমর্পণ তৌখি। মতুগী মমু'দগী অথোইবী শ্রীরাধা ভাবনি। মাসিনা ঐখোয়দা অমুক তাকলি মাতুদি কৃষ্ণভক্তিদা একান্ত চিত ওইগদবনি। মাতবু হায়না খন্দুনা নিংগদবনি। দক্ষিণ ভারতকী তীর্থ চৎপা মতমদ' শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগা শ্রীরঙ্গক্ষেত্রদা ব্রাহ্মণ যুধিষ্ঠির কৌবা অহল অমনা শ্রীমদ্ভাগবত গীতা পাঠ তৌরম্বা থেংনরুই। মহাক অতুবু ময়াম্না নোক্লরম্মি। মরমদি অহল অতু গীত'গী অর্থ লোইনা নিংথিনা খঙ্‌লমদে। প্রভুনা হ'লুই। ঠাকুরনা গীতা পাঠ তৌরিবতু অথ খঙ্‌ব্রা? খঙ্‌দে. অতুদি করিগী? ঐনা পাঠ তৌবসিদা ঐনা উবা, খঙবদি অর্জ্জুনগী রথ দোলাই মমাঙ্‌দা সারথি ওইনা খুৎ নামনা শগোল চুপলি, নামনা শাজৈ পায়রিবা শ্রীকৃষ্ণ অতুতবু খন্দুনা, মাতবু ফংজগে হায়বা রাখন্দা তত্তনা উজবা অতুগনি। মাতু তাবদা প্রভুনা ব্রাহ্মণ অহল অতুগী কৃষ্ণ ভক্তিতু য়াম্ন থাগৎখি। মাতুদমক শ্রীকৃষ্ণ ভক্তি অশেংবনি হায়খি। অমরোমদা অমুকস্থ শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুনদা তাকপমথৈ ত'ক্লগা মমৈ ইলোই লোইরকপদা সর্ব্বধর্ম্মান্ পরিত্যয্য………… মা শুচঃ। তর্কনা কৃষ্ণ ফংবা ঙমদে, মুক্তি ওইবা য়াদে। "পুম্নমক থাদোক্ক-া কৃষ্ণ ঐঙোন্দতা চঙজো মাতুতনা মুক্তি ফংগনি ঝারুগনু" হায়না শ্রীকৃষ্ণনা তাকপিখিবা অতুনি। শ্রীকৃষ্ণনস্থ খ্বাইদগী পেন্‌বা মাতুতনি। মতাং অসিদা লীলাশুবা শ্রীবিল্বমঙ্গল ঠাকুরগী শ্রীশ্রীকৃষ্ণ কর্ণামৃত মিংথোল লৌরকপগী মরমদা শ্রীবিল্বমঙ্গল ঠাকুরগী শ্রীকৃষ্ণতবু খন্দুনা মামৎ তাঙ্‌না তাঙ্‌না শ্রীবৃন্দাবন পাংনা লাকপা মতমদা শ্রীকৃষ্ণনা শঙ্গেমহাগী শায়োন্দা ঠাকুরবু লমজিংবিগে হায়না মখূৎ শমতুনা চৎমিন্নরক্পা মতমদা কুপা লৈরবা ঠাকুরনা মাবু লমজিংলিবতু কৃষ্ণমক্নি, নত্রবদি কনা অমনা মাতুম্না মাবু থোজান্ বিগদবা লৈতে খন্দুনা শ্রীকৃষ্ণগী শ্রীহস্ততু কম্না পায়শিল্লম্মি। শ্রীকৃষ্ণনা

বিল্বমঙ্গলগী খূৎ অদু কল্লা হাইদোক্তুনা হাল্লগী মীৎকী পাঙ্গল পীরল্লগা শ্রীকৃষ্ণ মাণ্ডখি। শ্রী ল্বমঙ্গলনা হায়খিবা শ্লোক্ অমতং পনজগে :

"হস্তাদুৎক্ষি প্যনির্যাসিবলাৎকৃষ্ণ কিমদ্ভুতম্।
হৃদয়াৎয'দ ।-র্ষ্য'সি পৌরুষম্ গনয়্যামি তে।"

'কৃষ্ণনা ঐগী খুত্তগী নম্‌হুনা নাম্থোক্‌খিবা ভক্‌নিঙাই ওইদে। তৌইগুম্বস্থং নহাক্লা ঐগী থম্মোইদগী নাম্থোক্‌পা ঙম্লবদি নীপা থোক্‌ই হায়না ঐনা লৌগনি।" মাসি তাবদা শ্রীকৃষ্ণগী নাকোংদা কর্ণদা) অমৃত ওইনা থোক্‌লই। মাহুগী ভাব লৌরহুনা শ্রীকৃষ্ণ লীল ঠাকুরনা ইজবা লাইরিক অদু শ্রীশ্রীকৃষ্ণ কর্ণামৃত হায়না খোনৃখি শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্যনা লাইরিক অসী থেংনরুবদা থম্মোই শোক্লা শেন্‌খিবা লাই-রিকনি। অসীগুম্বা শ্রীকৃষ্ণ ভক্তিনি প্রভুনা পামজবা। থম্মোঈ চপ য়ুংলবদি মাহুদগী কৃষ্ণ কৃপা ফঙ্‌ঙি। শ্রীলীলাশুক বিল্বমঙ্গলনা মাগী থম্মোযদা শ্রীকৃষ্ণবু নীংজবা অদু শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগীস্থু আদর্শ ওইব অমা ওইনা জগৎজীবশিংদা শন্দোকখি। পূক্নং চপ য়ুংনা রাখল চাইদনা মাবু নীংজবরদি মাহুগী চপচাবা কৃপা পীনবা। শ্রীমদ্ভাগবত মহাপুরাণ, শ্রীমদ্ভাগবদ গীতা লাইরিক অনী আসদা শ্রীকৃষ্ণগী রাফম শ্রীকৃষ্ণন তাকপীরম্ব। ময়াম্ অদু শ্রীগৌরাঙ্গনা কলিজাবগী লানবীনবা ওহবা মওংদা পুখোক পুখোক্তুনা ধর্ম্মপ্রচার তৌই অদুনা প্রভুবু কাল পাবনাতার হায়না লৌনৈ। কৃষ্ণ নীঙ্‌ঙু কৃষ্ণদা ভক্তি লৈয়ু, কৃষ্ণদা প্রেম থম্মু, কৃষ্ণবুতা খল্লু. নীঙ ঙু ; কনাগী মতৌগুম্না গোপীশিংগী মতৌগুম্না, পুম্নমক মাগীদমক আত্ম সমর্পণ তৌ। মাহুতনা কলি জীবগী য়াইফবা ওইগনি। কৃষ্ণগী নাম, হরিনাম শোনবা কাউগনু। মাগী নাম শোনবদা ইবেম্ম রাধাগস্থ পক্লনা শোল্লু। অদুনদি "ষোল নাম বত্রিষ অক্ষর" নামনা তরাতরুক ময়েক্লা কুন্থ্রানিথোই শোল্লু। লোম্না ফোংনা শোনবা য়াদবা লৈতে। কনাগুম্বনা ষোল নাম অসীদি য়াম্না থুপপ্রবনি, ফোংনা শোনবা য়াদে হায়বা কাঙলুপস্থ য়াওদবা

নত্তে। হরিদাসনা ফোংনা, লাউনা নাম অসী শোন্‌বদা মতম্ অত্তুগী ব্রাহ্মণ পণ্ডিতশিংনা আপত্তি তৌত্তুনা শোন্দনবা হায়বদা হরিদাসনা খুমখিবা, শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যস্থ য়াবিখিবা ৱাকম অমতং পনজরি। "তুমিন্না লোম্না শোল্লবদি শোল্লিবা মথন্তগী ওইনা থোকই, মশাগীতা ওইবা ৱাকম অমা ওই, অত্তুগা ফোংনা শোল্লবদি তীল্, কাঙ্, শা, ঙা, উচেক্ বায়া পুম্নমক নাম অত্তু তাত্তুনা মখোয়গী থরদংদা ওইরবস্থ কান্নজবা ফংবা য়াই।" অওইবমক্ মৈতৈ অহল-লমন লাই-গুরু সাধকশিংনা নাম তরাতরুক্কী নাম খুদিংগী শীরম্বা ভাব অর্থ য়েং লুরগদি ফোংনা শোন্‌বা য়াদবগী মরম ফজনা লৈদি হায়রবু শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী ভজন অত্তুস্থ অরায়বদি নত্তে। য়াম্না বাংগ্রবা থাক্কী ৱানি। য়াম্না মুম্না কুপ্না মরু থিক্লুরবদি শন কোকথোক্লুনা কোপীন শেংলগা সন্ন্যাস ওইরবনি হায়বদি য়াহিক্রি মাত্তুগী মতুংতাবা থবক্কী ৱাফম্না মরুনি। শম্ কোক্লুনা ফি মচা অমতা শেংহন্দুনা অফংবা থরদং চাত্তুনা জীবন লেন্‌বা হায়বসি তাইবংপান্‌গী ঐশ্চর্য্য থাদোক্লবনি। যুগ থাদোক্লুনা চীক্না লৈরবদি সংসারগী য়ুম্বান্ কৈবানগী মায়া বন্ধন থদংলবনি। হিংসাগী থবক তৌরোইদবনি। হিংসা পকপা পোৎ-চৈ চাবা থকপা তৌরোইদবনি। অত্তু ওইরবদি শ্রীকৃষ্ণগী নাম শোন্দুনা মাবু নীংজবা অ'থ'বা অপন্‌বা লৈতনা জীবন লৈনবসিনি। লাইবক থীবা অঙকপদি মৈম্নবাক্কা মায়া বন্ধন লৈরিবা, হিংসাগী থবক্কা য়েংশিন্দুনা লৈরিবা কাঙ্‌বুনা সন্ন্যাসকী গুরু ওইত্তুনা ভেদ পীরি

# গীতগোবিন্দম্ অমসুং জয়দেব

রাধা কৃষ্ণ, রাধা মাধব, রাধা গোবিন্দ…………অসুম্না শরু-শোম্নরি। অসীগী মওং লৌজত্না রাগেং ( প্রবন্ধ ) অসিগী মিংথোল ওইনা গীতগোবিন্দম্ অমসুং জয়দেব হায়না পীজরে। জয়দেব অমসুং গীতগোবিন্দম্ অমদি জয়দেবগী গীতগোবিন্দম হায়না পীজগ্রে। রাখলগী মতুংইন্না হেন্না মরু ওইবনা মাঙ্ থাব চুম্মি হায়না বিচার তৌজৈ। বৈষ্ণব তত্ব, বৈষ্ণব ভজনগী মতুংইন্না কৃষ্ণ ফংগে হায়রবদি রাধাদা হান্না চঙজবা তাই। মরম অদুনা কৃষ্ণ ভজনগী মরীদা রাধানা মরু ওইবনি। ভক্তি প্রেমরসকী মতুংইন্না কৃষ্ণবু ফংজগে হায়রবদি ইবেম্মগী মতেং নত্তনাদ ওইথোক্কে। মাসি মধুর প্রেমরস নৈনারবা লাইরিক অমসুং মীশকশিংনা অচুম্বা লম্বী ওইনা লৌনরি। অসাগুম্না শিব-দুর্গা, রাম-সীতা অসীনচিংবা মফমদসু, দুর্গাদগী শিবনা, সীতাদগী রামনা মরুওইবনি হায়বাস তাক্লি। মাস লানবদি নত্তে। মাসিসু অসুম্ ওইরসন্নু। মতাংসিগী রাফমদা শ্রীজয়দেব গোস্বামী মীওইবগী তৌফম থোকপগী মনুংদা অওপা থবক্ তৌরম্লগা থুপগ্রে। অদুগা মাগী গীতগোবিন্দম্দি লৈহৌরি। মাগী শিবা-মুৎপা নাইত্রবা মমিং মগুণদি শরু-শোম্নরি। রাগেংসিগী মরুওইবদি গীতগোবিন্দম্গী মরম-দনি। পোৎশক্ অমগী মরীদা থম্ন-নৈনবা তারবদি পোৎ অদুগী মরী মখোঙ্, হৌরকফম, করম্না, করিগীদমক্, অসীনচিংবা রাফম্ কয়ামুক্ মথং-মথং, মরী-মরী লাক্ই। অদুগুম্না গীতগোবিন্দম্গী মতাংদসু অদুমঙায়। মাসিনা ঈঙ্গিত তৌরিবদি গীতগোবিন্দম্গী রাফমদা শ্রীজয়দেব গোস্বামী য়াওদবা য়াদে। পোৎ ওইহল্লম্মিবা অমসুং থনাম্মিবা মী অদুগী রা য়াওদনা পোৎ অদুগী মরম নৈনবা অমদি খন্নবদি পোৎ অদুগী মতীক মগুণ চপচানা খঙবা ঙম্দে। মরম অসীনা

য়াফম্ অসিগী য়ায়েংদা শ্রীজয়দেব গোস্বামীগী য়ানা য়াহৌদোক্ ওইনা মাঙ্‌ থাদুনা য়ায়েংসি হৌগৎচৈ। মাসিগী থাইদোকপা মরমদি ভাঙ্‌-লম্মিবা, ইরম্মিবা মহাক অদুগী শক্তি মগুণ খঙলগা য়ারী তাবা, লাইরিক পাবদা মুংঙাইবা, খূদোংচাবা তেল্লি।

## শ্রীজয়দেব গোস্বামী

বাঙ্গলা দেশনা পুল্লিবৈ মতমদা বীরভূম জেলাগী অজয় তুরেল মপান্দা তাবা কেন্দুবিল্ব খুল অদুদা শ্রীজয়দেব গোস্বামী পোকখি। কেন্দুবিল্ব অসী হৌজিক্তি কেন্দুলী হায়না খঙনরে। মতম অদুদা বাঙ্গলা দেশতা সেন বংশনা পাল্লম্মি। সেন বংশ অসী খৃষ্টগী শতাব্দী ১২/১৩ অৎয়াইদা লৈরম্বনি অদুনা জয়দেবনা লৈরম্বসি হৌজিক্তগী চহী ৮০০ রোমগী মমাঙ্‌দা ওইনা লেপ্পা তাই। মতম অদুদা বাঙ্গলা দেশতা সংস্কৃত সাহিত্য, থোইদোক হেন্দোক্লা বৈষ্ণব সাহিত্যগী য়াম্না চাওখৎপা থাক্ উবা ফঙ্‌ডি। জয়দেবগী পারী পুরীগী মরমদা থোইনা য়াম্না কুপ্না খঙ্‌বা ঙম্মদে। মহাকপু পোকপা গুরুদেবগী মিং ভোজদেব মুখোপাধ্যায় কৌই, মমা ইবেম্মনা বামাদেবী কৌই। হায়রিবা অসী কবিনা মাগী গীতগোবিন্দমগী অরোইবদা পল্লম্বদগী খঙনবনি বঙ্গগী নিংথৌ আদিশূরনা মাগী পুত্রেষ্টি যজ্ঞগী মতাঙ্‌দা কান্যকুব্জদগী পুরকপা ব্রাহ্মণশিংগী মনুংদা ভরদ্বাজ গোত্রদা পোকপা শ্রীহর্ষগী শাগৈদা ভোজদেব পোকই। জয়দেবনা য়াম্না অঙাং ওইরিঙৈদা অপোকপা-অপোকপী অনীমক্ কায়নখি। সাধক, মহাত্মা, মহাপুরুষশিংদা, সিদ্ধ পুরুষশিংদা ওইবা, ওইখিবা পুন্নমক জয়দেবদসু অদুম মওইথি। কনা লৈজত্রবা জয়দেব লাইনা য়োকপনি। অঙাং ওইনা জগন্নাথ ক্ষেত্রদা শ্রীশ্রীজগন্নাথগী সেবা তৌদুনা লৈরম্মি। করম্না মহাক লাইরিক-লাইগু মহৈ মশিং তম্মকপগে হায়বা কনামতনা হায়বা ঙম্মদে। শূপ্নগী শ্রীশ্রীজগন্নাথগী থৌজাল (কৃপা) ফংলবা ভক্ত অমনি হায়বা অসীদি

মাগী পুন্সি ন্নান্নীনা তাকই। মহাক্কী পুন্সিদা অমসুং থবক্কা মীগা লাইগা শম্নবগুম্বা থব তোয়না থেংনৈ। থাক্লেশেংনমক্ জয়দেব গোস্বামী অসী শ্রীজগন্নাথগী কৃপা ফংথিবা মীপোক অমনি হায়বসি ঐথোয়না থাজদবা ওমদে। মাসি থোদোক্না তাক্পনি। ঐথোয়গীসু রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রদা অতিমানব ওইবা শক্তি, গুণ লৈখিবা অদু গুম্বনি। মাদুমক্তনা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজবু মণিপুরগী মপান্দা মতীক্চাবা সন্মান্ পীনরি। মশামক জগন্নাথকী কৃপা ফংবগা লোয়ননা মাগী (জয়দেবগী' পুন্সিগী লোয়নবী থোঙ্লোয় ওইখিবী পদ্মাবতীসু শ্রীশ্রীজগন্নাথগী কৃপাদগী ফজবী ব্রাহ্মণ ব্রাহ্মণী অনীগী অমতা ওায়জরবী শক্-চু, রূপ গুণ, মহৈমশিং, বুদ্ধি-লৌশিং পূন্নমক্তা ঈন্নাং বাত্রবী লাইগী মচানি হায়বদা হায়মন্বা থোক্রবী অমনি। শ্রীজগন্নাথকী থৌইন্শিন্গী মতুং ইন্না পদ্মবতীগী মপা ব্রাহ্মণ অহল অদুনা পদ্ম বতীগী মপুবোইবা ওইগদৌরিবা জয়দেববু কেন্দুবিল্বদা থিরকপা মতমদা জয়দেবসি উথোং অমদা লাই নীংতুনা লৈরম্বা থেংনরম্মি। তুংদা মমাক ওইগদৌরিবা জয়দেবগা ব্রাহ্মন অদুগা বাহং-পাউথুম ওইনা জয়দেবগী পরিচয থঙনবা তান্নরকপা অদুদগী থঙ্বা ওম্বদি চমপ্রবা মীগী ন্নাহংদা জয়-দেবগী ভাব্ অর্থনা পূল্লবা পাউথুম পীরম্বা অসীনি। হঙ্ডি নহাক জয়দেব .গাস্বামী হায়বতুরা? খুম্মি জয়দেবনা মান্নি হায়না, মঙক্ নোমতুনা। মপুক্তা থম্লি জয়দেবনা করম তৌনা মাগী মমিংসি থঙ্-লম্মিবনো? নয়ুম-নকৈ লৈত্রা? ঐগী যুমদগী হেন্না চাউবা, ফজবা, মুঙাইবা কনা অমগী লৈতে। অদু নত্তে, নশাগী লৈননবা, চাক্-ঈশিং থোং থাক্লবগী হায়বনিনে। মাতুগী ঐঙোন্দা করিমতা কান্নবা লৈতে। য়াম্না নীঙায়দনা জয়দেবনা থুমদোরক্ই। অন্নাংপা লৈত্রবা বিশ্ব-ব্রহ্মাণ্ড অসী ঐগী ঐনা পামজবা য়ুম ওইরি। ব্রাহ্মন অহল অদুনা থোয়দৌ শাউগৎলতুনা অমুক হঙ্ডি অসিদদি করি তৌরিবনো? ঙাইরিবনি, ঙাইবা হায়বদু ঐগী থবক্নি। কনাবু ঙাইন্নিবনো? ঙাই-রিবদু লাক্রিঙৈদা করম্না হায়গদগে। মহাক্ লাক্লগা কনানো হায়বদু

হায়গে। পাউথুম ময়ামত্তুগী ভাব মুন্না লৌবা ঙমদ্রবা ব্রাহ্মণ অহল অত্থ "থীদা মাসিদে, মহাক্কা রা ঙাঙনবা হৌনদে অঙাওবসিদে" হায়রম্লগা চৎপ্রে। পদ্মাবতীগী মপুরোইবগী মীশক থীবা খঙদনা ব্রাহ্মণ অত্থ ময়ুমদা হুনপ্রে। রারী পুম্নমকসি পদ্মাবতীদা শিৎ-শিৎনা ভম্মুরে। মহাক্কী মপুরোইবা ওইগদবদি নীপা অত্থমক্তি, মহাক্কী মফমদা থিনৃবিয়ু হায়বা পদ্মাবতীগী রা তাবদা ব্রাহ্মণ অহল অত্থ নোং খোংদনা বক্স তাবগুম থোকখি। নীংবা কায়বগী অরোইবা পস্থং ফংপ্রে। রাখলগী পল্লেপফম খঙদনা মুংবংননা লৈপ্রে। লক্ষ্মী শক্তি চেল্লবী পদ্মাবতীদি পাউথুমশিং অত্থগী ভাব, তাৎপর্য্য চপ্ চানা খঙবা ঙম্লম্মি।

চৈরক অসিদা নোংমগী অহিংদা জয়দেবনা মশাত্থ হৈঙম-শিং-ঙমদনা উ মখা অমদা তুম্লম্মি। তাঙ্গাসিদা কনাগুম্বা অমনা মাগী মনাকোংদা ওনশিন্দুনা হায়রম্মি :—হে ভক্ত! করিগীনো নঙনা অত্থপ লাঙতক্লরিবা? নঙগী লাঙতক্লবত্থ কোকৃহনগে হায়দনা অজয় তুরেল মপান্দা কদম্ব খণ্ডী হিদেন তাফমগী ঈশিং মমুংদা ঐ নহাকপু ঙাইহনা লৈরি। নহাক্ লাক্লুনা ঐবু লৌররাউ।" নোং হেক ঙানবদা কদম্ব-খণ্ডী তাম্না চৎখিহনা হিদেন্ তাফমগী ঈশিং মমুংদা লুপ লুপ্তুনা থিরবা কাইনথঙদা কন্-কন্ লাউবা পোৎশক অমা থেংনখি। মাত্থ য়াম্না চেকৃশিন্না মখূৎ অনী চঙনা ফুক্কংলকপদা রাধাশ্যাম ( রাধা মাধব ) কী যুগল মুর্ত্তি ওইরম্মে। মূর্ত্তিত্থবু থাদা কোল্লহনা প্রেমনা ঙাওরহনা কপ্ন-কপ্না জগোই শারক্লে। তেল্লবা মতম খরগী মমুংদা কদম্বখণ্ডী ঘাট অত্থদা মীনা অতৎ অথম্ লৈতবমখৈ লাক্লুনা রাধা-মাধব দর্শন তৌহনা ভক্তি কৎলরে। মতম খরগী মমাঙদা জয়দেববু অঙাওবনি হায়রম্বশিংদো জয়দেবদা নোন্জররে, লঙজবা দোষ ঙাক্পিনবা হায়জররে। মতৌ অসুম তৌরহনা য়াম্না থুনা কদম্বখণ্ডীদা মন্দির মাগুপ শাহনা রাধা মাধব নিংথিনা সেবা তৌবা হৌরে। মতৌ অসুম তৌনা রাধা-শ্যামগী সেবা থল্লায়-হকচাং য়াওনা তৌরিঙৈ মতমগী

অহিং অমগী জয়দেবগী মমঙুদা রাধা-শ্যাম যুগোল মূর্ত্তিগী ওয়থংবদা থৌগল্লিবা রাধাগী অঙ্গদগী মঙাল অমা অস্থম-অস্থম থোরক্লগা ফক্তরবী মুপী অমগী মূর্ত্তি ওইরক্লনা শুম্‌হৎনবগী মশক ওইবা মীংয়েং অমা য়েংলম্মি। জয়দেবদা তপ্না থুরমলম্লগা তুংওইননা হন্‌খিহনা শ্রীমতীগী অঙ্গদা অমুক তিনশিনখি।

থৌদোক অসীগী মতুংতাবা মুমিৎ অমগী অয়ুক্তা ব্রাহ্মণ অহু মচানুপী পদ্মাবতীগা লোয়ননা কেন্দুবিল্বদা থুংলরে। মহাক্লা অঙাওবনি হায়না খল্লম্বা জয়দেবনা কদম্বখণ্ডী ঘাটতা তৌরম্মিবহু উৎদা মহাক মশামকপু মহাক্লা জয়দেবগী মফমদা ঙাঙখি-শকৃখিবগী অরানবশিংহু ঙাকৃপিয়ু হায়না হায়জখি। অহুগী মতুংদা মঙফাওননা শ্রীজগন্নাথনা তাকপিবা য়াথং মতুংইন্না মাগী মচানুপী পদ্মাবতীবু জয়দেবগী পুস্নিগী লোয়নবী অমা ওইননবা হায়জখি। অসীগা লোয়ন লোয়ননা পদ্মাবতীনা ভক্তি কোম্লনা থুরমজরকপা মতাঙদা জয়দেবনা মমঙুদা মাগী রাধাশ্যামগী শ্রীমতীগী অঙ্গদগী থোরক্লনা ওইখিবা অহুগা অমুক তম্না শ্রীঅঙ্গদা তিন্‌খিবা রূপগুণ চঙথোন্‌বী অহুমক্ ওইনা থোকৃলুবদগী শ্রীজয়দেবনা পদ্মাবতীবু থীন্‌বা তৌদনা মাগী থোক্লরবা অর্দ্ধাঙ্গিনীনি হায়বা য়াবে অফবা পু'ফম য়েংহনা রাধাশ্যামগী মাঙদা পদ্মাবতীবু মাগী থম্মোইগী লন্ ওইনা লৌব্রে। অসুম্না লুহোংলবী পদ্মাবতীগী থুজে' পায়রহনা জয়দেবনা হায়খি "নহাক্কী প্রেমগী ঈফুৎ মমুংদা ঐগী রাধাশ্যামগী প্রেমগী ঈহৌ অমা লাকৃই। নঙগী প্রেমনা মরম ওইহনা ঐহাক রাধাশ্যামগী অতৎ-অথম্ লৈতনা লোইবা নাইদ্রবা প্রেম লীলাবু লেংলগে। নহাক্লা ঐগী প্রেরনা ওইহনা ঈচেল অসী তত্তবা ঈফুৎ ওইগদবনি। নহাক্লা ঐগী শ্রীমতীনি।" হায়রিবা রাফম অসীমক্ অহুম্ ওইখি। গীতগোবিন্দম্ লেংবা হৌখি। পদ্মাবতীনা জয়দেবগী প্রেম সাধনা মরু ওইখি। করিগুম্বা সাধনা অমা মপুংফানা পাঙথোক্লে হায়রবদি সাধনা অহুগী মরু ওইবা পোৎশক অহুগা মান্নবা মূর্ত্তি অমা

মাঙ্‌দা থম্লবতদা খুদোংচাবা হেন্না পীবা ওম্মি। অদুনা জয়দেবগী পদ্মাবতী, চণ্ডীদাসকী রামী অরংবা খুদমনি। সাধনা অমগী থৌরম পায়খৎলকপদা গার্হস্থ্যজীবনগী য়ুম্বানবা হায়বদুগী আশ্রম অদু চঙ্‌-লমদনা কান্দুনা চৎপা য়াদমাল্লে হায়বা রাক্মসি ধ্রুব, বুদ্ধ, মহম্মদ, খ্রীষ্ট, শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য, রামকৃষ্ণ পরমহংস, অরবিন্দ অসীনচিংবা কয়া অসীনা খুদম ওইবা য়াবা ঙাক্তনি। তৌবদি মখোয়সি নত্তবা কয়াম্তু লৈতবদি নত্তে। মাসিবু মাঙ্‌দা থারগা জয়দেবনা "নগৃহম্ গৃহমিত্যাহু, গৃহিণী গৃহমুচ্যতে" য়ুম্ পুবী মুপী য়াওভ্রবদি, য়ুম অদু য়ুম্ কৌদে, গৃহিণী য়ুম্ পুবী মুপী লৈরবতদা য়ুম্ কৌই। অস্তুম ওইবা রাথন্দা পদ্মাবতীবু গৃহিণী ওইনা তরাম্না ওকৃখি। অওইবমকস্তু য়ুম্ হায়বা অমা লৈতনা সাধনা অমা পাঙথোকপা ওইথোক্তে।

মতাং অসীদা সাধক হায়বা অমগা কবি হায়বা অমগা অনী অসীগী চয়েৎনবা অমা লাকপগুম তৌই। জয়দেবদি সাধক অমা ওইবগা লোয়ননা অথোইবা কবি অমস্তু ওই। সাধক চণ্ডীদাসগু অদুমকনি। সাধক অমা ওইনতা পুন্সি লেনখিবা কবিগী গুণ লৈরম্লবস্তু মাদুগী মচাক মথুম থনমৃদবা সাধক কাঙবু অমস্তু ভারতবর্ষদা মশীং লাকওমদনা পোকখি। অদুগা ময়ুম-মকৈ পান্দুনা সাধনা তোবগা লোয়ননা কবিগী মচাক মরল থনম্বা ফুরুপ অমস্তু লৈতবা নত্তে। বিদ্যাপতিমক কাঙলুপসিগী কবিনি। চহী কুইনা ১০৬ পুন্সিখি। নিংথৌরোল ৬ কী ফম্নাইবা ওইখি। থেম্নবদি বিদ্যাপতিনা দার্শনিক কবিনি অদুগা চণ্ডীদাসনা স্বভাব ( in born ) কবিনি। অনী-সিদংনা খুদম ওইনা পীজবনি। মাগী মাগী কবিতা, পদাবলীশিংনা মাদু শেংনা তাকৃই। স্বভাব কবিনা হায়দোরকপা, ইথোরকপদি লাইগা হাকথেংনবগী মওং হেক হেক উগল্লি।

মতৌ অস্তুম তৌরদুনা শ্রীজয়দেব গোস্বামীনা পদ্মাবতীগা লোয়ননা গীতগোবিন্দম লেংবা লোইরগা থুপ্‌খি। অহল ওইরক্তনা মপাঙ্গল

শোল্লক্লবা মতমদা গঙ্গাস্নান চৎপা ওন্নক্তবা উবদা গঙ্গানা অজয় তুরেলগা তিন্নহ্নুনা জয়দেবগী ময়ুম্ মনাক্তা চেন্লে অস্নুন্না লাইরিক্তা ফঙ্ঙি। জয়দেবগী য়ুম্‌দগী মাগী গঙ্গা স্নান তৌফম্ ঘাট অদু ফাওবসি ক্রোশ ১৪ নি হায়বদি মাইল ২৮ নি। মাসি য়ুমিৎ খুদিং চৎপা ওইথোক্তে হায়বসি হায়ফম্ থোক্‌পা য়াফম্‌নি। অদুবু সিদ্ধ পুরুষশিংগী মফমদা ঈশ্বরগী তৌবা ওস্বা শক্তি তত্তনা পীবদি শোয়ত্রবনি হায়বসিদি হেক ককথৎপা য়াদে। অদুগী মথক্তা মাগী সহধর্ম্মীণী পদ্মাবতী অসা লক্ষ্মীগী শক্তি চেনবীনি হায়বসিসু হেক থাদোকপা য়াদ্রি। শ্রীজয়দেব গোস্বামী মহারাজ লক্ষ্মণ সেনগী রাজ সভাগী পঞ্চরত্নগী মন্নুংদা খ্বাইগী মকোক ওইবা অমনি।

জয়দেবগী রচনাদা উপমা, উৎপ্রেক্ষা, অলঙ্কার, ঝঙ্কার, পদলালিত্য, ভাবগাম্ভীর্য্য, রচনা মাধুর্য্য, রচনামৃতত্ত্ব করিমতা য়াত্তনা লৈ। হায়রিবা গুণ পুন্নমক অসো গীতি কাব্য গীতগোবিন্দম্ অসোদা ময়েক শেংনা উৎলি। গীতগোবিন্দম্‌তনা কবি জয়দেববু ( অমর ) শিবা নাইদবা ওইহল্লি। কবি অমগী, লেখক অমগী মিংচত্তি ইরম্বা, থনম্বা লাইরিক মশীংদা নত্তে, লাইরিক্কী গুণদনি হায়বা গীতগোবিন্দম্‌না তাক্‌লি।

শ্রীজয়দেব গোস্বামীনা মাগী সহধর্ম্মিণী পদ্মাবতীবু লক্ষ্মীগী শক্তি গুণ লৈবীনি মাগী মতেংনা মাগী সাধনা পাঙথোক্কনি হায়না নৌংখিবা অরানবা ওইখিদে। গীতগোবিন্দম্ হৌগৎলকপদা পদ্মাবতীবু লৈশিলৈথোন্‌বা অরান্‌বা নত্তে। পদ্মাবতীবু লক্ষ্মীনি হায়না কৌরুবসু অরানবা ওইরমদে। সাধক অমা ওইবগী মথক্তা কবি অমা ওইনা রাধাশ্যামদা পুক্নিং থরায় হকচাং পুন্নমক্ কথোক্‌প্রবা শ্রীজয়দেবদগী হান্ন পদ্মাবতীনা হকথেংননা শ্রীকৃষ্ণ দর্শন ফংজহৌরবনি অমসুং কৃপা প্রসাদ ফাজহৌরবনি হায়বসি শ্রীহস্তনা জয়দেবগী পন্দুনা লৈরবা "দেহি পদ পল্লবমুদারম" হায়বসি হাপচিল্লম্বা মতাংদা থোকপ্রবনি। হায়বা

য়াদবা, থোগল্লোন কায়বা, ভক্তি ৱসতা মাগী কাব্যদা হায়হৈদবা হায়বা, পল্হৈদবা পনবগীদমক্ অয়োল্ অৱাল্নচিংবা লৈৱম্বা থোক্লবদি জয়দেব কবিদা মাহুগী দোষ পাপকী খুদম চাংদম, ভৌনথুং-লায়থুং পান্নম্ থোক্ই। কবিগী মশাদা, পুন্সিদা মাহুগুম্বা অমতা থোকখিদবা, অহোইনহুম্ মাবু শৌগৎপনা কবিবু কবিগুম্নতা নত্তনা লাইপোক্লুম খ্বাইনা লৌনৈ।

পীক্লবা অমম্তুং তেল্লবা ৱারেং (প্রবন্ধ) অসিদা মক্ষ হক্লবা গীতগোবিন্দমগুম্বা লাইৱিক অমা মম্নুং থীৎনা নৈনবগী শক্তি য়াম্না তাঙনা থোক্কনি। তৌবদদি লাইৱিক অমা পাৱগা মাহুদগী কৱি ফংবা ঙম্বগে, মাহু কদায় ফাওবা যুক্তি বিচার লৈৱবগে হায়বা অহুদংদি খঙবা চুম্মি। মাহু নত্তনা লাইৱিক্কী ৱাহৈ, ৱাহৈ পৱেং, অর্থ, ব্যাকরণ নৈনহুনা লৈৱবদি তেল্লবা পুন্সিগী মম্নুংদা খঙনিংবা কয়া খঙবা ঙম্হোদনা তোক্ই। অহুনা "সাৱং ততঃগ্রাহ্যম্" হায়বা মচং ওইবহুতা লৌগদবনি হায়বসি য়'ম্না চুম্থ্রবা ৱানি। মরুওইনা লাইৱিক অহুনা তাক্ইবা মরুওইবা ৱাহু কৱিনো হায়বহু খঙলবদি লাইৱিক অহু পাবগা চপ্ মান্নৱে। লান্ তৌনিংত্রবা অর্জ্জুনবু লান্ তৌত্রবদি ক্ষত্রিগী নথৌ তৌত্রে, নথৌ তৌদবা য়াদবনি হায়না মহাভারত লানগী তাক্তিন্দা শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুনদা পীবা পাউত.ক্ অসী গীতানি। মাসিনা য়াম্না শেংনা গীতাদি কর্ম্মযোগ শাস্ত্রনি হায়বা তাক্লবনি। মম্নুংগী ময়াম্ অহুদি মাহুদগী মরী-মরী চেম্নৱক্পনি। অৱোইবদা সর্ব্বধর্ম্মান পরিত্যয্য............অসী মোক্ষপদবী ফংননবা পাউতাক্নি। মরক্কী ময়াম্ অহুদি ৱাহং পাউথুমগী মওংদা মোক্ষ ফংননবগী লম্বী, মৱম্ কয়ামুক হংবা খুম্বগী মওংদা "ঐঙোন্দতদা চঙজো, ঐতবু নীঙঙু, শোয়দনা মোক্ষ পদবী ফংগনি" হায়বগী ৱারোই তাবা য়াননবা শ্রীকৃষ্ণনা মাগী লম্বী ময়াম্ তাক্পনি। পুম্নমক্কা মোক্ষ ফংবা ঙমত্রবদি কৃষ্ণতদা চঙজো হায়বসি য়াম্না লিংনা হায়বা শ্রীকৃষ্ণগী ৱানি

( বাক্যনি )। "কৃষ্ণ ঐ অসি লাইনি, ঐনা ঈশ্বর হায়রবহুনি, আদি অন্ত ঐনি, ঐত্তনা পূন্নমক অসোগী মরুনি" অসৌনচিংবা হায়রবা ওস্বসি পৃথিবীগী মনুংদা কনা অমত্তগী মচৌন্দা তাবা ফংদে। অদুগুম্বা শ্রীকৃষ্ণ অদুনি বৈষ্ণব সমাজনা নৌংনরিবর্সি। অদুগুম্বা কৃষ্ণগী মধুর লীলারস অদুনি শ্রীয়দেব গোস্বামীনা মাগী গীতগোবিন্দম্ গীতি কাব্য অসিদা নৈনরিবা রস অদুম্নু। মতুংগী শরুক্তা মাদু পনজগদবদি লৈরে। অদুবু ৱাহৈ ২/৪ দং হান্না নিংশিংবনা খজিক্কুং ভাব তানিংঙাই ওইগনি। গীতগোবিন্দম্ অসী জয়দেবনা বাসক সজ্জা ওইন ইবনি। বাসক সজ্জা অসী নুমিদাংগী রসনি। অদুনা জয়দেবগী গীতগোবিন্দম্ অসী অয়ুক মুংখিল শকপা য়াদে। রসদা অকায়বা চাউনা লৈ। অসৌগী মনুংদা দশাবতার, কৃষ্ণ বন্দনা ( শ্রিতকমলকুম্… ), বসন্ত মতমদা বৃন্দাবন ( ললিতলবঙ্গ ) অসাদি সাধারণ ওইরবা রচনাদা থম্বা কায়দে। অসী নত্তবা জয়দেবগী নায়িকাগী রস ৭ ( ময়েকৌদি নায়িকাগী রস ৮ নি। মতুংগী ঋারেং মশাদা নৈনরকনি ) কী রস অসী শ্রীজয়দেব গোস্বামীনা লৈজবা থাদুনা ইরম্বি। নায়কনা য়াম্না লাপ্পা লৈখিবদগী পোকপা নায়িকা রস অদু জয়দেবনা য়াওরমদে। রস অসী বৈষ্ণব সমাজনা "প্রোষিত ভর্তৃকা" হায়না খঙৈ। গীত-গোবিন্দম্গী বাসক সজ্জাদি শ্রীবৃন্দাবণ মনুংদতা শান্নবনি। বৃন্দাবন্দগী মপান থোক্কে। মরম অসীনা জয়দেবনা রস অসী শোক্লমদে। মাসিদা ইবেম্মগী অভিসারর্নি হায়দুনা বাসক সজ্জাগী অভিসারবু সূর্য্য পূজা অভিসারদা "ধীর সমীরে যমুনা তীরে"নচিংবা শকপদি অকায়বা লৈ।

# গীতগোবিন্দম্

বাঙ্গলাগী সাহিত্যকার বঙ্কিমচন্দ্র চট্টোপধ্যায়না হায়রম্মি—খৃষ্টগী শতাব্দী ১৯ ফাওবগী বাঙ্গলা দেশকী থোক্লকপা লাইরিকশিংগী মমুংদা কবি জয়দেব গোস্বামীগী "গীতগোবিন্দম্" অমসুং মাইকেল মধুসূদন দত্তগী "মেঘনাদ বধ" অনী অসীনা খ্বাইদগী অথোয়বনি। লাইরিক অনী অসী লৈত্রবা বাঙ্গালী ঈমুং অহুদি শৃণ্যগা পাম্থকনি হায়বমক্ য়াবনি। হায়মনৃবসু থোক্লোই। বঙ্কিমচন্দ্র চট্টোপধ্যায় অসী সাহিত্য নৈনবদা মশানা হাযজত্রবসু, মহাক্তা মঙায হায়বগী বাঙাঙ্-শাঙাং, খুৎই-লাকৃইনা তাক্লবা নীপা অমনি। হায়নিঙবদা অপনৃবা লৈতবা মজাতি ফাওবগী মপুক্কী রা ফাওবা অপনৃবা লৈতনা হেক্তা হায়দোকপদা অপনৃবা, অকিবা লৈতবা লেখকনি। বাঙ্গালীনা মাগী হুপীতবু খ্বাইদগী হেন্না ফজবানি খল্লি হায়বসি মাগী সমালোচনা সাহিত্যগী মফম্ খরদা উবা ফঙ্ডি। ঐতিহাসিক উপন্যাস ইবদা লৈরিবা, হিংলিবা মীশক্-শিংনা তৌরিবা, চৎলিবা শাজৎ পুম্নমক ইবদা নাচুংদবা মীশক্ অমনি। রাফমশিং অসী হেক্তা হায়জিনবসু নত্তে; হায়জিনবা য়াবসু নত্তে। অসীগুম্নবা ঈচঙ্ থৌরবা সাহিত্যকার অমনি।

ভারতবর্ষগী লাইরিকশিংগী মনুংদা গীতগোবিন্দম্ অসী শ্রীমদ্ভগবত গীতাগী মথংদা খ্বাইদগী য়াম্না পৃথিবীগী লোনশিংদা অনুবাদ তৌনপ্রবা লাইরিকনি। সুর, ছন্দ, তাল, মাত্রা, কোম্নরবা সর্গ (তাঙ্কক) ১২ না শাবা ঈশৈগী মওংদা ইরবা গীতি কাবানি। থোয়থুম্নরবা অমদি থোয়থুম্না নিংথিজরবা সংস্কৃত লোন্দা ইবনি। গীতগোবিন্দম্ অসী বাসক সজ্জানি। মসিদা শ্রীমতী ইবেম্মা রাধাগী নায়িকা মথল ৮ গী মনুংদা "প্রোষিত ভর্তৃকা" খাইদোক্লগা লেম্হৌরিবা রস ৭ তা ইবনি। রস ৭ অহুদি (১) অভিসারিকা (২) বাসক সজ্জা (৩) কৎকন্ঠিতা (৪) খণ্ডিতা (৫) বিপ্রলব্ধা (৬) মলহান্তরিতা [(৭) প্রোষিত ভর্তৃকা খাইদোকলবা] (৮) স্বাধীন ভর্তৃকানি। বাসক

সজ্জাগী মরুদি শৃঙ্গার রসনি। শৃঙ্গারগী অয়োবা পন্থুংদি সম্ভোগনি। সম্ভোগকী চাং, থাক ( ডিগ্রী= ) অসী শেংন খাইনবা, তংনবা, থানবা, শম্না হায়রবদা বিরহ ( সেপারেশন ) গী মতুং ইল্লি। সম্ভোগকী চরম সীমা তান্না পুথংলকনবা শৃঙ্গার রস শাগৎপনি। নায়িকাগী রস ৭ অসিগী মনুংদা স্বাধীন ভর্তৃকা হায়বা অসিমদি সম্ভোগ মপুং ফারবা মতুংদা নায়িকানা নায়কপু মনিং তৌনা পুনিংবা, ওইহন্নিংবা মতুংইন্না তৌনিংবতা তৌরবা রসনি। মতাং অসিদা নায়ক অমসু নায়িকাগী মথা পোনবগুম্লবা রসনি। মতাং অসি য়োবদা ইবেম্ম-ইবুঙোগী মতাঙ্ অমগী ওইবা লীলা লোইরম্বুনা বৈষ্ণবশিংনা লীলা সাঙ্গ ওইরে হায়নরিবসিনি। ইবুঙোদগী খাইদোক্তুনা ইবেম্মগা শান্নবা লীলা লোইরম্বুনা ইবেম্মমু ইবুঙোদা অমুক হঞ্জিনখ্রে হায়বতনি। অমুনদি ইবেম্ম-ইবুঙোগী শৃঙ্গার, সম্ভোগ লীলাদি কুপ্না থিজিন্নবা অমসুং খন্থরবা মীশক্কী মফমদা মপাম্মোংগী ওইবা অকাম্বা, অমোংপা, অচোপ্পা বাফমগী মফম লৈতে। মশাবু মশানা মুংশিজবমু শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা ওইযু হায়বা তাৎপর্য্যনি। গীতগোবিন্দম্‌দি ইবেম্ম-ইবুঙোগী অতৎ অথম্ লৈত্রবা পুন্সিগী লিলাবু অহিং অমদা পুশিন্দুনা শ্রীজয়দেব গোস্বামীনা লেংবনি। মাসিদা অশাংবা, অকুইবা বিরহগী রসতি চঙবা য়াদবনা শ্রীগোস্বামীনা প্রোষিত ভর্তৃকা হায়বা নায়িকা রস অসি থাদোকই। রস অসিনা ওইরিবদি য়াম্না থাপনা কুইনা শেংন-খাইনবগী বিরহ দশাদা থোরাংবগী রস, খুদম ওইনা মাথুর রসকুম্বা বিরহ দশাগী রস অসি তংন-থানবগী খমথেংবা অরাবা ফংলবসু জয়দেবনা মাগী গীতগোবিন্দম্‌দা য়াওহন্দে। মরমদি মাগী রসতি শ্রীবৃন্দাবন মনুংদগীনি। বৃন্দাবনগী মপানগী রা, রস য়াওদে। বিরহ দশাগী হায়রুরবদি কংসগী ধনুযজ্ঞগীদমক অক্রুরনা শ্রীকৃষ্ণ বলরামবু চহী ১০০ ( চাম্বা ) চুপ্না মথুরাদা পুথিবদগী থোকপা ইবেম্মগী খ্বাইদগী হেনবা খাইনমৈচাক্তা দশমী দশা ফংপ্রবা মতাং অমু বিরহনা সম্ভোগকী থাক ফন বাংখৎনবগী মরম লৈরবসু জয়দেবনা য়াওহল্লমদবসি মফমগী

ৱাফম্না তাকপনি। মফুংগী তত্ত্বদা ইবুঙোনা ইবেম্মদা ঐদি বৃন্দাবন থাদোক্তুনা খোঙকাপ, খোঙফৈ অমা চংখোক্তে। "বৃন্দাবনং পরিত্যয্য পাদমেকং ন গচ্ছামি" হায়বসি লৈরবস্থ মপাম্বোংগী লীলাদদি ইবেম্ম-ইবুঙো অনী চহী ১০০ শেৎন-খাইনবগী অৱাবা শ্রীমতীনা অহুঙৈ বিরজা হাক্তকী সুদামা সখানা ৱাধাগী মথক্তা হন্দুনা ৱাধাবু গোপ শাগৈদা পোক্তুনা কৃষ্ণগা চহী ১০০ কায়নৌ হায়বা শাপ অহুতংগীনি হায়না বৈষ্ণব সরণীদা লৌই। মরুদি ইবেম্মা-ইবুঙো কায়নবা লৈতে। হায়বিবা চহী ১০০ গী ৱাফমসি জৈমীনি মীমাংসা সুত্রগী মতুংইন্না হেক্তিন্না হায়বা অমদি ওইবা য়াবগী ৱাংমদা লাকপা মতমদা চহীগী মফমদা মুমিৎ ওইনা লৌ হায়বা অহু ওইরগদি বৈষ্ণব ভজনদা অরাবহু খরা তেনশিন্নবা থা ৩ মুমিৎ ১০ নিদা লৌবস্থ য়াওনরি। অহুগা মথক্তী চহী ১০০ গী রসদা সাধক প্রবর চণ্ডীদাসনচিংবা কবিনা "শতেক বরষ পরে........." পদাবলীদা শৈথারি। অসী পুন্নমক অসী নৈননিঙাই ওইবা ঙাক্তনি। অমনা হায়রগা হেক্তা লোইরে হায়বসি বিচার তৌননবা মুণি, ঋষি, উক্তি, পুরাণ, বেদ কয়া-কয়ানা মফম মতম মতুংইন্না থম্বিরম্মি। থিবা ৱাৎপদগী খাঙ্ঙপ্তা ৱারেপ তাবা মতমগী মতুংইন্না চুনা-চানবা ৱাৎলক্লে। করিনো, করিগীনো, কদাইদগীনো, করম তৌনা, করি তৌবগী অসীনচিংবা ৱাহং কয়া অসী খঙ্বা য়াবা মখৈ হংবা, থিবা, নৈনবা অসিনা লাইরিক্তী মরু ওইবা, মচং ওইবা শরুকনি। চুন্না অর্থ, ৱারী তাবনদি নীংবা থুংদবা ৱাহং কয়ামুক লাকই। ৱারেংসিগী উদ্দেশ্যস্থ মাহুতনি।

ছন্দ, তাল, মাত্রা, সুর, লয় কোন্ননা ইবা গীতিকাব্য ওইবা মরম্না কবিনা ইবা লোইরক-লোইরকপা পদশিং অহু ঈশৈ ওইনা কবিনা শরুগা পদ্মাবতীবু তাহল্লি। মসিনা জয়দেব কবি অসী ঈশৈগী ওইবা গুণ, রাগ, রাগিনী, আলাপনচিংবা চপ চানা খঙবা কবি অমনি হায়বা তাক্লি। পদ্মাবতীনা অমুক পদ অহুগী ঈশৈ শ্রীজয়দেবদা

শক্তুনা তাহল্লি। জয়দেবনা পদ্মাবতীবু মাগী সহধর্ম্মিণী ওইনা লোয়নবা মতমদা কবিগী সাধনাদা খোঙ্লোয় ওইগদবনি হায়না পনৃগ্রে। রাধা মাধবকী প্রেম লীলা রস লেংবা মতমদা পদ্মাবতীনা কবিগী লময়ান্বী ওইগদবনি হায়খিবা অহুমক গীতগোবিন্দম্ লেংবা মতম্দা পদ্মাবতীনা তরং তরংনা শরুক য়াবগী খুদম প্রমাণ উৎলি। অসীনা মরম ওইরহনা তুংদা ওইরকদবগী রামাঙ্ থাবা ওইনা কবিনা গীত-গোবিন্দমগী মঙ্গলাচরণ হৌবদা "পদ্মাবতী চরণ চারণ চক্রবর্ত্তী" হায়রবা লক্ষ্মী অমসুং পদ্মাবতী অনীমক ওইবা য়াবা শব্দ অমা কবিনা য়াম্না হৈন-শিংনা শীজিন্নরি। অসুম্না চথরকপা গীতিকাব্য অসিগী শ্রীমতীগী দুর্জ্জয়মানগী খম থেংবা মতাঙ্দা ইবেম্মগী মফমদা ইবুঙোনা হায়জবা য়াবা, হায়জফম থোকপা, নোন্জবা য়াবা থাক্, নশাগী মরাল্ পুম্নমক য়ারবা ফাওবদা শ্রীমতীনা মান ইথা-থাদোক্রবা ফাওবগী মতাঙ্ ফাওবদা কবিনা মাগী কলম জর-জর চথরক্লগা অরোইবা ওইনা ইবেম্মগী মফমদা ইবুংঙোনা "স্মরগরলখণ্ডণং মম শিরসি মণ্ডনং" হায়বা অসী ফাওবা কবিগী কলম চথরগা মমৈগী পদ মশানদি তারক্লবা অহুম্নদি ওইরগা মাহুবু কয়ম্না কবিগী কলমনা তাগদগে হায়না কবিনা মাগী কলম লেপ্তুনা অরাবা রাখন্দা লুপ্তুনা লৈরিঙৈ মতাঙদা ইবুঙো মাগী ইচ্ছা, মাগী লীলা পরীং কায়হল্লিংদহনা শ্রীহস্তমক্না "দেহি পদপল্লবমুদারম্" হায়বসি হাপচিন্‌বিরমহনা পদ পূরণ ওই-হনবিবা অহুগুম্বা গীতগোবিন্দম্‌নি। শম্না হায়রবদা শ্রীকৃষ্ণ য়াওনা ইরবা জয়দেব অমসুং পদ্মাবতী অনীগী গীতিকাব্য গীতগোবিন্দম্‌নি। রাফম্ মতেক অসীনা শেংনা উৎলি মাহুদি জয়দেবনা থোক্ল-থোক্লবা মাগী মকোক্তা, মাগী কলমদা লাকপহু হেক্তা ইশিনবা নত্তে। লাকইবা রাখল পন্নিং অহুদা যুক্তি বিচারগী মফম অমা মতাঙ্-মতাঙগী ওইনা থম্লি।

অসুম্না কবি জয়দেবনা গীতগোবিন্দম্ ইথরক্পদা মাগী কলম ঈচেল্লা তারকপা "পীনপয়োধর পরিসর মর্দ্দনা ·······", বিগলিত

ৱসনং পরিহৃত রসনং............” অসীনচিংবা পদ থরসিবু পাক্লরগা ইন্দ্রিসংযম ৱাংলিবা লোন্গাগী মীশকশিংনা গীতগোবিন্দম্গী মথক্তা অশ্লীলতাগী ( অকাম্বগী ) অভিযোগ ( ৱাকৎ ) মীৎয়েং অমা চঙ্লক্ই। জয়দেব কামুক নত্তে। কামাতুর ওইহনা পদ্মাবতী থিক্লবা নত্তে। অপাম-মুংশি লাংদা থুক্লবা পরাশর, দশরথ, শান্তনুগুম্বম্থু নত্তে। লাইগী মচাগুম, শক-চু, রূপ গুণ, মহৈ-মশিং, কুচু কুমেন ঈরাৎ ৱাত্তবী পদ্মাবতীনি। শ্রীজগন্নাথনা পীবা লক্ষ্মীগী শক্তি চঙবী অমনি। জয়দেবগী সাধনা মতেং পাংনবা শ্রীজগন্নাথনা জয়দেবগী অর্দ্ধাঙ্গিনী ওইনা পীবা পদ্মাবতীনি। জয়দেব অমস্থুং পদ্মাবতী অনীগী ওইবা ধারা নালা অমতা থনমদে। মাসিমক্লস্থু অনী অসিগী অমনা অমগী সাধনা মতেং পাংননবগীদমকনি হায়বা উৎলি। শ্রীজয়দেবগী সাধনাগী উদ্দেশ্যদি শ্রীরাধা শ্যামগী প্রেম লীলা কররম্না মপুং ফাগদগে হায়বা অসীতনি। মাসিগী মনুংদা সাধারণ মীচম অমনা কামগী লীলা হায়বদি অপাম-মুংশিগী চম্লবা রাক্ষমদা মুক্ষম ওইহনা ইবা নত্তে। মতাং অসিদা তাইবং মীরমলেনগী ওইবা ৱাফম অমতং থুদমগী মশক্তুম্ পন্জগে :—কনাগুম্বী মশক্ মতৌ চঙ্থোন্বী মুপী অমগী কুম-থা গুরহনা মমীৎ-মমায় পাঙ্বা মতম্ ওইরকপা মতমদা অকনবা চিংন-শোম্নবগী মতাঙ লাক্তুনা হৈ-শিংলবা ডাক্তর নিপা অমগী মতেং লৌই। নীপা অসীনা মানা খঙজ-হৈজবা পুন্নমক মথল-মথা অয়াম্বা মওং মওংগী খুৎলায়নচিংবা শীজিন্নহনা মমা অমস্থুং গর্ভগী অঙাং অনীমক্কী শোয়দ-ঙামদনবা থবায় খুবাক্তা হাপ্তুনা হোৎনরি। মতম অহুদা ডাক্তর অহুনা মাগী থবক অহু মায়পাক্লা পাঙথোক্লবতা থন্দুনা লৈরি। অতৈ অতোপ্পা অফৈবা ৱাথন মাঙোন্দা চঙদে। তৌরিবা থবক অহু শোয়দ-ঙামদনা পাঙথোকপা ঙম্বা অহুতংদ মীৎয়েং থম্লি। মতম অহুদা মাগী থম্মোয়না কল্লক্নিঙাই ওইনা ফজরবী মুপী অহুগী মশাদা কামগী ৱাখল পোক্তে। অস্থুম্না শোয়দ ঙামদনা মায় পাক্লা অঙাংহু পোক্লবা মতমদা মুংশাস্বর শাংনা হোন্দোক্তুনা নে-তানা

মুঙাইবা পোকচে। মতৌ অসুম্না শ্রীজয়দেবনা মাহাক্কী গীতগোবিন্দম লেংবা মতমদা অশ্লীলতাগী মরমদা রাখল লৈতে, কামগী বাফম মাঙোন্দা পোক্তে। গীতগোবিন্দম্ ইবা লোইবদা মাগী সাধনা মপুং ফারে, মাগী রাধা-শ্যামগী লীলা প্রেম রস মহৈ য়াল্লে হায়ন মুঙাইজে। ইকুই কুইত্রিবা রাফম্নি। ইংরেজী লাইরিক—ডি, এইচ, লোরেন্সকী "লেডি চেট্টরলীজ লভর্" অমসুং বাঙ্গলাদা বুদ্ধদেব বসুগী "রাতভরে বৃষ্টি" অনী অসী অশ্লীলতাগী বাকৎনা মতম কুইনা সরকারনা ফাজিন্দুনা থম্মুরবা মতুংদা কোর্টকী হুকুম্না লাইরিক অনীমক্কী অথিংবা থাদোকখ্রে। মাসিনা তাকপদি পুন্নমক অসী মাগী মাগী মীৎয়েং মতুং ইনবনি। মফি-মরোল শেত্ত-ইন্দবা ( ন্যুড্=Nude ) লাই অমসি ঐথোয় মীচমদদি য়াম্না হঙ্গোইনা থোকই অহুবু আর্টিষ্ট ( চিত্রকলাকার ) অমগী মফমদদি ঐথোয়দগী তোঙাল্লি। সিদ্ধ ফংলবা মীশক অমনা উলঙ্গ, দিগম্বর ওইনা হায়বদি মায়কৈনা ফিজেৎনহুনা মফি-মরোল য়াওদনা ঐথোয়গী মরক্তা য়াওবসি ঐথোয়না শা-যন মরক্তা ফি-রোল য়াওদনা মাং-শোয়বা অহুগা পান্দম্নৈ। অহুনদি বাফমসি নীৎয়েংগী মতুং ইনবনি হায়বা শেংদোকপদনি। পুন্নমক অসী থন্ন-নৈনরবা মতুংদা থোকপদি করিগুম্বা বাফম অমা, পোৎ অমা, হৌরম অমা থোইদোক হেন্দোক্লা লাইরিক অমগী গুণ লেপ্পা তারকপদা মাগা মরী লৈনবা লাইরিক থিবা, পাবা, নৈনবা চঙভি। অহুগী মতুংদা লাইরিক অহুগী মূল তত্ত্ব করিনো তপ্প-তপ্পা খঙবা ঙম্মকনি। ঈশাগী রাখল বিচার চঙদবা য়াদে। অন্দাজদা রারেপ অমা হেক লৌবসু হামন্বগী নীঙঙমদবা অমা তুংদা থোক্কল্লি। মাহুমক্কী রাফমহু নৈনরিবা গীত-গোবিন্দম্ অসিদা থোক্লি। মতম খরগী মমাঙদা ফিলম্ ডাইরেক্টর অমনা মাগী ফিলমগী মথক্তা ওবসিনিটিগী বাথোক অমা লাকপা মতমদা জয়দেবগী গীতগোবিন্দম্গী রাফম পুথোরকই। য়েংগদবদি সিদ্ধ পুরুষকী মফি-মরোল য়াওদবগী রাফমদা মথোয় পুন্নমক থোৎ-থোৎপা মফি শেত্তে হায়না লৌগদবদি নত্তে। চাবোক্লিবা ডাক্তর অহুনা

সংসার ত্যাগ তৌগ্রবনি, মুপীগী শুদ্ধংনিঙাই ওইরবা মাইথোংনা মাবু পুক্নিংগী ওইনা মীহৌহন্ত্রে হায়না হেক্তা লৌরো হায়বদি নত্তে। মতম মতমগী, মতাঙ-মতাঙগী ওইবা মথৌদা মাই ওনশিন্দুনা ফৈরেংনবা মায়কৈদা রাথল, পুক্নিং চঙখিবা হায়বা ৱাকমদগীনি। নত্রবদি মাগী মথৌ অতু চপচানা পাঙথোকপা ঙম্বগী রাকম লৈরোই। দ্রোণাচার্য্যনা মাগী শিষ্য ময়াম অস্ত্র পরীক্ষা তৌবদা অর্জ্জুনতা মায় পাকখি। করিনা কমদৌনা, করিদা হেনবা, কদাইদা রাংপা, করি মরমদগী অসীনচিংবা থিরকপা মতমদা তৌরিবা থবক্তা একাগ্রতা ওইবা গুণ অতুদা তারমই। যুধিষ্ঠির, দুর্য্যোধন, ভীমনচিংবা শিষ্যশিংদা ৱাহং তৌই—আদগী অশাবা উচেক অসি উবরা? উই; ঐবু উব্রা? উই; অতৈ করি করি উবগে? হৌরিবা উ পাম্বী, মা ময়াম্ খোংপা উই। হায়রিবা ৱাহং পাউথুমশিং অসী অহল অহুম অতুনা চপ. মান্নবা মীনমদনা খুম্বা তারগা "ফরে নখোয় ফম্মো" হায়না ফমহল্লগা অর্জ্জুনদা হঙভি—অর্জ্জুন! গুরুদেব! নঙ উচেক অসি উব্রা? উই গুরুদেব; অতৈ করি করিদি উবগে? করিমতা উদে গুরুদেব, উচেক্তা মউই। উচেক্কী মশা পুম্নমক উব্রা? খোং খোংপদি উদে। অতুদি করিদি উই? মঙক্কংদি উই গুরুদেব; অতুদি নঙ্গী তেল অতু কাপলো। অর্জ্জুনগী তেঙ্গা থোংহুনা লৈরিবা তেন্ অতু 'ছং' কাপ-খিবদা পান্দম ওইনা থল্লিবা অশাবা উচেক অতুগী মঙক কক্নুনা অর্জ্জুন্না মায় পাকখি। মহাভারতকী মনুংদা একাগ্র চিত্ত—পুক্নিং চপ. যুংবগী খুদম দ্রোণাচার্য্যনা শিষ্যশিংগী খুৎলাই চাংয়েং মতাংদা ব্যাস দেবনা পীরম্বা আদর্শনি। মতৌ অমুম্না শ্রীজয়দেব গোস্বামীনা মহাকবী গীতগোবিন্দম্ অসিদা শৃঙ্গার রসগী চরম সীমা থম্ থেংবা পংথৈ—পূর্ণ সম্ভোগ য়ৌননবা মথং-মথং, থাক-থাক হাইগৎলকপা মাগী কলমদা মতোন তোলেন অতু য়োৗত্রি ফাওবদা কনাগী হায়হৈবা হায়হৈদবা পুম্নমক তুঙভোইনহুনা মানা য়োগদৌরিবা পনথুং ফংত্রি ফাওবদা মানা পুখৎলকইবা কাব্য রস অসী ইবুঙো ইবেম্ম অনীগী

সম্পুর্ণ মিলন—পুর্ণ সম্ভোগ অসীতগীনি। ইবেম্মদা চঙজরগভা ইবুঙো ফংবা ঙম্মি হায়বসি খঙ্হন্নবগীদমক ইবুঙোগী ইচ্ছা মতুং ইন্না ইবেম্মদা পীবা শক্তিনি। যুক্তি বিচার হায়বা ৱাফম অমা য়াম্না তোয়না পনজবদি মাহ্নু য়াওব্রবদি মী অমা ওইবগী মপুং ওইবা গুণ অমা ৱাৎপদোনা থোকই। য়াম্না শম্না হায়রবদা গীতগোবিন্দমদি নাহা মুবীগী লাইরিক নত্তে। ইন্দ্রি সংযম লৈরবশিংগীনি।

ঙসিদগী চহী ৩২/৩৩ রোমগী মমাংগী ৱানি। ডাক্তর কমলগী মাধবীনা মেট্রিকী পাঠ্য ওইরিঙৈদনি। ঐহাক চহী খরা মাধবী লাইরিকসি তম্বিরম্মি। নোংমা ওজা ময়ামগী কাদা কম্মিন্নবা মতমদা "মাধবী অসীদি বিঃ এঃ, এমঃ এঃ দনা তম্বনা ফবজাৎনি" হায়না চুম্না হায়দোকচখিবনি। ওজাশিংহু খোয়রুম্-খোয়রুম্ নোকখি। মীনোক্নুনা তাকপদি মাধবীদা য়েংবা মীৎয়েং, মাধবীগী ফিদম লৌবদা খেন্নবনি হায়বা উৎপগী মওংনি। শক ১৯৫৩/৫৪ গী মতমদা থোক্-খিবনি। অতুনা শক ১৯৭৩/৭৪ দা জেঃ এনঃ ইউঃ সেণ্টর মণিপুরদা লৈবা মতমদা এম্ঃ এঃ গী পাঠ্য ওইনা মাধবীবু খল্লি। খ্বাইগী চৎনরিবনা ওনার্স তা তম্মম্বনা পাস্ কোর্শতা ওম্বরকপা বিঃ এঃ দগী আইঃ এঃ ( পিঃ ইউঃ সিঃ ) অম্নুম্না অৱাংবদগী অনেম্বদা লাকপনি। মণিপুরদনা অনেম্বদগী অৱাংবদা হাইগৎলকপা অসীনি খেন্নরিবা। মাসী লাইরিকী মগুণ লৌবা, লেপ্পা খেন্নবদগীনি। ওজা অমনা লৌরিবা ভাব অহু চহী ১৪/১৫ অঙাংদদি ওইথোক্তে। চহী ২০ গী মমাঙদা থোকখিবা ৱাফমহু ইউনিভার্সিটি সেণ্টরগী মৈতৈরোন তম্বীরিবা ওজাশিং অমসুং ছাত্রশিংদা অমুক্কা হন্না ৱাফম্সি পুথোকপদা য়ানিংবা উৎপিখি। মাসিনি মীৎয়েংগী খেন্নবা। মতো অম্নুম তৌরতুনা শ্রীজয়দেব গোস্বামীগী গীতগোবিন্দম্গী ভাব, রস লৌবসি খন্না তোঙান-তোঙানবা লৈবা য়াওদবা নত্তে।

মেঘৈর্মেদুরম্বরং বনভূবঃ শ্যামাস্তমালদ্রুমৈর্ণক্তং
ভীরুরয়ং ত্বমেব তদিমং রাধে গৃহং প্রাপয়।
ইত্থং নন্দ-নিদেশতশ্চলিতয়ো প্রত্যাধ্বকুঞ্জদ্রুমং
রাধামাধবয়োর্জয়ন্তি যমুনাকুলেরহঃ কেলয়ঃ॥ ১ ॥

মথক্তা পীরিবা গীতগোবিন্দম্গী ইহান্ হান্বা শ্লোক অসীগী মরমদা হৌখিবা চহী ৫০০ অসীগী মহুংদা পণ্ডিত কয়', রসিক কয়ানা নৈনহুনা ব্যাখ্যা তৌনরকই।

কবি জয়দেব গোস্বামীনা মাগী গীতগোবিন্দম্ কাব্যদা রাধা কৃষ্ণগী বাসন্তী রাস লীলা বর্ণন তৌরি। মাসিগী মমুং অসিদা কদাইদগীনো নোংজুথাগী শকফম অমা মরক অসিদা পুশিল্লকই। কাবাগী অহৌবমক্তদা করিগীদমকনো তমৃথিরবা নোংজুথাগী অহিংনা মাঙ্থারকইবা অসীনা? অসীগী চায়রক্তা গোপনিংথৌ নন্দনা করম তৌহুনা কদাইদগী লাকইবা? নন্দনা রাধাদা কৃষ্ণবু য়ুমদা থরা থিনবিরম্মু হায়রিবসিনা করি করম্ তৌদননো? শ্লোক অসী নৈনহুনা ব্যাখ্যা তৌবদা ইকাই খুম্ননিঙাই ওইরবা পণ্ডিত পূজারী গোস্বামীন-চিংবনা ব্যাখ্যা কয়া কয়া পীরি। অয়াম্বনা পূজারী গোস্বামীগী ব্যাখ্যা মতুং ইল্লি হায়বা য়াই। কবি অসীনা রাধাকৃষ্ণ ইবেম্মা ইবুঙো অনীগী প্রেম লীলা অসী কাব্য ওইনা পুথোক্লবা হোৎনবদা ইবুঙো ইবেম্মগী য়ান্না থুপঞ্জব। তত্বগী রাথল অমসুং বাফম থল্লম্মি। মীচম অমনা "কাম কেলি" ওইনা লৌখিদনবা য়াম্না থল্লগা লীলাসী বর্ণন তৌই। রাধা কৃষ্ণগী লীলা অসী ল্োইবা নাইত্রবা প্রকৃতিগা হৌরকফম লৈত্রবা পুরুষকা অনীগী অতৎ অথম লৈতনা মুমিৎ খুদিং শান্নরিবা লীলানি। অহুনা মপান্থোংগী ওইনদি তাইবং মীচম্গী ওইনা উরবস্থু মমুংদদি থম্মোয়গীনি। মরম অসিদগী বৈষ্ণব কবি জয়দেবনা শাস্ত্র কয়ামুক নৈনরগা মতুংদা গীতগোবিন্দমবু শক্ শোল্লিবা মীয়ামদা নীংশিংননবা ব্রহ্মবৈবর্ত্ত পুরাণগী ১৫ শুবা অধ্যায়দা

( পন্দুপ্তা ) রাধা-কৃষ্ণগী অতিমানব ওইবা রারীগী মওংহ্ শাগত্তুনা অহানবা শ্লোক অসী ইরম্বনি। অধ্যায় অসিদা রাধা কৃষ্ণগী অংশংবা পরিচয় করিনো, অশেংবা মরীনা করিনো হায়বনচিংবগী মরীদা রারীহুনা শেংনা পল্লি। গীতগোবিন্দমৃগী অহৌবদা বর্ষা বর্ণন, নন্দ-নিদেশ অসি শেংনা রাওরি। রারী অহুনা অসুম্না হায় :—

নোংমা গোপনিংথৌ নন্দনা অঙাং ওইরিবা কৃষ্ণবু পুরগা ভাণ্ডীর বন্দা যন শেনবা চৎলম্মি। নন্দনা কৃষ্ণবু অসুপকী মতীক লুনা তৌরম্মি মাহুদি মিৎকুপ অমত্তা কৃষ্ণবু থানবা ঙমদে। যন অসুম অসুম শেনবদা ঝারহুনা নন্দনা মথুৎমক্তা পীজ পীথক তৌরগা তুমহন্নবা থৌরাং তৌরম্মি। মতাঙ অসিদা মতম চুপ্পদা পাথংতা ওইহুনা লৈরবা কৃষ্ণনা মাগী থাঙ্গৈশেংবা তাইবংপান শীনথুংনা কোল্লিবা শক্তিহ্ খঙহল-উহল্লগে খনপ্রে। কৃষ্ণদি মপাম্লোঙদা অঙাং ওইরবসু মতম চুপ্পদা কিশোরতা ( পাথংতা ) ওইহুনা লৈবনি। বৃন্দাবনদা প্রেমগী লীলা শান্নগে হায়বগীদমক মীগী মপোক্তা মীগী শায়োন লৌরবনি হায়বসি নন্দবু খঙহল্লিংলে। অসিনা মরম ওইহুনা মাগী যোগ মায়াগী মতেংনা আকাশ শীনৃথুংনা নোংগী লৈচিন্না পুম্মম্ মম্হল্লে। নোং তারে, নোংথাং কুপ্লে, নোংমৈ শীংজং তাহল্লে। নোংজুথাগী অকনবা নোংহৌ, নোংজু ওইরে। হায়না হায়না মক্ষম্ অহু পুম্মম্ মম্প্রে। বন অহু অঙকপা মূর্ত্তি ওইপ্রে। নোংমরী চাউনা তারক্লে। নন্দ নিংথৌ য়াম্না কিরে। অমরোমদা মকায় মকায় চেল্লবা যনবী যন্নাউশিং, অমরোমদনা অঙাং ওইরিবা কৃষ্ণ। অনীসিমক শোয়বা য়াদবা ঙাক্লি। অনিসীগী নাম্বোক্লবগী উপায় করিনো ? অসুম্না নন্দনা জ্ঞান তাদহুনা লৈরিঙৈ মতমদা কৃষ্ণনা মাগী মায়াগী লীলাহ্ অমুক্তা হেন্না চেৎশিন্নবা পীক্লবা অঙাংগী মতৌগুম্না কপ্প-কপ্পহুনা নন্দ নিংথৌগী ঙকশমদা কম্না কোনশিল্লক্লে। নন্দনা অকিবা অমসুং অরাবগা লোয়ননা জগদম্বাবু থম্মোইদা কৌজরক্লে। তাঞ্জাসিমক্তদা—ইবুঙো মাগী থৃজিন্নি, মাগী

লীলানি—শ্রীমতী ইবেম্মা ৱাধা অহু মায়কৈ অদোমদা প্রেং-প্রেং লাকপা উৱম্মি। উপায় লৈত্রবা, মী চাঁক্লবা অবস্থাত্তুদা ৱাধানা খঙহৌদনা লাকপহু উৎদা নন্দ নিংথৌ মুঙাইবনা লুতোন কাখিৱম্মি। তাঞ্জা অসিদা গর্গ মুনিগী ৱা অমা নন্দনা নিংশিংলকখি। নোংমা গর্গ মুণিনা হায়খি:—শ্রীমতী ৱাধা হায়ৱীসি স্বয়ং নাৱায়ণী, লক্ষ্মী স্বৱূপানি, অদুগা অঙাং ওইৱিবা কৃষ্ণনা স্বয়ং নাৱায়ণনী। ৱাফমসি মপুক্তা খন্ন খন্না কিবদগী কপ্লিবা কৃষ্ণবু ৱাধাদা শিন্নৱগা হায়খি— "ইবেম্মা! নহাকসে নাৱায়ণীনি, অহুনা নভোন্দা ঐগী অঙাং ওইৱিবা মুংশিজৱবা লল ওইৱিবা কৃষ্ণবু শিন্নৱবনি, ইবেম্মা নঙনা য়ৈথাই থিঙ্গাই, খুদোংথীবা অমতা থোক্কনা কৃষ্ণবু য়ুমদা থিনবিৱম্মু।" ষনবী ষন্নাউ ময়ায়া নন্দগা লোয়নৱক্লগে হায়বা ভাব উৎলি।

ভাব, ৱসগী মৱুওইৱবা গীতি কাব্য অসীগী অহৌবদা কবিনা অপাবশিংগী খন্ননিংঙাই ওইৱবা "নন্দনিদেশত:" হায়বা ৱাফম্ অমা য়াওশিল্লম্মি। ব্রহ্মবৈবর্ত্ত পুৱাণগী মতুং ইন্নদি নন্দনিংথৌগী য়াথং মতুংইন্না ৱাধানা কৃষ্ণবু লোয়নখি হায়ৱি। অদুগা পুজাৱী গোস্বামী-নচিংবগী ব্যাখ্যা মতুংইন্নদি গোপীশিংগী মুঙাইৱবা য়াথং (আনন্দ নিদেশত) মতুংইন্না ৱাধাগা কৃষ্ণগা লোয়নহনখি। গোপীশিংগা ৱাধাগা লোয়নবসিদি মহৌশানি। তাঞ্জা ফংহনা গোপীশিংনা লৈথহনা লৈহৌৱগা ইবেম্মা-ইবুঙো শান্নক্লনবা থাদোকখিবনি। ৱাফম অসিগী ব্যাখ্যা অনী অসিদা পাথং অমবু মাদি কিগনবনি হায়হনা মথোন কাৱকপী লৈশাবী অমনা ময়ুম তান্না খৱ থিনবিক্ল হায়বসি মপা ওইবা নন্দ নিংথৌনা হায়ফম থোক্কে। ৱাফম অসীদা মপুং ওইনা লৌনহনা পণ্ডিতৱাজ শ্রীঅতোম্বাপু শর্ম্মা অমসুং নোংমাইথেম শ্রীহেৱা সিংহনচিংবা লাইগুৱুশিংনসু পুজাৱী গোস্বামীগী ব্যাখ্যা লৌনবা থেংনজে। পুজাৱী গোস্বামীগী ব্যাখ্যাদা খঙনিংবা ৱাফম খৱদি তমথিনা শুক্ল মন্নবা নোংহৌ মৱক্তা বন মমুংদা কৃষ্ণনা কৱম লাকপা, গোপীশিংনা

কয়ন্না থেংনরুবা অত্থুগা খাইদোরুবা অসীনচিংবা বাহং কয়াম্মুকসিগী মথক্তা অমুকন্থু, বসন্তগী মতমদা অয়োৌবী বর্ষা বর্ণণ তৌবা অসীমন্থু মরী লৈননা হুংননিঙাই অমস্থু খঙনিংঙাই ওই। কাম কেলি, সুরত লীলাগীদমক হান্ননা শেমগৎ-শাগৎপা ওইনা উবনা কাব্যগী ভাব রসকী মরীদা কোন্না লাক্কদবা ভাব রসনা মাঙ্ থাগৎতুনা তৌবা ব্যাখ্যা হাইফেৎ মাল্লি। অতোপ্পা রাকম অমনা শ্লোক অসীগী মশাদা গোপীশিংগী বা অমতা পল্লমদবনা গোপীশিংগী য়াথং হায়বসি কদোমদগী লাকপনো হায়বসি খন্ননিঙাই ওইরকই। ব্রহ্মবৈবর্ত্ত পুরানগী মতুং-ইন্নদি সর্ব্বশক্তিমান ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা মাগী বিভুতি শক্তিত্থু পুথোক্তুনা যোগ মায়াগী মতেংনা মাগী সুরত লীলা শান্নরকপনি। অসৌগুম্বসি ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা য়াম্না তোয়না শীজিন্নে হায়বসি শ্রীমদ্ভাগবতনা সাক্ষি ওইনা মধ্যস্থ ওইরি। সরত পূর্ণিমাগী মহারাস কী রাকমদা রাস পঞ্চধ্যায়না ময়েক শেংনা উৎলি। ইবুঙো মানা তৌঙমদবা লৈতবনি। সরত মতমদা মল্লিকা শাৎলি। সুবল সম্বাদ (সুবলবেশ) কী মতাংদা উপায় লৈত্রবা সুবলগী মমাঙদা ষন্নাউমচা অমা চেল্-হল্লক্তুনা মাতুনা মতেং ওইননবা সুবলদা জ্ঞান শক্তি পীনবিখি। পুন্নমক ইবুঙো মাগী খুজিন্নি, মাগী লীলানি। মাগী লীলাগী চিন্নবা তান্‌কমদা ইবুঙো মানা যোগমায়াগী মতেং লৌতুনা লীলাত্থু শোগৎলি। তুংদা লাক্কদবা কাব্যগী রস খণ্ডিতা, কলহান্তারিতাদা ওইরক্কদবা রাকম পুথোক্তুনা শ্রীকৃষ্ণবু কিহল্লগা রাধানা কৃষ্ণবু শাউখিবগী মরম পুথোক্তুনা, উৎতুনা ইবেম্ম-ইবুঙো অনীগী রতি ক্রীড়াগীদমক হায়বসি কল্পনা খর হেনবগুম উই। কবিনা য়াম্না থোৎন-মঙনা কাব্যসি হৌগৎপনা পূর্ণসম্ভোগ কী চরম সীমা য়োৌননবা তপ্না তপ্না শাগৎলকপনি। মাসী পুন্নমক কুপ্না বিচার তৌরগা শ্রীজয়দেব গোস্বামীনা ব্রহ্মবৈবর্ত্ত পুরাণগী রারীসি মন্থুংদা ভাব, রস ওইনা ফুমতুনা থম্লগা ইবা গীতি কাব্যনি হায়বনা খরদং হেন্না চুনা-চানবা ওইগত্রা হায়না লৌজে। তত্তনা নিংশিংজৈ ঐনা "যুক্তি বিচার" হায়বা বাকম অমা। যুগ অসিদা

কুপ্না থিবা পণ্ডিত (স্কোলার) কয়াস্থু থোরক্লে হায়বস্থু ঐখোয়না খন্দবা য়াদে। কবিনা ইবুঙোগা মরী লৈনবা লাইরিক লাইশু কয়ামুক পারগা, নৈনরগা অহোবা লৈতনা ইরম্বা গীতগোবিন্দম্ ওইগনি হায়বদা চিংননিঙাই ওইদে। প্রকৃতিগী অকিবগী মশক মহাক্তনা শীনবনি। মহাক্কী মনীংনি। নন্দ নিংথৌদা মহাক্কী বিশ্ব শক্তিহু উৎকে হায়বগী মরম অমস্থু ওইবনি। ভক্তিরস ওইনা লৌরগা চন্ডীদা শ্রীমতী ইবেম্মনা শ্রীকৃষ্ণদগী হাম্না শায়োল্লি হায়বা বৈষ্ণব লাইরিকী য়াফম্না বিচার তৌরগা অহন্না নাহাবু শেন্নবা রস, ভাবতা নন্দ নিংথৌনা রাধাদা কৃষ্ণবু য়ুমদা থিল্লু হায়বা য়াফম্ অকায়বা লৈতে। মতুংদা প্রকৃতিগী অকিবগী মশক ওইবহু নেমথখিহুনা রাধাগোবিন্দগী প্রেমরস লীলা মপুংফানা শান্নরকপা কবিনা বর্ণন তৌরি। পুন্নমক ইবুঙো মাগী মনীংনি।

কবিগী মঙ্গলাচরণ অসিদা কবি মশাগী ওইবা য়াফম য়াওরি। মহাক মহারাজ লক্ষ্মণসেনগী পঞ্চরত্ন সভাগী মকোক ওইবা রত্ননি। মাগী কাব্যসিগী হৌগৎলকপদা পঞ্চরত্নগী রত্ন খুদিংগী মগুণ শক্লি। জয়দেব, উমাপাত, গোবর্দ্ধনাচার্য্য, শরণ, ধোয়ী মখোয় মঙাগী পঞ্চ-রত্ননি। উমাপতিগী মগুণদি মানা শীজিন্নবা রাহৈশিংহুনা উনা মরক্তা অনৌবা য়েন্নিং হুনবগুম্ থোয়থুম্নরবা অথন্নবা রাহৈ-রাতা শীজিন্নবনি। গোবর্দ্ধনাচার্য্যনা য়াম্না তেনবা, অশম্বা রাহৈ থরতনা প্রেমরসকী ভাব পীবা ঙম্বা শক্তি অহুনি। শরণনা অরুবা রাহৈ শীজিন্নদুনা য়াম্না থুনা অরুবা বিষয় অমা ইবা ঙম্বা অহুগা মাহুমরুদি কাব্য অমা ওইবদি য়াদবা থোরীনা হেক তাবগা, হেক উবগা, পাবগা হেক্তা থুনা অমুক হায়বা ঙম্বা, অহুগুম্বা শ্রুতিধর শক্তি লৈবা রত্ননি। হায়রিবশিংসি কবি রত্ন অমমম্গী তোঙান্ তোঙানবা গুণ অমমম্নি। হায়রিবা রত্ন মরি অসিগী অমমম্তা ওইবা গুণনদি কাব্য অমা ওইবা য়াদবনা মরম ওইহুনা গুণ পুন্নমক অসী পুন্না লৈরবা জয়দেব গোস্বামীনা লেংবা রাধা মাধবকী প্রেম লীলা রস গীতগোবিন্দম গীতি কাব্য অসি শক

শোন্দুনা ইবেম্ম-ইবুঙো অনীগী লীলারস লৌবিন্নু হায়না কাব্যগী অহৌবদা পল্লি।

মাসিদা কনাগুম্বনা মশাগী মগুণ মশানা হায়বা য়া লাকপস্তু য়াইদি হায়ববু মাগী গীতি কাব্য অসীগা লোয়ননা খল্লবদি থোইনা অকায়বা ওইদে। অহোইনহুম গীতগোবিন্দম্ পারিবা মীশিং অমদি বৈষ্ণব সমাজদা মৈরা থানবিবগুম্বনি। গীতগোবিন্দম্ অসী অচম্বা গুণ খরদং লৈবা কনাগুম্বগী খূৎইদি নত্তে। হায়নিংবতা হায়বা, অপীকপা-অচৌবা, অরোনবা-অফোংবা, কাচিন-কোয়া পুম্নমক্তা মাগী নীংথিজনা খোয়থুম্নরবা লোল, ছন্দ, মাত্রা, তাল, সুর, লয়না ফাহুনা পুথরকপা, কলমনা জর-জর চত্থরকপনা ইবেম্মগী দুর্জ্জয় মান মতাং য়ৌরকপদা ইবেম্মনা কৃষ্ণগী য়া অমতা তাবিদ্রবা থাক্তা লাক্লুনা ইবেম্মগী খূয়াদা ইবুঙোগী কোক নোনজবা তারক্লুনা কবিগী কলম থাবা ঙম্মক্রবা তাঞ্জাদা শ্রীকৃষ্ণগী শ্রীহস্তনা "দেহি পদপল্লবমুদারম্" হায়না হাপচিনবিহুনা পদপূরণ তৌথিবা গীতগোবিন্দম্নি। ইবুঙো মাগী থৌইনশিন্নি। অহুনদি গীতগোবিন্দম্ ইবদা শ্রীকৃষ্ণ য়াওথি হায়বদা লানফম থোক্লোই। মাসিদা ইবেম্মনা মান থাদোক্লুনা বাসক সজ্জাগী রসদা রাধাগোবিন্দগী সম্পূর্ণ মিলন—পূর্ণ সম্ভোগ মতোল্ লোমহুনা নায়িকাগী রসকী অরোইবা স্বাধীন ভর্তৃকা তাথ-রকই। মাসিগী মরীদা জয়দেব অমসুং গীতগোবিন্দম্ অনীসিগী মরমদা অমদি মথক্তা লাকপা য়াহংশিংদি বৈষ্ণব সমাজনা খুম্বা ঙম্বগী য়াংমদা লৈরে। ইবুঙো মাগী খুজিন্নি। মতৌ অসুম তৌরহুনা পাউতাক পীরিবা শ্রীকৃষ্ণনা মাগী বিভূতি অমসুং বিশ্বরূপ দর্শণ মনাই অর্জ্জুনদা উৎতুনা ভাঙলিবা কৃষ্ণহ্ কনানো, করি লৈবা হায়বহু মমীৎমক্তা উজরবা মতুংদা মপুংফাবা থাজবগা লোয়ননা অর্জ্জুনন। শ্রীকৃষ্ণগী পাউতাক মতুংইন্না থবক পায়থৎথিবগুম শ্রীজয়দেব কবিনা মশাবু মশানা কনানো হায়বগা লোয়ননা মাগী কাব্যগী নায়ক ওইগদৌরিবা ইবুঙো শ্রীকৃষ্ণগী শায়োন, শক্তি, মফম, মতম মথং মথং কবিগী

কলমদগী থোরকই। অহানবদা ইবুঙোগী অবতার তরা (দশাবতার) মথংদা ইবুঙোবু লৈশি লৈথোনজবা (শ্রীকৃষ্ণ বন্দনা), অরোইবদা ইবেম্মা ইবুঙো অনীগী প্রেম রস লীলা শান্নফম্ শ্রীবৃন্দাবন্‌না বসন্ত ঋতুদা ওইবা শকওং শকফম্ মথং মথং বর্ণন তৌরকই। অঙকপা থুৎইদা ফেংদোরকপা কলমনি প্রকৃতিগী থুৎশেমদা ওইরিবা ঈশিং চেল্লকপদা ত্রোং-ত্রোং, ত্রক ত্রক, মুংশিৎ শিৎলকপদা রা-রা ঝম্ ঝম্ কবিগী কলমনা মাত্থমক ওইনা ফোঙ্‌দোকপা শক্তি উৎলি।

অসুম হায়না নায়ক-নায়িকা অনীগী প্রেমরস লীলা থোমজিন্দুনা তাশিল্লকপগী মতুংদা অপোকপা গুরুদেব শ্রীভোজদেব, মমা ইবেম্মা বামাদেবী নীংশিংলগা মরুপ পরাশরনচিংবগী ভকশমদা লৈপরেংগী মশক ওইরবা শ্রীশ্রীগীতগোবিন্দমবু উৎসর্গ তৌদুনা গীতি কাব্য অসী লোইশিল্লি।

গীতগোবিন্দমগী মরুওইবা রসদি শৃঙ্গার রসনি। সম্ভোগ হায়বসি শৃঙ্গারগী অরোইবা পন্থুংনি। পন্থুং অসি য়োননবা শাগৎতুনা পুখৎলকইবা ভাব, রস অদুনি গীতি কাব্য অসিদা জয়দেবনা থারিবা কলম। গীতগোবিন্দম্‌না বৈষ্ণব সমাজদা পীরিবসু মাদুতনি। পৌরপ্পা রপাম্বোংগী অর্থদা গীতগোবিন্দমবু পারিবা মীগী মফমদদি শ্রীজয়-দেবনা কাব্য অসী ইবদা কবিনা থনম্মিবা, থল্লম্মিবা বাখলগা য়াম্না তায়োদ্রৈ। বাতবু অরায়বা লোন্দা শৃঙ্গার রস হায়না লায়না থোক্লবনি। শৃঙ্গ হায়রগদি মচি, মরুওইবা হায়না খঙনৈ। অমরোমদা শৃঙ্গনা হোৌরকফমবুসু খঙহল্লি। মীওইনা পোক্লবদি মানা নীংবা, অপাম্বা অমা লৈতবা হৌনদে। অরোইবা পুন্সিদা করম্না শান্তি অমদি অরান খুবম ফংগদগে হায়বা অসীমদি শোয়দন লাকই। মতাং অসীদা শক্তি পূম্নমক্কী মপু ওইরিবা ইবুঙো মঙোন্দা চঙ্‌জবা তারকই। মাঙোন্দা চঙ্‌জবা তারবদি মাঙোন্দা খ্বাইদগী হেন্না নক্লবা অমদা চঙজবা তারকই। থাক্ অসী য়োবদা ইবেম্মা মাঙোন্দা চঙ্‌জবা তারকই। ইবেম্মদি

ইবুঙোদগী অভোপ্পা অমা নত্তে। লীলাগী মরমগীদমক ইবুঙোনা মশাদগী পুথোকপা ইবেম্মনি : মাগী প্রেম রসকী লীলা শান্নবা মতমদা মশাদগী ইবেম্মা পুথোক্কুনা শান্নবা ঙাক্কনি। অহুনা ভক্তি লাইরিক বৈষ্ণব লাইরিক্, পদাবলী পদকর্ত্তাশিংনা লীলাহু লোইরবা মতমদা লীলা সাঙ্গ ওইরে হায়না ইবেম্মহু ইবুঙোদা অমুক হল্লিনহন্দুনা থনম্মি। অসীনা মরম ওইরহুনা ইবুঙো মাবু ফংজগে, মঙোন্দা তিন্‌জগে হায়রবদি রাধা তত্ত্ব, রাধা ভজন তৌদবা য়াদে হায়বসি বৈষ্ণবশিংনা চেৎনা থাজফম ওইরি। জগৎকী মপু ওইবা ইবুঙো মানা মীওইবগী তমজনিঙাই ওইবা য়াদবা থবক তৌরম্মোই। মাসিদা লৌবা হৈত্রগা মাঙুননবগী মচাক ওইরকই। নীপা মুপী অনীগী মরীদা শৃঙ্গার রস অসীনা অয়ৌবনি। বাফম অসী মপাম্মোংগীতা ওইনা অরায়বা মীৎয়েংদা লৌরবদি অকায়বা থৌওং কয়া লাক্লিঙাই ওই। মাহু থোক্কনবা কবিনা লাইরিক কয়া, শাস্ত্র কয়া নৈনরবা মতুংদা কলম থাবনি হায়বসিদা গীতগোবিন্দম্ করিনো হায়বসি নৈনরুবদা মথং মথং জ্ঞান পীরকই।

জয়দেব গোস্বামীনা গীতগোবিন্দম্‌দা থম্লিবা খ্বাইদগী মন্নুং হুজ্জিনবা রস অমসুং ভাব, ভজনদি আত্ম সমর্পনি। ভাগবগীতাদা শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুনবু কৃষ্ণদা আত্মসমর্পন তৌ সর্ব্বধর্ম্মান্ পরিত্যজ্য......... .. হায়বহুগা চপ মান্নে হায়না লৌবা য়াই। হায়রিবা ফিরেপ অসীমক গোপীশিং অমসুং শ্রীমতী রাধানা লৌখি। গোপীশিংনা কৃষ্ণবু নীংজবদি মশাগী মরম্নাই ওইজবা থিবগী রাফম লৈতে। শুপ্নগী কৃষ্ণনা পেন্‌বিবা, কৃষ্ণবু ফংজবা হায়বা অহুতনি। শ্রীকৃষ্ণগী বৃন্দাবন লীলাদি আত্ম সমর্পনগী মওংদা জীবন পরীক্ষা তৌবনি। মুপী ওইবী অমনা নীপা অমগী মফমদা ইকাইবা, হঙোইবসি হায়নিঙাই লৈতবনি। মথোয়না পূন্নক নমথেকপা শুম্বদি মপূরোইবগী মফমদতনি। অহু-শুম্বা রস অহু পুশিন্দুনা কবিনা মাগী কাব্য লেঙি। প্রেম রস লীলা

মপুং ফাননবা হোৎনৈ। রাধা গোবিন্দগী লীলাদা বৈষ্ণবশিংনা গোপী ভাব লৌদুনা ভজন তৌননবা আদর্শ ওইনা গীতগোবিন্দম্ কৌবা বাসক সজ্জা রস কাব্য অসী লেংখিবনি। শ্রীকৃষ্ণগী কাম্লনবা ওইগনিতবু হায়রবদি হায়দুনা পাপ পূণ্য বা খিরুদনা পদধুলি খুজোক খুজোক নাম্নদদা পীখিবা গোপীশিংনি। ইবুঙোনা পেল্লবদি অপেনবনি হায়দুনা মপুরোইবা লৈরিবা গোপীশিংনা বাঁশী মখোল তাবদা তৌরম তৌরম্বা থবক থাদোক্লুনা বন তানা চেল্লকই। শাগেগী মৌ ওইরিবা শ্রীমতীনা মপুরোইবা আয়ান, মনেম জটিলা মচন কুটিলাগী পন্ পুম্নমক নম্থেক্লুনা ইবুঙোগা মধুর প্রেম রস লীলা শান্নবা আত্ম সমর্পণগী অরংবা থুদমনি। আত্ম সমর্পণগী মতাং অসী য়েৌরকপদা সাধু বৈষ্ণব অমসুং মীচম অয়াম্বা কয়ামুক্তগী খঙ্নিংবা হংনিংবা ন্নাহং ন্নাহং কয়মুক লাকফম থোকই। ময়ুম মকৈ পাল্লিবা মবা-মপুরোইবা লৈরিবা, মনেম-মকু অমসুং মচা-মশু চেল্লিবা ব্রজগোপীশিংনা মতৌ করম তৌনা ঙাইহাক্তগীসু নত্তনা অহিংচুপ্পা অদুগুম্বা ময়ুম থাদোক্লুনা কৃষ্ণগা ন্নাস লীলা শান্নদুনা লৈ হায়বা ন্নাফমসি খরদং চিংননিঙাই ওইফম থোক্লবরা? কনামতনসু মখোয় মখোয়দুবু থিন হংনদবরা? মখোয়না মনীংতৌনা কোয়না চৎতুনা অহিং মুংখিল থাক্লনা মখোয়না তৌনিংবতা তৌরগা ময়ুমগী মীশিং অদুনা উতুপ, নূংদুমগুম পংসৈদা লৈরবরা? য়াম্না চুমথ্রমা হংনিঙাই ওইবা ন্নাফমনি। অদুবু পাউথুম পীবদদি য়াম্না তেম্না, শম্না থুম্বা তারকপদি ইবুঙো মাগী লীলানি, মানা তৌনিংবতা তৌবনি, ওইহন্নীংবতা ওইহনবনি। গোপী সিদ্ধ দেহ অমনা ময়ুমদা মাগী মখৌ কায়দনা অদুম তৌরি; সিদ্ধ দেহ অমনা ইবুঙোগী ইচ্ছা মতুং ইন্না ইবুঙোগা শান্নরি। শ্রীমতী ইবেম্মা রাধাগীসু অদুমঙায়, ইবুঙো মহাকমক্তসু অদুমঙায়। মুমগী মী অমা অহিংচুপ্পা লৈতবা ইমুংগী মীনা খঙদবা হৌনদবনি। তৌঙমদবা লৈত্রবা ইবুংঙো মাগী শক্তিনা সিদ্ধ দেহবু অনী অনী অদুদগী হেন্না ইবুঙো মাদি গোপী অমগা কৃষ্ণ অমগা লোয়ননা শান্নবা ওম্বা শক্তি লৈবনি।

অহিং চূপ্পা নন্দ-যশোদানা থিরম্মোইদবগী মরম লৈতে। মিকুপ থুদিং কৃষ্ণবুতা খন্দুনা লৈরবা নন্দ-যশোদা অনীমক্তসু ইবুঙো মহাক অত্তুম লেঙদনা লৈবা উহল্লি। নত্রবদি ইবুঙোগী লীলা কায়বা তাবা য়াবা রাক্ষম কয়া লাকই। শ্রীমতী ইবেম্মনা নীপাগী ফিজেৎ লৈতেংত্তুনসু কয়া য়াম্না সুবল মানফম থোকপগে, জটিলা কুটিলা অত্তুবু করি তৌ-হৌবগে হায়বা হংনিঙাই ওইবা অচম্বা বাহং কয়া লাকনিঙাই ওইদবা নত্তে। ইবুঙো মাগী শক্তিনা সুবল ওইনা হেক্তা উবত্তনি। মানা ঙমদবা লৈতে। ইবুঙোদগী ইবেম্মা থোকই ইবেম্মদগী গোপী থোকই, ইবুঙোদগী গোপ থোকই। অত্তুনা মানা তৌনিংবতা তৌবনি। লাই, ঈশ্বর ভগবান হায়বত্তু ঐগত্তনি, ঐবু নিংজো, ঐঙোন্দা চঙজো হায়বা ঙম্বসি কৃষ্ণতনি। মাত্তু গোপীনা আদর্শ ওইবনি।

# গান্ধী অমসুং ধর্ম্ম

## ( গান্ধীগী ধর্ম্ম )

ইংরেজী কুমজা ১৯৬৯, লেখকনা সেন্ট্রেল লাইব্রেরীদা থবক তৌরিঙৈদা বাপুজীগী চহী ১০০ শুবা মপোক পালন তৌই অখন্নবা গান্ধী লিটেরেচরশিং খরগী মৈতৈরোন্দা হন্দোক্লগা ফোঙনবগী থবক অত্ত সরকারনা লেখক্তা শিন্নে। অত্তুগী মথক্তা বাপুজীগী নীংশিং চেফোঙ্ অমসু লেখক্লা সম্পাদন তৌই। বারেং অসী চেফোঙ্ অত্তুদা ফোঙ্নবা গান্ধী লিটরেচর মরী লৈনবা লাইব্রিক কয়াম্মুক্তগী খোমজিনবনি। সম্পাদক্কী অতোপ অতোপ্পা খরসু চেফোং অত্তুদা য়াওরবদগী প্রবন্ধ অসীদি খামহৌরে।

বাপুজীগী পোক্লফম পোরবন্দর অসি দ্বারকাগা মাইল ২০০ রোম লাপ্লবনি। গুজরাটকী মনুংদা নোংচুপ সমুদ্র মপান্দা লৈবা মফম্ ঙাক্তনি। বৃন্দাবন্দা শ্রীকৃষ্ণনা ইবেম্মা রাধা অমসুং ব্রজগোপী ময়ামগা

লোয়নবা মধুর রস প্রেম লীলা শান্নৈ, মফম অসিদা হিংসাগী মফম লৈতে। মথুরা অমস্তুং কুরুক্ষেত্রদা বীর রসকী লীলা শ্রীকৃষ্ণনা শান্নৈ। মথুরাদা মাগী মামা কংস বধ তৌই ( কংস হাৎলি ); কুরুক্ষেত্রদা অর্জুনগী সারথি ওইদুনা লান্ য়াওই। শ্রীকৃষ্ণগী বিনাশায় চ দুষ্কৃতাম্ হায়বা—ক্ষত্রবা পশুত্ব ওইবা পুকচেল মাঙ্ হনবনি। দ্বারকাদা শ্রীকৃষ্ণনা লৈম লিশিং তরাতরুক্কা লোয়নবা গার্হস্থ্য জীবনগী আদর্শ উৎলি। মধুর, বীর, গার্হস্থ্য রস অহুমসিগী তোঙান্ তোঙান্বা আদর্শ তোঙান্ তোঙান্বা মফমদা উৎলি। হিন্দুশিংনা থোইদোক হেন্দোক্না লুনা নীংজরবা শ্রীকৃষ্ণগী লীলা শান্নফম দ্বারকা হায়বসি গান্ধীজীদি থোইনা লাপ্পা নত্রে। অদুবু বাপুজীগী অরোইবা মিকুপ্তা নাথুরামগী নোংমৈ গুলিগী চৈনানা অরোইবা য়াহিপ তাল্লমদাইদা "হে রাম" হায়না শোল্লম্মি, "হা কৃষ্ণ" শোল্লমদে। শ্রীকৃষ্ণগী উক্ত, পাউতাক শ্রীমদ্ভগবদ-গীতাবুদি বাপুজীনা থাদোক্তনা শাগোল্লবা লাইরিক ওইনা থম্মি অদুগা শিরমদাইদনা "হে রাম" হায়না শিথি। করিগীনো ? হংবা য়াবা, হংফম থোকপা য়াহংনি; অদুবু পাউথুমদি অরায়বা নত্তে। লৈবাক অমগী, জাতি অমগী মপানি হায়না লৌনরবা বাপুজীনা থোক্লবা অমা হেক্তা শোনবা ওইথোক্তে। দার্শনিক অমগী মীৎযেংদগী পীরকপা পাউথুম্না মতীক চাবা পাউথুম ওইফম্ থোকই। দ্বারকাদা শ্রীকৃষ্ণগী গার্হস্থ্য জীবন ( য়ুম্বানব )গী আদর্শ গান্ধীজীনা চপ্ চানা লৌই। বীর রস ( থৌনাফব )গী মায়কৈদা মথুরা অমস্তুং কুরুক্ষেত্রদা শ্রীকৃষ্ণগী আদর্শ ( ফিদম ) হিন্দু মুস্লিম মূরুবা মতমদা বাপুজীগী নওয়াখালি পদ যাত্রানা শেংন তাকই। বৃন্দাবন্দা শ্রীকৃষ্ণগী বিশ্ব প্রেমগী মশক ওইরবা হিংসা পক্রুবা রস অদু বাপুজীনা অচৌ-পিশক খায়দনা জীব পূম্নমকপু, মী পূম্নমকপু নুংশিবা, অথোই অহেন নাইদবা পুকচেলনা ভঙ্গী, হরিজন, মেথরশিংগা লৈমিন্নবা, চামিন্ থকমিন্নবা অদুনা শেংনা উৎলি। পূম্নমক অসী মী অমা ওইনা পোক্লবদি তৌফম থোকপা মথৌ তৌগদবনি, তৌদবা য়াদে হায়বসি গীতাদগী লৌবগা কোম্নবা

মাতু তৌবদা অচুম্বা হায়বা অতুদি ( সত্য হায়বতুদি ) থাদোকপা য়াদে হায়বসি বাপুজীগী য়াখল ওইবতাই হায়না গান্ধী লিটেরেচর, গান্ধী ফিলোসোফি নৈনবা কাওবুনা লৌনৈ। অয়োইবদা গার্হস্থ্য জীবনদা সত্য ঙাক্তুনা চৎথিবা কনানো হায়না থিবা তায়কপদদি আদি কবি বাল্মিকীগী রামায়নদা রামগী চরিত্রদা ময়েক লানা উৎলিবতু বাপুজীনা লৌরম্বা তাই। মী অমা ওইনা পোক্লগা তৌগদবা তৌবা মীওইবগী পুন্সিদি রামায়ণদা রামগী বারীনা খ্বাইদগী অথোইবনি হায়না বাপুজীনসু লৌই, খ্বাই মীয়াম্নসু লৌনরি। মাতুমক্তনা বাপুজীনা ভারতবর্ষসি রাম রাজ্যগী আদর্শদা পান্দন থমম্মি।

গান্ধীগী ধর্ম্ম করিনো? গান্ধী ধর্ম্ম করি চৎলি? গান্ধীগী মত মতুংইন্না ধর্ম্ম হায়বসি করিবু অমসুং কদায়বু কৌবগে? অসিন-চিংবা য়াহং ময়াম অসীগী মরমদা খঙ্নিংবা য়াম্না কল্লা পোকই। মপাম্ছোংগী ওইনা নিয়ম, হৌনবা, চৎনবি থরগা কোম্নবা লৌনরিবা ধর্ম্ম অসী গান্ধীগা কয়া চুনদে। মহাক্কী ধর্ম্মদি অসৌনি হায়বা অমা লৈতে হায়বা য়াই। গান্ধীদি মূর্ত্তি পূজা তৌদে। মাঙোন্দা হিন্দু, মুশ্লিম, খৃষ্টিয়ান খেন্নবা লৈতে। পৃথিবীদা লৈরিবা ধর্ম্মশিং অসীগী হৌরকফম্ অমমম্ লৈবা ঙাক্তনি। অতুগুম্না লোইফমসু লৈবা মশানা তাবনি। হৌরকফম নাইরবনিনা মাতুবু শেম্বিবা অমা লৈফম্ থোকই, অতুগা লোইবা তারবনিনা মাতুবু লোইশিনবা অমসু লৈবা তারকই। মরক মনুং অসীদা লৈরিঙৈসিদসু মাতু শীন্‌বিবা অমা লৈফম্ থোকই। শাস্ত্রগী লোন্দা সৃষ্টি, স্থিতি, প্রলয় হায়নরিবা অসৌনি। পুম্নমক অসী মথন্-মথন্তা ওইরকপদি নত্তবনিনা মথোয় অতুবু শেম্বা, শীনবা শক্তি অমদি লৈফম থোকই। মহাক অতুগীদি হৌরকফম, লোইফম লৈরোই হায়বসি মশানা তাজরে। মাদি অনাদিনি (হৌফম লৈতবনি) আদি অন্ত অনীমক মাগী শক্তিনি। শক্তি অতু পায়রিবা, শক্তি অতুগী মশক ওইরিবা অতুগুম্বা অমতা ঙায়রবা মহাক অতুবুনি গান্ধীনা

থাজনা নীংজৱিবসি ; মাহ ফংননবা হোৎনবগী লম্বীনা মাগী ধর্ম্মনি। ধর্ম্ম হায়হনা হেক লৈৱিবা পূম্নমক অসী অহুগুম্বা অমতা ঙায়বা মহাক অহ য়োনবগীদমক লম্বী অনানবদা চৈগুগী মতেং লৌবগুম্বা ঙাক্তনি। অসুম হায়না গান্ধীজীনা ধর্ম্মগী ৱাফম অসী লৌবগী মওংনি। করিগুম্বা, কনাগুম্বগী ধর্ম্মবু গান্ধীনা তাথীবগী ৱাফম লৈতে। ধর্ম্ম অমবু ওইৱবস্থ অতোপ্পা অমবু ওইৱবস্থ মাহুগী মরু ফংনা থিগৎতুনা নিংলবদি অক্কানি হায়বসি গান্ধীজীগী থাজবনি। অমতা ঙায়বা ঈশ্বর ভগবান মাবু ফংননবা হোৎনবদা মানা মানা পাম্বা, থাজবা, ওইবা য়াবা লম্বী লৌনবতনি। মাহুবু শম্না ধর্ম্ম কৌবতনি।

ৱাহৈগী হৌৱকফম মরু থিরুৱবস্থ ধর্ম্ম হায়বা ৱাহৈ শব্দ ) অসী ধৃ+মন্- ধৃ ধাতুদা মন্ প্রত্যয় তৌৱগা থোকপনি। "ধৃ" হায়বনা পায়বা অমদি লৌবা অর্থ ওইবনা পায়ৱিবহু অমদি লৌৱিবহুবু ধর্ম্ম হায়না খঙনৈ। সাধক, মহাত্মাশিংনা অমথক্তা ওইবা ঈশ্বর ভগবান অসীবু ফংননবা হোৎনবদা মখল মথা অয়াম্বা লম্বী লৌনৱকই। পনথুংফমদি অমতা ওইবা, মাহ য়োননবা চৎপা লম্বীদি মশীং লাক-ঙমদনা লৈবা অহুগা পাঙ্খকনি ঈশ্বর ভক্তিগী লম্বীসি। মাসিদা তোঙাল্লিবদি শম্বা, কোইবা, অচুম্বা ওম্নবা অসীদনি। য়াম্না চাউথ্রবা পোৎশক অমা কনাগুম্বগী মীৎয়েংদা অমুক্তদা লোইনবা মশক পূম্বা উবা ফংবা ঙমদে। মচেৎ অমথক্তা উবা ঙম্মি। মাহুবু কনানা তুম্বক তুম্না, কনানা চুথেক নাইনা কনা অমনা মুনা, ঙৌনা, থীনা, ফজনা, ৱাংনা, ফজনা, থীনা অসুম্না মওং কয়ামুক্তা উবা ফঙি। পোৎ অহ পূম্না উবা ঙম্বদি কনাস্থ ঙমদে। অহুনা মাগী মীৎয়েংদগী লৌৱকপা লম্বী অহুদা মানা চিংবা, মানা হোদোকপা ধর্ম্ম হায়না লৌই। মাহুনা লেঙ্গদবনি, শোয়ভ্রবনি হায়বদি গান্ধীজীনা য়ানিংদে। অহুম্নদি ওইৱগা মতম মতমগী, যুগ যুগকী পোক্লকইবা সাধক মহাত্মাশিংহু ভগবান ঈশ্বরগী ইচ্ছা মতুং ইম্না মতমহুগী, যুগতুগী ইহুল ইৱাংহু

মায়োক্লনবা ভগবাননা শায়োল্লকপনি হায়না শাস্ত্রনা হায়ৱি। অদুদা ঋাক্ষম অমদি মতম অমদা, মতাঙ্ অমদা অচুম্বনি হায়না লৌনৱম্বদু মতম অমদি মতাঙ্ অমদা মাদুগী ওন্ন তৈনবা লাক্তবস্তু নত্তে। অস্তুম তৌনা মতম মতমগী, যুগ যুগকী ওইনা মীগী থাজবা, মীগী ৱাখল অতৎ অথম লৈতনা হোংলি। মাসি কৱি মৱমদগীনো হায়না থিবা মতমদা মীওইবগী বুদ্ধি, জ্ঞান, শক্তি অসী মপুং পুৱা ফাদে (অপূর্ণনি)। মাগী পংথৈ ( লিমিটেশন ) লৈবননি। ঙসি অচুম্বনি, অওইবনি খল্লম্বা, লৌৱম্বদু থৱ লৈৱগা মাদু অমুক চুমদবনি অৱানবনি হায়না লৌনৱকপা পৃথিবী ইতিহাসনা, শাস্ত্রনা উংলি। অসীনা অচুম্বা লম্বীনি, অসীনা লেঙ্দ্রবা ধর্ম্মনি হায়বা অস্তুপ্ য়াম্না থোৱক্লিবসি কৱিদগীনো, অমত্তা ঙায়ফম থোকপা ঈশ্বৱ মশীং কয়া শুফম থোকপগে অস্তুম্না বিচাৱ তৌবদা মীৎয়েং থেম্নবদগী তোঙান্-তোঙান্বা মিঙ্গৌনা খঙ্নবনি হায়বদগী হেন্না অতোপ্পা পল্লেপফম্ পীবা ঙমদে। মাসিদগী গান্ধীজীনা তাৱক্লিবদি অচুম্বা হায়বত্ত তাংদাংবা চপ্ চাবা অৱেপ্পা অমা খঙদবদগী থোকপনি হায়বসিনি। মাসিদগী বাপুজীদা তাৱক্লিবদি "সত্য" অচুম্বা হায়বসিদংদি লেঙ্দ্রবনি, সত্যনা ঈশ্বৱনি, মাবু ফংননবা লম্বীনা মাগী ধর্ম্মনি, মাদু খ্বাইনা সত্য ধর্ম্ম হায়না খঙ্নৱিবসি গান্ধীজীগী ধর্ম্মনি। চুম্নবদি ফজৱে,- ফজৱবদি চুম্লে, অদু ওইৱবদি লেঙদবা হায়বত্ত ওইৱে হায়বসি মহাক্কী ৱাফমনি। অমৱোমদা সত্যম্ শিবম্ সুন্দৱম্" অসী গান্ধীজীগী তত্বনি। গ্রীক্কী সোক্রেটিস হায়বা নিপা অদু মতম অদুদা লৈৱম্বা মীশিংগী মমুংদা ওম্বোক্লা মশক্ থীগ্রবা অমা ওইৱম্মী হায়। অদুবু গান্ধীজীদদি সোক্রেটিস অদু য়াম্না ফজবা মীশক অমনি হায়না লৌই। মৱমদি মহাক অদু অচুম্বতা ঙাঙ্বা, অচুম্বতা তৌবা, অচুম্বগীদমক মথায় থাবা ঙম্বা মী অমা ওইৱম্মি। শম্না হায়ৱবদা সোক্রেটিস অসী অচুম্বা হায়বা গুণ অদুগী মীগী শায়োন্নি। অচুম্বতা ঙাঙ্লবা, তৌৱবা সোক্রেটিসনা গান্ধীজীদা ফজবোইদবগী মৱম লৈতে। মতম মতমগী ওইনা মহাত্মা, সাধক

কয়ানা মথোয়গী লৌচিং মখাদা মীওইবনা শান্তি, মুক্তিগী লম্বী লৌনবদা বাপুজীনা চুমদে হায়বা নত্তে। মতম অতুদা যুগ অতুগী ওক্লনবা ঈশ্বরগী শক্তি খরদং পুরক্লুনা মথৌ পাঙথোকপনি। শক্তিগী শরুক অথোই অহেন মতুং ইন্না থবক পাঙথোকচরম্বনি হায়বা গীতাগী য়াফম্ গান্ধীজীনা য়াদবা নত্তে। তৌবদদি পূর্ণ শক্তি ওইবা (মচেৎ নত্তবা শক্তি) অতুদি মথোয়দা ওইদে। শক্তি পূম্নমক অসী পূল্লবা অতুবু গান্ধীজীনা সত্য কৌই। মী পূম্নমক্কা তাম্নরক্ইবত্নুস্ন অচুম্বা (সত্য) অত্তুতবুনি। অতুবু মমৈথঙ্দা মপু ফাবা, চপ্ চাবা হায়বত্ন ওইরমদবগী য়ানি। নাস্তিক কাঙবুস্নু অচুম্বা হায়বত্নুদি য়াদবা ঙমদে। অচুম্বা হায়বত্ন মথোয়না অতোপ্পা মমিংদা অতোপ্পা মীৎয়েংদা লৌবতনি হায়না গান্ধীজীনা মাগী মত পীরি। মরমদি নাস্তিক্কা ফিরেপ মুন্না য়েংশিল্লবদি মথোয়স্নু সত্যবু থাজদবা লৈতে। লৌবদা (কন্‌সেপসন্দা) ওন্নবতনি। অওইবমক গান্ধীজীগী য়াহৈদা সত্যনা ঈশ্বরনি, ঈশ্বরদি মশক নাইবা নত্তে; মহাক্তি শক্তিনি। অত্তুনদি সত্য (Truth ট্রুথ) অচুম্ববু য়ানিংবা কাঙবুদি, নাস্তিক খঙদে, অমা খঙদে ঈশ্বর থাজদবা মরম চাদে। অতুনা অথোই অহেন নাইনা ফৈ-ফত্তে, ফজে-ফজদে হায়বা পূম্নমক্কী মথক্তা লৈরবা অচুম্বা 'সত্য' হায়বত্ন গান্ধীজীনা মাগী ধর্ম্ম হায়না লৌই। সত্য হায়বত্নমক ঈশ্বরনি অস্নুম্না হায়রি।

ঈশ্বরদি মফম পূম্নমক্তা শীন্‌বা থুংনা লৈ। পৃথিবী, আকাশ, চীং, পাৎ, তুরেল, লম্নহাং-তুহাং মফম পূম্নমক্তা মহাক্না লৈতবা লৈতে। থম্মোই শেংনা ঈশ্বরবু নিংজরবদি ফংদবা লৈতে। মহাক মফম্ অসিমদা লেঙদনা লৈ হায়বা অকক্লবা কনাস্নু হায়বা ঙমদে। মাত্নু ঙম্মম্বা থোক্লবদি ঈশ্বর ফংননবা ধর্ম্ম থিবা, লৌবদা থোইনা অন্নাবা ওইরম্মোইদবনি। মহাদেশ হায়যু, দেশ, প্রদেশ, জেলা, খুল, ইম্মোল, য়ুম মনুং শীনবা থুংনা ঈশ্বর মাবু অমদি মাগী শায়োনবু ঈরাৎ পুজা তৌনরি। মাসিমক্লস্নু ঈশ্বরদি মফম পূম্নমক্তা লৈ হায়বগী মীৎনা

উরবা তশেংলবা প্রমাণ ওইরে। অতুনা ঈশ্বরদি সর্ব্বব্যাপীনি হায়না লাইরিক্লা হায়রি।

ঈশ্বরদি সর্ব্বশক্তিমাননি। মানা তৌবা ঙমদবা লৈতে। লাকঙম ফাঙমদ্রবা জীববু লাকপা ঙম্বা, শোল্লবা জীববু থৌনা পীবা ঙম্বদি ইবুঙো মহাক্তনি। হিংবা, শিবা অসিনচিংবগী মরম ওইরিবা ঈশ্বর মহাক্নি। হৌরকফম, লোইফম নাইরবা তাইবংপান অসিদা হৌরকফম লোইফম লৈতবদি ঈশ্বর মহাক্তনি। সৃষ্টি, স্থিতি, প্রলয়, পোকপা, হিংবা, শিবা অসৌ পুম্নমক্কী মরম ওইরিবা লেঙদ্রবা সত্য ওইতুনা লৈরিবা ইবুঙো মহাক্তনি ধর্ম্মগী মরু ওইরিবা। অস্রুম্না গান্ধীজীনা তাকপিরি।

ঈশ্বরনা খঙদবা লৈতে, হৈতবা লৈতে। পীকপ্রবা তীল্-কাঙ্, কৌজেংদগী হৌরতুনা মহাত্মা, মহাপুরুষ, নিংথৌ, লৈবাক্কী য়ায়েন থৌদাগী শক্তি পায়রিবা পুম্নমক মানা মানা তৌরিবশিংহু ইবুঙো মানা খঙদবা লৈতে। মানা তৌহনবা খুজিল-থৌরাং ঙাক্তনি। হৌথিবা, ওইরিবা, ওইরক্কদবা পুম্নমক ইবুঙো মানা খঙদবা লৈতে। মরম অসিদগী মহাকপু সর্ব্বজ্ঞ ( পুম্নমক খঙবা ) হায়না লৌই। সর্ব্ব শক্তিমান, সর্ব্বজ্ঞ, সর্ব্বব্যাপী—**omnipotent, omniscient, omnipresent** অস্রুম্না খঙনরি।

পৃথিবীগী ইতিহাসনা তাক্লি মাতুদি পঙলবা মী কয়া কয়া মপা লৈতনা শিংবা মীশক ওইথি অতুগা শিংলবনি হায়না খঙবা মী কয়ামুক মখোয়গী অপঙবা মপান্ থোকথি। কল্লবা মী কয়ামুক্কী মপাঙল খঙহৌদনা মাঙথি; মায়থীবা ফংথি। লপাঙল শোল্লবা কয়ানা মায় পাকপা ওইথি। তিং তিং লাউনা লৈরম্বা কয়া পোপ্- পোপ্ তুতুনা শিথি। শিগদৌরবা কয়ানা হিংগৎথি। লায়র-ইনাকখুনবা, অচৌ-পিশক পুম্নমক অসৌ মিকুপ খুদিং, পুংজা খুদিং অরা-মুঙাই য়েম্বোক য়েনছিন তৌতুনা থল ওন্দুনা থম্বগী মতৌ অত

উবা ফংঙি। অসী পূম্নমক অসী মথন্-মথন্তা ওইবা নত্তে; মাহু থোক্লনবা শীনবা ঙম্বা শক্তি লৈবা অমদি লৈবা তাই। মহাক অহুগী মগুণদি মথক্তা পনখিবা সর্ব্বশক্তিমান্, সর্ব্বজ্ঞ অকনুং সর্ব্বব্যাপী হায়বসি ওইবা তারকই; নত্রবদি পূম্নমক অসী উবা, খঙবা শীনবা ঙম্ফম্ থোক্কে। অসীগুম্বা অপূন্বা শক্তি লৈবা মহাক অহুবু ঈশ্বর ভগবান হায়না খঙনরি। অসীগুম্নবা ঈশ্বরবু ফংননবনি হায়হুনা পোকপা শিবা নাইরবা, অবাবা-মুঙাইবা অহাউবা-হাউতবা, মীচঙ-শঙ্গল অসিনচিংবা পাপ হিংসাদগী নাম্থোকপা ঙমদবা সংসারগী মায়া মরক্তা লৈরিবা মখোয় অহুনা পুথোকপা ধর্ম্মনি অমসুং লম্বীনি হায়রিবশিং অহুদা অহোবা লৈরম্মোই হায়বসি গান্ধীজী থাজবা ঙমদে। অপূর্ণ ওইবা অমনা পূর্ণত্ববু খঙবা ওইথোক্তে। অহোবা, অবাৎপা শোয়দনা লৈফম থোকই। মরোল শুনা থোক্রিবা মী অমনা ঙাঙ্-থোরকপদা মপুং ফাদবা, অহোবা, অবাৎপা লৈবগুম্বনি। মী মহাক অহুনা মাগী ধর্ম্ম লম্বীহু মপুং ফারবনি, মাগী রাফম অহুনা ঈশ্বর ফংননবগী শোয়ত্রবা ধর্ম্মনি, লম্বীনি হায়রবদি মহাক্কী মশাদা পূর্ণত্ব, মপুং ফাবা হায়বা গুণ অহু লৈবা তাবনি। অপূর্ণনা পূর্ণত্ববু খঙলে হায়বদি য়ানিংফম থোক্তে। মরমদি পূর্ণত্ত্ব হায়বসি ঈশ্বর মহাক্কগী গুণনি। বিচার অসিগী মতুংইন্না মাগী ধর্ম্ম অহুনা শোয়ত্রবনি, অরেপ্পনি হায়বা তারবদি পৃথিবী অসিদা চৎলিবা ধর্ম্মগী লম্বী মশীং য়াম্লম্মোই। অবাৎপা অহোবা লৈবদগী অমনা অমগী রাফমহু পেন্দহুনা মাগী ওইবা ধর্ম্মনি হায়বা অমা শেমগৎপনি। মানা মানা পুথোকপা শন্দোরকপা ধর্ম্ম অহুনা শোয়ত্রবনি, অরেপ্পনি হায়রবদি অনীগুবা ধর্ম্ম অমা লাকপগী অর্থ লৈতে। অসীনা মরম ওইহুনা জগৎ অসিদা চৎনরিবা ধর্ম্মনি হায়হুনা লৈরিবশিং অসী অহোবা অশোনবা লৈতবা নত্তবদগী গান্ধীজীনা ধর্ম্ম অমদা হেক্তা থাজবা থম্বা ঙমদে হায়বা মত পীরি। বাফম অমদনা কনাগুম্বা ধর্ম্ম প্রবর্ত্তক (ধর্ম্ম শন্দোকপা) অমনা মশাগীতা ওইনদি মাগী মথন্তগী মরম্নাই ওইনা মানা

নীংজবা অমদা চংথিবা য়াই। হুজিক্কী ৱাকমদি থ্বাইগী ওইবনি। পূর্ণত্বনা পূর্ণত্বগী মগুণ থঙবা হায়বসি লেঙত্রবনি। নত্রবদি পূর্ণত্ব অনীগুবা তারকুনা ঈশ্বর অনী গুবগী ৱাকম লাকই। মাহুদি ওই-থোক্কে। মাসিনা তারকপদি মথক্কী মানা মানা থোকপা ধর্ম্ম অমমম্ লম্বী অমমম্ হায়বা অহুদা তারকই। মাহুদনি গান্ধীজীনা য়াম্না কয়া য়ানিংদবা থাজদবা ফোংদোক্লিবসি।

ঈশ্বরগী মফমদা অমাংবা হায়বা জাৎ অমা, অশেংবা হায়বা জাৎ অমগী ৱাফম্ লৈতে। অহুগুম্না অচৌবা-অপীকপা, লায়রবা-ঈনাক থুনবা, অপঙবা-অশিংবা মাঙোন্দা করিমতা থেম্নদে। পূম্নমক মীগী থুৎশেম ঙাক্কনি। মপা মমানা মচাশিংগী মন্নুংদা মীচঙ-শঙ্গল নাইদনা চপ্‌ মান্নবা য়েংবগুম্ ঈশ্বনা মাগী থুৎশেম জীব পূম্নমক্তা মান্নবা মীৎয়েং য়েংঙি। মাগী মাগী শিস্থা, চাকথুং অহু য়েস্থোক্লগা তাইবং ফম্পাক মথক্তা মাগী থুৎশেমগী কুম্মৈ য়েংবনি। মাগী মাগী মথৌগী শরুক তম্লিবহু অচুম্বা পথাপ, নিয়ম মতুংইন্না পাঙথোকপা ঙম্লবদি মাহুনা ঈশ্বর ফংননবগী লম্বী হায়বহু হেক মওইরে। ধর্ম্ম হায়বা অমা অমুক তোঙাম্না লৈতে অস্নম হায়না বাপুজীনা ফুপ্না শন্দোক্লা তাকপিরি।

জীব ওইনা পোক্লবদি মথৌ তৌগদবনি। মীওইবগী মন্নুংদদি মথৌ অহু তৌবদা সত্য ( অচুম্বা ) হায়বহু য়েংহুনা, থন্দুনা তৌগনি। মাহু তৌবদা থৌনা ফগদবনি। অকিবা থাদোক্কদবনি। অথাঙ্‌-কনবা অমা ওইদবা য়াদে। সত্যগীদমক, অচুম্বগীদমক শিবা তারবা ফাওবদা থবায় পাম্মুরোইদবনি। অহুগা সত্য ঙাক্লনবা অমস্নুং সত্যবু, অচুম্ববু ফংননবা হোৎনবদা হিংসাগী থবক তৌরোইদবনি, হিংসাগী পান্বৈ লৌরোইদবনি। হিংসা হায়রগা জীববু, হাৎপা হায়বা অপোবা অর্থ ওইনতা লৌরোইদবনি। জীবদা ওৎপা-নৈবা, মুংঙাইত্তনবা তৌবা অসীনচিংবন্সু হিংসাগী মন্নুং চন্নবনি। মাসিনা তারক্লিবদি

জীবদা মুংঙাইতবা পীরোই হায়না! খল্লবদি ঈশাদা ফাওরকপা হিংসাগী রাখল অদু ফাথনবা পুক্লিং ফাবা ওস্বা হায়বসি লৈতবা য়াদে। মাসিবু গান্ধীজীনা মাহাক্কী থাঙ্ছৈবা, থাঙবা ওস্বা (সহিষ্ণুতা—Tolerance। খ্বাইদগী থোইদোক হেন্দোকপা গুণ অমনি হায়না লৌই। টোলেরেন্স, থাঙবা কনবা হায়বা অসীবু লৈত্রবদি পুং থূদিং, মীকুপ থূদিং, খৎননিঙাই, যা থোকনিঙাই ঙাক্তেনি। অদুনা সত্যবু তাম্নরকপদা হিংসা য়াওবা য়াদে। মরম অসিদগী পুন্নমক অসীগী মরু ওইনা লৈরিবা অহিংসা নীতিবু গান্ধীজীনা অথোইবা থূৎলাই ওইনা শীজিন্নৈ।

ঈশ্বর হায়বসি মীওওইবগী ইন্দ্রিশিংনা হকৃথেংননা খঙবা ওস্বা নত্তে। মীৎনা উবা ফংদে, নাকোংনা মাগী বা তাবা ফংদে। ঈশ্বরবু থেংনবদা অস্তুম তৌই হায়বা ঙমদে। ঈশ্বরদি ম্নাঙভি চাউই, শাংভি, ঙৌই, মুই, ফজৈ, ফজদে কনা অমতনা হায়বা ওস্বা নত্তে। শুপ্নগী ঐগী থম্মোইদা অস্নুম্না ফাওই হায়বদগী হেন্না কনা অমতনা ঈশ্বরগী মওং মতৌ, শকওং শকফম হায়বা ঙমগনি হায়বসি গান্ধীজীনা থাজবা ঙমদে। ঈশ্বরদি মাগী থূংশেম জীবশিংনা মানা মানা পাম্বা, মানা মানা নীংবা মতুং ইন্না ওইরুবতনি। অমবোমদা মাগী মপান, ঙমথৈ লৈত্রবা শক্তি, জ্ঞানগী পরমানু ( Molecule ) দগীসু শরুক কোটি কোটি পীকপ্রবা কলাশিংনা শেম্বনি হায়বদু খঙলবতদা মাবু (ঈশ্বরবু ) মুংশিবা ভক্তি, প্রেম লৈ হায়না ইবুঙো মাবু ফংননবা হোৎনবগী লম্বী ওই। মাদু মহাক অদুগী ধর্ম্মনি। অম্মুন্না ব্যাখ্যা অমসু গান্ধীজীনা পীরি।

তাইবংপান অসীবু জীব পুন্নমকপু শেম্লিবা ইবুঙো মাবু বিশ্বসৃষ্টি কর্ত্তাবু ফংগে হায়বদি মাগী জীবশিংবু মুংশিবা তাই। মাগী থূৎশেমবু মুংশিত্রবদি ঈশ্বরবু, মুংশি, ঈশ্বর ভক্তি লৈ হায়বা য়ারক্তে। শম্না হায়ররবদা বিশ্বপ্রেম হায়বদু মাবু নীংবা কাঙবুদা লৈবা তাই হায়বসি

গান্ধীজীনা থাজবনি। জীববু মুংশিন্ত্রবা মীনা ঈশ্বর ভক্তি লৈ হায়বসিদি তায়োম্নরবা য়াফমনি। মীরমলেন্দস্থ, লাইরমলেন্দস্থ থাজনিঙাই ওইদে হায়না বাপুজীনা অমুকস্থ পল্লি।

বিশ্বপ্রেম ( ইউনিভর্সেল লভ্—Universal Love ) হায়বসি ঈশ্বর নীংবগী অচৌবা লম্বা অমনি। বিশ্বপ্রেম লৈবা তারবদি অচৌপিশক, নিংথৌ পুম্নমক্কা মান্নবা মীৎয়েং লৈবা তাবনি। মাস্থ মীনি, ঐস্থ মীনি, নিংথৌস্থ মীনি, হরিজনস্থ মীনি। অদুনা নিংথৌদগী হরিজন ফাওবা চপ মান্নবা মীৎয়েংদা থমগদবনি। প্রেম অসী ফংননবগীদমক্তি ভক্তি য়াওদবা য়াদে। ভক্তিগী পান্থৈনা প্রেম ফংগনি হায়বসিদি য়েংনবা লৈতনা য়ানরবা য়াফমনি। আইন্না ঈশ্বর ফংবা ঙমদে। মাদুনা করিগুম্বা ওইবা য়াবা থোক্লমবদি জগৎকী আইন খণ্ড্রবা হৈত্রবা মীগী পুন্সি য়ারীশিং অসী অতোপ্পা মওং অমা ওইরমগনি। প্রেম, ভক্তি, ধর্ম্মগী লাইরিকশিং নৈনবগী মহুত্তা আইন ঙাক্তা নৈনরমগনি অমস্তুং তম্নরমগদবনি। বিচারপতি কয়া, পুলিশ কর্ম্মচারী অচৌবা কয়া তীর্থশিংদা মরু কোকথোক্তুনা মমীৎ উইশিন্দুনা লৈরিবশিং অসীগী উদ্দেশ্য অতোপ্পা মওংদা লৌনবা তারকই।

অচুম্বা হায়বনা অমনি। আইন হায়বনা অতোপ্পা অমনি। য়াঙাঙ্ হৈত্রবদি অচুম্বদু অরানবা ওইনা লৌই। মাদুগী খুদোংচাববুদি মরক মরক্তা আইন্না লৌই। অদুনা আইন্না লেপ্লবদি অচুম্বা হায়বদু হেক্তা ওইরে হায়না লেপ্পদি চুমদে। কনা কনাগুম্বা বিচারপতিনা মাগী থম্মোইনদি য়াদবা ( conscience ) অদুম্নদি ওইরগা আইনগী মতুংইন্নদি য়াদবা ঙমন্ত্রবা মতাং লাক্তবা নত্তে। অমনা লাইরমলেনগীনি অমনা মীরমলেনগীনি। অসীনা মরম ওইদুনা অচুম্বা কয়া অরানবা ওইখি; অরানবা কয়া অচুম্বা ওইখি। মাসি উদ-খণ্ডনদবা নত্তে। বারিষ্টর অমা ওইরবা বাপুজীনা মুমিৎ খুদিংগী উপাসনা ( Prayer ), লাই থৌরুম্বা হায়বা নীতি অমা কায়দনা তৌখিবদু মরম

লৈতবা নত্তে, অর্থ লৈতবা নত্তে . রাক্ষম, মরমসি লৈবদগীনি হায়বসি মশানা তারে।

জীব পূম্নমক্কী মফমদা মুংশিবা ( বিশ্বপ্রেম ) হায়বহ্ লৈগে, থমগে হায়রবদি জীবগী মপুক্লিং থঙবা ভাই। কনানা করি পাম্মি, কনাগী করি থাংলি অসী পূম্নমক থঙদবা য়াদে। চুম্না ফমহ্না লৈবনদি মাহ্ পূম্নমক থঙবা ঙম্বা ওইথোক্কে। মাহ্ কোক্লনবা হোংনবসু ফমহ্না লৈবনদি ওইথোক্কে। মরম অসিদগী গান্ধীজীনা রাজনীতি ক্ষেত্রদা খোঙদারকপনি। বাপুজীগী রাজনীতি অর্থ লৈবা রাজনীতিনি হায়বসি উরে।

ঈশ্বর ভক্তিগী মরু ওইবদি থাজবা ( Faith ) হায়বা অসীনি। থাজবা লৈত্রবদি ভক্তিগী লম্বীদা অকায়বা ওই। অহ্নগা মাহ্মক্না (অকায়বা অহ্না) ঈশ্বরবু থাজদবদি ওইথোক্কে। গান্ধীজীনা মূর্ত্তি পূজা তৌবা থাজদবদি নত্তে। মাহ্না মহাক মশাগীদি করিগুম্বা অনৌবা ভাব অমা লাকহনবা ঙমদে। মাসিনা ইকান্ কাম্নদবদি নত্তে। মাসি মীওইবগী হৌনশাক্টি শরুক অমনি। অহ্নগা মাহ্মক্না পূর্ণাংশ ওইরবা ঈশ্বর ভগবান থঙননবা অমসুং ফংননবগী মরমনি হায়না লৌবদি য়াদে হায়বসি গান্ধীজীগী ধর্ম্মগী লেঙত্রবা মতনি।

"হে ইবুঙো! ঐঙোন্দা থাজবা ( বিশ্বাস ) হায়বহ্ পীনবিয়ু" হায়বসি বাপুজীগী অহিং মুংথিল অনীদা তত্তনা নিজবা প্রার্থনানি। মরমদি চিংনবা হায়বা অসী অরাংপা অমনি, বিশ্বাসকী শক্তি থাংপদগী থোকপনি। থাজবা লৈরবদি মফম খুদিংদা থৌনা ফবা ঙম্মি। থৌনা ফরবদি, থৌনা লৈরবদি থবক পূম্নমক পাঙবা ঙম্মি। পীক্ত পীকপ্রবা থবক্তগী হৌনা ঈশ্বরবু ফংননবা তান্নবা ফাওবদা থৌনা ফবা হায়বসি লৈতবা য়াদে।

ঈশ্বরগী মীৎয়েংদা মী পূম্নমক চপ মান্নে। ঈশ্বরগী মফমদা কনানা কনাদগী হেল্লি অমদি রাংলি হায়বা লৈতে। অহ্না পাপী

সাধু মাঙোন্দা চপ মান্নে। মীওইবনা মশাগী মনমৃগন্ মশানা উবা ফংদবগুম মশাগী অশোয়বা মশানা খংবা ঙমজদে। অদুনা ঐনা মাঙোন্দগী হেল্লি-ৱাংলি হায়বসি অপঙবা মপান্ থোকপনি। বাপুজীগী ৱাফম অসীনা মী হায়বা অসীগী মশাদা অৱাংপা অশোনবা লৈতে হায়বা অমত য়াওবা হৌনদে, নত্রবদি মাঙোন্দা পূর্ণত্ব হায়বদু লৈগদবনি, মাদুমক্তি ওইথোক্তে হায়বা ভাব অদু পীবিরি।

তৌফম থোকপা থবক পুম্নমক তৌগনি। মাদুদগী থোরক্কদবা অফবা, ফত্তবা মহৈ পুম্নমক ঈশ্বরদা শিন্নগদবনি, মহাক্কী মনীংনি, ইচ্ছানি হায়বসি বাপুজীনা য়াম্না চেৎনা থাজে। গীতা শাস্ত্রগী মতুং ইন্না কর্ম্ম ফল থাদোকউ হায়বা ৱাফম্ অসী গান্ধীজীগী পুন্সিদা থাদোকপা লৈতনা কোন্নত্তুনা লৈরবা নীংজবনি।

ঈশানা ঈশাগী ভাগ্য শেমগদবনি খরগীমথৈ চুম্নবসু মাদুমক্না চুম্নে হায়বদি ঙমদে হায়না বাপুজীনা তাকপির। মরমদি মহাশক্তি অমনা ঐখোয়গী সংকল্প (তৌগদবা পুন্সিগী থৌরম্ পরেং) ময়ামদুগী মথক্তা য়েংদুনা লৈরি। মহাক অদুনা ঐখোয়গী সঙ্কল্প অদুগী মতীক চাবা শক্তিসু পীরি। অদুগুম্বা শক্তি অদুবু অল্লাহ, খোদা অমাদি ঈশ্বর হায়না তোঙানবা মিংদা মানা মানা পাম্বা মতুংইন্না কৌরুবতনি। মমিং তোঙাল্লবসু শক্তিদুদি অমতনি। অসীগুম্নবা শক্তি অসীগী মম্নুংদা "সত্য" হায়বসি মতম চুপ্পদা লেঙদনা লৈ।

গান্ধীজীনা হায়—মরৈবাক ভারতবর্ষগীদমক ৱাফম অনীথক্তং নত্তুনা মানা থাদোকপা ঙম্মোইদবা লৈতে। অনী অদুদি "সত্য" অমসুং "অহিংসা" অসীনি। গান্ধীজীদা সত্যনা ধর্ম্মনি, অদুগা অহিংসা নত্তুনা সত্য ফংননবা উপায় (পান্থৈ) লৈতে। গান্ধীজীনা থাজে মাদুদি সত্যবু থাদোকপা ঙম্নবা মী মহাক অদুদি মরৈবাক অমসুং মাগী নক্লগ্রবা ধারা নালা থাইনবদা থোইদোক্না অৱাবা ওইরোই।

# “রারী-লাইরিক অমসুং সাহিত্য-সমাজ”

থায়নঙৈদগী হৌরদুনা অরিবা রারী লাইরিক্লুচিংবদা য়াওরিবা মীশক কাঙবু অমবু য়াম্না মুংশিনা। থল্লি অদুগা অতোপ্পা থর অমবুনা য়েংথিনা অমসুং তুক্কচনা তৌই। রারী মপুংদা লৈজবা অদুদগী রারী ইবা কাঙবুনা থর অমুক শেমগৎলে। অমুববুনা অমুক হেন্না মুনা শঙজিল্লে; অঙৌববুনা হেন্না ঙৌনা শূদোকই। অদুগী মথক্তা রারী লীরিবা মীশিংনা অমুকস্থু লৈশি-লৈথোন হাপকৎলকপা অদুনা মমৈ-থঙদদি তারীবা মীশিংনা অতাক্ অফোংননা রারীনি হায়বা অতাক্লনা তাক্লকৃপা মতাং য়ৌরকৃই। মীচঙ্ শংগল ময়েক শেংলকই মাসি চংনরকপগী মতুং অস্নুম্ ইল্লকৃপনা হুজিক ফাওবা পন্থিং অদুদগী থোইদা চোইথোক্কে। যুক্তি বিচারগী মমি কল্লা তাদে। মতৌ অসুম ঙৌনা চেল্লকইবা সাহিত্য অমসুং সাহিত্যগী ঈচেল অসী মতমগা চুনরক্কবা অমা ময়েক শেংনা থোরক্লে। মায়কৈ অয়াম্বদা অহোংবা উরবস্থু অসোমদদি অহোংবা শক্ফম্ উদে, অদুগী অদু ওইদুনা অদুম মরৈরি। মতমগী মতুং ইম্না সাহিত্য অমসুং সমাজগী মীৎয়েং হোংবসি মতম ওইবদগী হেন্দোকপ্রবনি। অহোংবা নাইরবা তাইবংপান অসিগী য়া ওন্দা মায়কৈ অশোমদা হোংবা নাইদবসি করিগীনো হায়বসি বাহংনি। লমচৎ-শাজৎ, রাথল-মীৎয়েং হোংবা তারবনি।

হীরম অমদা, বাফম্ অমদা মীৎয়েং চঙলকপা মত্তমদা হকৃথেংননা মীৎনা উহৌরবা নাকোংনা তাহৌরবা থৌদোক থরবু মাঙদা থারগা থম্ন-নৈনববদি ময়েক শেংনা থঙবা ঙম্মি। কিশি কিদুনা, পাথোং চন্দুনা চৎপবুদি কিশি থোক্তুনা, পাথোং ফোঙদুনা চৎপনা সমাজ সংস্কার অমসুং সাহিত্যগী মচাক পীবদা থুদোংচাবা হেল্লি। হুজিক্ মতমগী মুংশিং মতুং ইম্না চৎলবস্থু থুনা লায়না থঙননবা হোৎনবা হায়বসি অথোইবা বাফম অমা ওইরি। অশাংবা বারীনচিংবগী মহুত্তা

অতেনবা রারীনা শিন্দুনা চপ্ চানা জ্ঞান পীবা য়াবা মরোং লৌখৎনরক্লি। রারেং অসীগী মাগু থানা থোদোক অমা অনিদংনা খুদম ওইনা রামাঙ য়ানবা ওইনা হৌগৎপা পাম্মি।

ঙসিদগী চহী ৬০ রোমগী মমাঙ্গী রানি। অচোবা মাগুব অমদা রারী তারম্মি। রারী তাবা হায়বসি অহল-লমন্ লাইগুরুগী হাক্তক্তগী হৌনা য়াম্না কন্না চৎনরম্মি। হুজিকস্তু খর অতুম মতৌরি। পোয়মুগী লৌরোক শীংজন লোইরতুনা চান-থক্লবা পৈশিন্নবা লোইরগা শজিবু কালেনগী মুংশা খাঙ্বস্তু ওইনা পোথাবগী মঙং ওইনা চৎনরকই। রারী লীরম্মিবা ওজাতু তম্ফাজাও কৌই, বামোম্নি। খ্বাইনা ঐজ্ঞা, ঐজ্ঞা তম্ফাজাউ হায়না খঙনৈ। শঙ্গাইদি খোংমন্দনি। হুকচাং চাউই, কুচু মুই, য়েংবদা অয়েকপা সাধক লাইতীন্ মাল্লি। ঐজ্ঞাদি লাপ্না শাংনা খোঙ্না লেঙবা ঙমদে। তোর্ব্বান্দগী লৈঙোইনচিংবা হোন্নবা উপু চন্বা ঠেলা গাড়ীগুম্বা অমদা লেঙ্শিন্নগা সেবক মচা-শিংনা রারী লীফম তান্না থোগল তৌই। খুনেৎ ওইরিবা গাড়ী অতুনে, ঐজ্ঞাগী কুচু-কুমেন, মীওই মুক্তি অতুগা হেক য়েংবদা অঙাংশিং অউবনা মৈতাল বোরা হায়না করেম্নৈ। অস্তুম্না ওইরিবা ঐজ্ঞা, অসীনা রারী লীবনা ফম্বা (আসন) খুদা অতুদা হেক লেঙশিনখিবদা ওস্থোক্পা গুণ হেক্ উবা ফঙভি। মতম অতুগী খ্বাই পুম্নমক্লা ইকাই খুম্নফম্ ওইরবা মীপা অনা ওইরম্মি। মহাক্লা কৌরকপা, খুম্মকপা, ঙাঙথোক্-শক্তোরক্পা খুদিংদা মী-মী মহাক-মহাক অতুম হেক্তা ওইরবা অতুগুম্বা গুণ চেল্লবা নীপানি।

রারী হৌরে। রারীদি? মহাভারতনি। মতাংদি? দুর্য্যোধন্না ভীষ্মদা অর্জ্জুন হাৎপিয়ু হায়না তক্লবা মতাংনি। দুর্য্যোধন্না হায়— ইবুধৌ অর্জ্জুন হাৎপিয়ু। ভীষ্মনা খুম্মি "মহারাজস্তু ঈশ্বনি, অর্জ্জুনস্তু ঈশ্বনি।" ইবুধৌ হাৎপিদবা য়াদে, হাৎপিয়ু। মহারাজা, শ্রীকৃষ্ণনা উকল্ ওইরিবা অর্জ্জুন্নি, হাৎপা য়ারোই। অতু অদা খঙদে ইবুধৌ

অৰ্জ্জুন হাৎপিদবা য়াদে হায়না গৃ গৃ তকশিল্লকপা মতাঙ্ অহুদা মমাঙগী ফক্ পরেংদা চিথেক কাচিন ওইরপ তৌনা ফম্বা মীয়ায় চনবদগী লৈশিল্লকুনা অহল ওইরক্লবা নীপা অমনা মোক্তা ফুরিৎ খূদাং তাখত্তুনা "হেয়া" হায়না খুরুখুদক কুন্দুনা হৌগৎলকই। ৱারী লীবা নীপা অহুনা অসুপ্‌কী মতীক্ মতৌ মান্না লীথ্রে, ওইদা ওইরবোই হেক নীংহনবা ঙম্মি। তারিবত্তুসু অসুপকী মতীক পুক্লিং খোয়জংনা তাথ্রে, অৰ্জ্জুন হাৎপিয়ু হায়বা দুর্য্যোধনগী অনম্ অহা কনবা ৱাফমৃতু তাবদা খাঙঙমৃদে।

মতাং অমদা গৌহাটি মণিপুরী রাজবাড়ী (মণিপুর বস্তি) হায়বা মফম অহুদা মহাভারত ৱারী তারম্মি। মতাঙদি মহাভারত লান লোইশিল্লকপগী মতাংদা ভীমগা দুর্য্যোধনগা অনীগী গদা যুদ্ধনি। দুর্য্যোথনগী উরুভঙ্গগী মতাংদা খম্ থেংবা তাঙ্গানি। বলদেবনা গদাগী নিয়ম য়েংলি। হুজিক্কী মতমদা অম্পায়ার বায়বত্তুনি। ৱারীগী মতাঙ্ য়ৈনা ৱারী লৈরিবা ওজাগী চান্দোল-লৈতোলসু য়াম্না খপচিন্না লীথরকই। ৱাহৈ শীজিন্নফম, তান-.মন মাত্রা চানা চানা খুবাক্লা খুত্তুম্না মোন্দা থারকপা, ঈঙ্গিত্তনা থৌদৌ মশক তাক্লবা মতমনি। অনীমক্কী গদাবাক্কী ৱারী মতাঙত্তু তাবদা অঙকপা ফংনা মুঙাইবা পোকহল্লি। চোংথোকপা মাম্লে, চোংশিনবা মান্নে। য়েক্তা লৈবা, ওয়দা লৈবা চপ্‌ চপ্‌ মান্নে। চোংখৎপা মান্নে, তারকপা মান্নে। অসুম্না অনীগী লানফম প্রেং-প্রেং লীথরকপনা অমনা অমগী অকোম্বা অহোবা খজিক্কুং ফংনবা য়েংনরকপা মতাঙদা দুর্য্যোধনগী অহোবা তাঙ্গাগী শরক্তা নিয়ম হাইরপ্তি কায়না অৰ্জ্জুনগী ঈঙ্গিত্তগী ভীমনা দুর্য্যোধনগী ফৈগল পোপ্‌ লাউনা য়ৈথেকপদা দুর্য্যোধন উজাউ তুরকপগুম লৈমায়দা হাইথখি। হায়রিবসি হায়বা লোইরম্ লোই-ফাব্রিভৈদা মতম অহুগী রাজবাড়ীগী এজেন্ট ওইরম্বা মোইরাংথেম শেঙ্গোই (মোইরাং শেঙ্গোই) না অমুক্তা য়ৈথেকহল্লু হায়না কম্না লাউরকখি। মতাংসি অরীবসু, অতাবসু শ্বর থিংহুনা লীবা তাবা

মতাংনি। দুর্য্যোধনগী চক্রী ময়াম অহুগী লমন খুম্বা অসী তারিবা ভাবোকশিংনা পাম্মি। ভীম গদাযুদ্ধ নিয়ম কায় হায়না বলদেবনা য়েৎলবসু শ্রীকৃষ্ণনা মীচঙ্ ওইরিবা নাকপাক অহুনা লান জয় ওইখি। অশিবতা মাঙজবা হায়বসি দুজিক্ত নত্তনা থাইনসু অহুম অহুম মতৌরম্মি হায়বসি উরে। দুর্য্যোধন অমুক হিংত্রে। অহুম লোইদ্রে। লানসু লোইদ্রে। মতৌ অসুম তৌরহুন। ঐখোয় মৈতৈ জাতিগীতা নত্তনা হিন্দু জাতিগী সাহিত্যশিংগী মমুংদসু মীচং শঙ্গল নাইবা খুৎই ফঙডি। নিংথৌ খুভমদা, শক্তি পায়বশিংদা য়ৈথায়-থিঙ্গাই লৈতনবা, হেন্না পাক-চাউনা শক্তি শীজিন্ননবা, মুঙাইবগী মথক্তা অমুকসু হেন্না মুঙাই-ননবা হোৎনবসি মীওইবগী হৌনশা ওইরবা, দুজিক্তগী নত্তনা লাই হাক্তক্তী চৎনরকইবসি দুর্য্যোধনগীসু মাহু লৈতবা নত্তে হায়বসি শোগত্তুনা ইবা লেখকশিংগী মশীং য়াম্না তাঙডি। মাসিনি বারী অমসুং লাইরিক্তী ইথিলনা সাহিত্য অমসুং সমাজদা পীররিবসি।

মণিপুরদা সায়েপ্পা পাল্লিডৈ রারীনি। মণিপুরদা বড় সায়েপ ওইরম্বা অমগী হাক্তক্তী বানি। সায়েপ অসী মৈতৈরোন থঙডি। নোংমা বড় সায়েপ অসীনা মৈতৈগী পেনা ঈশৈ তারম্মি। মোইরাং কংলৈরোনগী শামু খোঙ য়েৎপগী মতাংনি। শামু খোঙ্ য়েৎপা হায়রগা থম্বৰু মোইরাং খোরী কৈথেনগী মুঙ্গাই চেগাই মথক্তা অহিং তাংলৌ অথেঙ্বদা চীঙথুবা যুবরাজগা নোংবান কোংয়ানবগা অনী লৌতুনহুনা থম্বৰু শামু খোঙদা পুল্লগা চিংহুনা হাৎননবগী থৌরাংবহুৰু থঙনৈ। পেনা শক্লিবনা অফাওবা ওজা হৈক্রুজম তোনানি। খাইনা হৈক্রুজাম্বা হায়না অহুম মথঙনরে। মী অমা খাইনা নিংথিনা মশক হেক মথঙনরবদি ফম্ অমদি শাগৈনা অহুম্ মাহাকপু শিল্লে। দুজিক্তী তোংত্রা হায়রগা তোংত্রম গীতচন্দ্র থঙনবগুম থায়নগী পাউন', চোংথা, থাঙ্গাল অসুম হায়না মতম মতমহুগী মীশকশিংবু থঙনবগুম হৈক্রুজাম্বসু অহুগুম্বা মীশক অমা ওইরম্মি। মশানা মশাবু হেক্তা হায়জিন্বা

নত্তে। মশানা মশাবু মহাক অকাওবনি হায়বস্থ হৌনদে, হৌন-লমচৎকী ন্নাংম ওইনস্থ থোকই। ওজা হৈক্রুজাম্বগী মগুণ চাং য়েংলকপদা নোংমা ওজা অসীবু মমাঙদা ফম্বা ভাবোক কপ্ হল্লু, তুংদা লৈবা ভাবোক নোকহল্লু হায়বা ওন্থোকপা সায়েপ্কী মী চাংয়েং অমা তৌরম্মি। পাইরক্কী বুদ্ধি লৈতবা ওজা ওইরমদে। ঈশৈ হৌরে। মতা'ঙ্হ শামু থোঙয়েংপগী মতাংনি। ওজানা হীকথঙ্গনা শামু থোঙ্-য়েংপদা মাঙদা ফম্মিবশিংঙ্গ শুৎ-শুৎ কপই। তুংলোমদদি ওজাগী ফৈজোমঙ্গ কোম্লপ থারগা নাম্মৈ থাদোক্লনা য়েংবদা বিকার কায়বা উবদা ফম্মিবা ভাবোকশি'ঙ্গ ঈশৈগী মতাঙঙ্গ ঙাইহাক কাউথোকপগুম্ তৌঙ্গনা থীক্ থীক্ নোকখি। মাঙ্গ উবদা সায়েপ্না "হৈক্রুজাম্বা নঙ্ ম্নাম্না হৈরে" হায়রঙ্গনা মনা মথিন্ ফংখিবা ওজানি। অঙ্গদা শকখিবা ঈশৈ মতাংগী বানি। শক্লিবা ওজানগা মতমঙ্গগী অফাওবা অমা ওইবগা, বারীগী পরিংদা শৈশক্কী খোলহেক খোল হায়না ইনশিল্লকপা মতাঙদা পেনা যন্ত্রনা অমুক মতেং পাংশিল্লকপদি অতাবা কনাগী থম্মোই শোক্লবা ঙমদ্রবা মতাংনি :

"অহিং তাংলৌ অথেঙ্বদা, মোইরাং খোরী কৈথেন্দা খুমন অমুদোন নোংয়াই খম্ববু শামু থোঙ্দা য়েং, লাঙ্গোই খোঙদা পুন্ উপ্না তারে উপ্না চিং, লোংনা তারে লোংনা চিং, ঈঙাঙ্ পাক্তক্লরে ইমু পাম্ফেম্নরে" হায়না হৈক্রুজাম্বা ওজানা হীক্থরঙ্গনা শক্লকপা তাবদা সায়েপ অঙ্গ মীকুপ অমগী ওইনা কুইরবা ন্নারীনি হায়বা হেক কাউথোকখিঙ্গনা "চপ্রাসী, নোংবান কৌরো" হায়না হায়খি হায়বসি বারীনৈ। মতৌ অস্থম্না বারীগী মতাংনা, কলাকার, অশৈবা অমদগী লেখক্কী মগুম্না বারীনি হায়বা কাউহনবা ঙম্মি। সায়েপ অঙ্গনা খম্বা-নোংবান্গী বায়েন তৌনিঙঙি। মীবোন অমগী মথক্কী ন্নারীনি। চহী লীশিং অমগী মম্লুংদা থোকখিবা থৌদোকপু হুজিক থোক্পা থৌদোকুম্ তাহনবা, খলহনবা ঙম্বনি। অঙ্গনা অরিবা বারী, লাইরিকনা সমাজ অমস্থং সাহিত্যদা পীবা অকনৃবা প্রভাব অসী উরে।

মতৌ অসুম তৌরদুনা থোকপ্রবা থৌদোক্ কয়াগী রারীশিং অসীগী রাফমসি থায়নগী মীৎয়েংদগী হুজিক ফাওবা কন্নিমতা হোংবা লৈতনা অদুগী অদু অদুম্ ওইনা লৈরি। তম্বগী মরু ওইবদি আদর্শ জীবন (তমজনিঙাই ওইবা পুন্সি) অমসুং থৌদোকশিংনা ঐখোয় ঈশাগী পুন্সি লম্বী মায়কৈ লেপ্পা ঙম্মনবা মঙাল্ থিবনি। অরিবা রারীদি লায়ওইরবা মীনা লীরম্বনি, অরিবা লাইরিক লাই ওইরবা মীনা ইরম্বনি। লৌবা হৈত্রবদি তায়োম্নথিদুনা থক-খা ওম্নবা পুন্সি অমা ওইরকই। রামায়ণ অমসুং মহাভারত ভারতবর্ষগী সাহিত্যশিংগী মচাক লৌকম্নি। রামায়ণ ত্রেতা যুগকী রারীনি, মহাভারতনা দ্বাপর যুগকী রারীনি। যুগ অমা মমাঙ থাথিবা মরম্না রামায়ণগী রাফম মহাভারতকী মতাং থরদা পল্লি। মহাভারতকী মমুংদা রারী মশা মচা কয়ামুক য়াওই। মাদুনা সাহিত্যদা মচাক পীবা য়াম্না হেল্লি। মরম অসিদগী মীরৈবাক্কী পণ্ডিতশিংনা "Mahabharat is the Encyclopedea of Indian Literature" অসুম্না হায়। রামায়ণদি মীরোনগী লমচৎ (ব্যবহার) না থল্লবা গার্হস্থ্য জীবনগী লাইরিকনি। অদুগা মাসিমক্তি ঐখোয়না কদায় ফাওবা য়েংনা শেংনা থিজিল্লবগে হায়বা অদুদি ঐখোয়গী সাহিত্যনা অদুম উৎলি। রামায়ণদগী খঙ্বদি নিংথৌ দশরথ সত্য নীংবা, রাশক চেৎপা নীপা অমনি। অদুঙৈ লাইগা হিংচাবগা লান শোক্লবা মতমদা লাইয়াম্না দশরথদা লানবাংবিয়ু হায়জরে। দশরথ লান য়াওরুই। লান্দি ঙম্মি অদুবু দশরথ মহারাজসু সম্বর হিংচাবগী খুৎলাইনা থর শোকখি। অশোকপসিগী লায়কল্লবা মতমদা কৈকেয়ীনা তৌবা সেবাদু পেন-খিদুনা দশরথনা কৈকেয়ীদা বর অনীথক নিজৌ হায়না তাকপিখি। মতম অমদা নিজগে হায়না কৈকেয়ীনা বরগী রাশক অদু য়োক্তুনা থমখি। মাদুদগী থোক্লরিবদি দশরথনা নিংথৌ খুবম্ থাদোকনিংলদুনা রামদা সিংহাসন শিন্নরগে হায়না রামগী রাজ অভিষেক্কী মতমদা কৈকেয়ীনা বর অনীদু নিরকই। ভুংদা করি থোক্লগদগে হায়বা

ৰাৎনগী লম্বী খুরপ উৎতুনা মুপী অমগী মফমদা পেল্লেদো হায়হুনা অমতস্মু নত্তনা বর অনীৎকপু নিজৌ হায়না হেক্তা তাকপিবা অচম্বা ৰাৎন্দদি দশরথকী রাৎন খরতা নত্তনা য়াম্না থেনগ্রবা অমা ওইনা থোকই। অহুবু মাসি লোকশিক্ষাগীদমকৃনি হায়না লৌবা তাবনি। অহুম্নদি ওইরগা ভাইবং মীওইবগী মরক্তা মীচম খরগী মনুংদদি মাসি-গুম্বসি ভত্তদা থোক্লিবনি। ভাইহাক্তংগীদমক অপেনবা হায়বহু ওইরিভৈদা তুংদা করি থোক্লগদগে হায়বা খঙদনা থবক্তা খুৎ থাবা য়াম্না সাধারণ ওইবা রাফম্লি। খূরবা মীৎয়েংদা অসোমদদি দশরথকী লীচত্তা রায়েন চঙ্নিঙাই ওই। অহুবু অহুপ. চাউরবা নিংথৌগী লীচৎ-শাজৎ অহুদগী খঙজসমু, তমজসমু হায়হুনা লাই ওইরবা নিংথৌনা আদর্শ জীবনগী খূদম ওই। যুক্তি বিচার শোল্লবদি অমদি শোলহৌবদগী থরায় ফাওবা মাঙবা য়াবগী লম্বী ওইরকই হায়বগী অরংবা খূদম অমা উরে। ঐথোয় তাইবং মীওইবগী পুন্সিদসু অহু মঙায়। ভাইহাক্নী পেন্‌বা, ভাইশাক্নী মুভাইবদা খূৎ অনী থারুবনা তুংদা কয়া অবা-অনা নংবগে হায়বা খূদম থিবদা রাবা নত্তে। মুপীগী শক. মুপীগী শাজৎ, মুপীগী সেবানা নীপাবু মীকুপ অমতংদগী ওইরবসু শুম্‌হত্তবা ঙমদে হায়বসি রাহৈ মথৈদনা ফোংদোকপা নত্তনা মাহুবু ভাকথোক্লবা পাম্বৈ খুদক্তা থিবা খঙদনা জ্ঞান মাঙ্ঙকপগুম তৌই। মাসিনি রামায়ণগী অহৌবমক্তদা য়াম্না মীরমলেনগী লমচৎ উবা ফঙভি। মাসিনি রামায়ণগী রারীবু তমজনিঙাই, ফিদমনিঙাই ওইনা লৌনদবা য়াত্রিবসি। মাসিনা তাকপদি দশরথকী লমচৎ লাম্ল হায়বদি থোগম্লোন থোক্তবনিনা ঐথোয়না মাহুগী ওম্নতৈনবদা চত্রবদি লাই ওইরবা মীমক্লা ফাওবা নাম্থোকপা ঙমত্রবহু ঐথোয় মীচম্না নাম্থোকপগী শক্তি ওইদে হায়বসিদংদি খঙ্দবা য়াদে।

কৈকেয়ী হেক পোকপদগী পূকচেল ফত্তবী মুপী ওইবা নত্তে। অহুম্নদি ওইরগা মুপী ওইবীগী অশোনবা ৰাৎল পূকচেল চেল্লি হায়বগী

ফিদম অমদি উৎলি। মতম পুন্নমকী মক্ষম্ পুন্নমক্তা চুনরবা মুপী ওইবীশিংগী পুকচেলনি। কৌশল্যা, সুমিত্রা অমসুং কৈকেয়ী অহুম অসী দশরথ মহারাজগী লোম্নবী রাণীশিংনি। লোম্নবী ওইরবসু মখোয় অহুমগী মন্নুংদা লোম্নবীগী য়েংথিনবা, খমন্নবা ভাব অমতা লৈরমদে। রারীগী মশাদা ঐখোয় খ্বাইদা চয়েৎনবা মতাং খর মথং মথং লাকই। মাতুগী মরম অচু মরু ফংনা খঙবদি চুম্মি। সাধারণ ওইনা হায়নরি অমসুং তানরি। দশরথনা মচা পোক্নবগী যজ্ঞ তৌবদগী পুরকপা পিণ্ড অনীথক অচু কৌশল্যাদা অমা অচুগা কৈকেয়ীদা অমা পীরম্মি। করিগীদমক্তা সুমিত্রাগী শরুক থুংদনা কৌশল্যা অমদি কৈকেয়ীদতা দশরথনা পীরিবনো? সুমিত্রাদি রাণী নত্রবরা? যজ্ঞগী পিণ্ডসু অনীতা ওইবা করি রাফম্নো? দশরথকী রাণী অহুম লৈ। পীগে হায়রবদি পিণ্ড অহুম পীদবা করিগীনো? নত্রগা খ্বাইগী অহল ওইরবী কৌশল্যাগীদমক অমথক্তা পীবদি য়াদ্রবরা? পাউথুমদা, লাইগীদি মনীংনি। অমতনা চাগে চাও, অনীনা চাগে চাও, অহুমনা, তরানা, চামনা চাবা নিংথৌগী মনীংনি। য়াম্না চুনা-চানরবা রাফমদি দশরথনা রাণী অহল কৌশল্যাবা অমা, অচুগা মানা থবায় তানা লুহোংজবী কৈকেয়ীদা অমা পীরম্মি অসিনি। অসিদা পুকচেল ফজরবী রাণী অনীনা মাগী মাগী শরুক্তগী তঙ্খাই অময়ম্ খাইদুনা সুমিত্রাদা পীরম্মি। মাতুগী মহৈনা কৌশল্যানা রাম, কৈকেয়ীনা ভরত অমসুং শরুক অনী ফংখিবা সুমিত্রানা লক্ষ্মণ অমসুং শত্রুঘ্ন মচান মনাও মরীসি পোকই। পোকপা মতম নোংমা নিনি কান্নবগী রাফমদনি। চহী, খা খেন্নবগী রা নত্তে। রামনা হান্না, মথংদা ভরত, লক্ষ্মণ, শত্রুঘ্ন মথং মথং পোকই। মসিদা ঐখোয়না অমুকসু খঙনিংবা মরমদি শরুক চপ্ মান্নবা চারবা রাণীশিংগী মচাশিংগী মন্নুংদা চপ মান্নবা মতীক মগুণ লৈফম্ থোকই। অচুবু রামায়ণগী মশাদদি মাগী মাগী থোকপা থোইদোকপা মগুণ অময়ম্ লৈ। অমবু ওইরবসু অতোপ্পা অমবু ওইরবসু মীনা লৌরিবা অনসুং ঙাঙনরিবা অচুগা লোয়ননা লাইরিক্তা

করি হায়রি হায়বদুসু মুম্না বিচার য়াওদবা ৱাফমদি কান্নবগী মহুত্তা অমাগুবা ওইগনি। অদুনা লাইরিক্কী মতুংইন্না রাম, ভরত, লক্ষ্মণ অমসুং শত্রুঘ্ন করম্না পোকখি? কৈকেয়ী রাণী য়ায়মরা, অতোনবীরা অসিনচিংবগী মরমদা চয়েৎনরিবশিংসি শেংনা খঙবা চুম্মি।

মতম কুইনা ৱারীনা লাইরিক্লা কৌশল্যা, কৈকেয়ী, সুমিত্রা হায়না কৈকেয়ীনা ময়ায় থংদুনা রাণী য়ায়মগুম লৌনরকই, মতৌসু মাল্লি। হায়বদসু থুংলোম্নরে। অদুবু অওইবমক্তি কৈকেয়ীদি রাণী অতোনবীনি। কামুক ওইরবা দশরথ মহারাজনা পূর্ক্লিং তারুবদগী হমুস্থংদা লৌরুবনি। দশরথকী অশোনবা তাঙ্গা অসীগী খুদোংচাবা লৌদুনা কৈকেয়ীগীদি মমা, ভরতকী মবেলনা কৈকেয়ীনা পোকপা মচাবু নিংথৌ পইহল্লু হায়নখি। দশরথনসু ওইহনগনি হায়না জবান জবান পুখি। হায়রিবা ৱাফমসি কনা অমত্তদা ফোংদোক্লখিরমদে। ভরতনা, বন লেঙলবা রামবু চিত্রকূটতগী অযোধ্যাদা হনবিদুনা নিংথৌ ওইবিয়ু হায়জরুবা মতমদতা রামনা ৱাফমসি ভরততা খঙহনখি মাদুদি :

পুরা ভ্রাতঃ পিতা নঃস মাতরংতে সমুদ্বহন্
মাতামহে সমাশ্রৌষীদ রাজ্য শুল্ক মনুত্তমম্॥

২।১০৭।৩

ৱাফম্ অসী মতাঙ চানা অমুক নৈনরকসি। হুজিক্কী ওইনদি মচা পোক্তবী রাণী অহুম্না করম্না মচা মরি রাম, ভরত, লক্ষ্মণ অমসুং শত্রুঘ্ননচিংবসি পোকখিবগে হায়বদু ময়েক শেংনা খঙবা চুম্মি। মতাং মতাং চানা কৈকেয়ী অসীনা দশরথকী মফমদা লৈবা শক্তি কুপ্পা য়েংশিল্লগা কৈকেয়ী অসী দশরথকী রাণী য়ায়মরা নত্রগা অতোনবীরা হায়বদু তশেংনা খঙফম থোকই। মাসী য়াম্না চনৈনবা ৱাফম অমা ওইনা হুজিক ফাওবা অদুম লৈরি।

দশরথ মহারাজগী মনাইমুপী পুম্না ৩৫২ নি। মখোয়দুগী মমুংদা বৈশ্য নিঙোল, শূদ্র নিঙোল ফাওবা য়াওরি। কৌশল্যা, সুমিত্রা

অমসুং কৈকেয়ী মথোয় অহুমসু য়াওরবনি। অদুবু রামনা বন চংলমদাইদা কৌশ্যাবু রাণী ৩৫০ না কোয়শিল্লগা দশরথকী মনাক্তা লাক্লম্মি হায়বা বাফম অমা অমুক য়াওরি। মাসি করিনো হায়বগী মতাংদা অসুম্না ,শংদোক্লি। রাণী ৩৫২ গী মনুংদা কৈকেয়ীদি য়াওদে অদুগা কৌশল্যা মশা অমা থাদ্রে। অদুনা রাণী ৩৫০ গী বাদং পনবদনি। মাসিনা রাণী ৩৫২ অমসুং ৩৫০ গী চয়েৎনবা লৈরম্ব শেংলে। মচা পোক্তবা দশরথনা মচা পোক্লবা পুত্রেষ্টি যজ্ঞ তৌননবা অঙ্গদেশকী নিংথৌ রোমপাদ ( লোম পাদ ) গ। হায়নদনা ঋষ্য শৃঙ্গবু যজ্ঞ তৌহনথি। ঋষ্যশৃঙ্গ রোমপাদগী মমাকনি। মচানুপী শান্তাবু লৌবনি। অমুকসু ঋষ্যশৃঙ্গ অসী নিংথৌ দশরথগীসু মমাকনি। করি করম তৌনা নিংথৌ অনীমক অসীগী মমাক্ ওইরুরিবনো হায়বদুগী মরমদা শেংদোকফম থোকই। শান্তা অসী দশরথকী অশেংবা মচা-নুপীনি। অদুবু মাগী রাণী ৩৫২ গী মনুংদগী অহুম কৌশল্যা, সুমিত্রা অমসুং কৈকেয়ী থায়দোকথ্রগা লৈহৌরিবা ২৪৯ গী মনুংদগী করম্বগী মচানো হায়বা অদুদি অশেংনা হায়বা ঙম্মদে। মতম অমদা রোম-পাদনা দশরথতগী শান্তাবু মচা ওইনা নিজথিবনি। মতাং অসীদা বাফম অমদি মচা পোক্রবা দশরথনা মাগী অমতা ঙায়জরবা মচানুপী শান্তাবু করি করম তৌনা রোমপাদগী মফমদা পীথোকথিবনো হায়বা রাহংফম অমা ইচাউ চাউনা থোক্লকই। অসুম্না পীথোকথ্রবা শান্তা অসী রোমপাদগী লৈবাক অঙ্গদেশ অসী মাগী কর্ম্ম ফত্তবদগী নোং তাদহনা প্রজানা য়াম্না বারবা মতমদা ঋষ্যশৃঙ্গবু কৌরুহনা মাগী মচা নুপী শান্তাবু লুহোংলবদি নোং তাগনি হায়দুনা ঋষ্যশৃঙ্গদা লুহোং-থিবনি। অসুম্না ক্ষেত্রানী লৌরবা মমাকসু ওইরবা ঋষ্যশৃঙ্গগী মফমদা দশরথনা দণ্ডবৎ প্রণাম তৌহনা পুত্রেষ্টি যজ্ঞ তৌবিনবা হায়জরুবদা যজ্ঞ অদু তৌথি। মাসিনা ভাকপদি ঋষ্যশৃঙ্গ থোইদোকপা গুণ লৈবা ঋষি অমনি। মহাক্তনা অসীগুম্বা যজ্ঞ তৌবা ঙম্মি হায়বসিনা মরম ওইদুনা মচা থারা লৈজত্রবা নিংথৌ দশরথনা লৈবাক্কী অমসুং বংশগী

রাখম্না মপুং ওইহনা মমাক্ নীপাগী মফমদা ভাবদা খিত্তং তায়েম্নবগুম উরবা থবক তৌখি। অমবু ওইরবস্থ অতোপ্পা অমবু ওইরবস্থ ঋষ্যশৃঙ্গনা দশরথকীদমক অথর্ববেদগী মতুংইন্না পুত্রেষ্টি যজ্ঞ তৌখি। যজ্ঞসিদা মাগী মাগী শরুক য়াননবগীদমক লাই ময়ামস্থ লাকখি। মতাং চানা মরমচৎ ফত্রবা রাবণবু হাংননবা লাই ময়াম্না শ্রীবিষ্ণুদা হায়রকপা মতমদা বিষ্ণুনা মাগী মশাবু শরুক ৪ (মরি) থোক্না য়েন্থোক্লগা দশরথকী মচা ৪ ওইনা মীওইবগী মপোক্তা পোক্লবা মতমদা রাবণ হাংকে হায়না য়াশকপিখি। মতৌ অস্থুম তৌনা লাই ময়ামস্থ যজ্ঞদা মাগী শরুক লৌরবা মতুংদা অন্তর্ধান ওইখি। অহুগী মতুংদা যজ্ঞগী মৈম্নুংদগী লাইগী ফিজেৎ লৈতেংগা লোয়নরবা মঙান মশাগা লোয়ননা তেজস্বী নীপা অমা মখুৎ অনীনা পায়সনা থল্লবা সনাগী পাত্র ( স্বর্ণভাণ্ড ) অমা পায়হনা থোরক্লগা হায়রকখি "মহারাজ! প্রজাপতিনা থারকপনি ঐহাকসে ; লাই ময়াম্না পেল্লহনা পায়স অসী পীরকপনি। নঙনা নীংবা মতুং ইন্না নহাক্কী রাণীশিংদা পায়স অসী পীজো। অহুগা নচা পোক্কনি। নঙগী যজ্ঞগী মঙ্গল ওইগনি।"

অসীগী মতুং তারকপদা দশরথনা পায়স অহু মাগী রাণী অহুমদা য়েন্থোক্নুনা পীজৈ: অপুনবগী তংখাই অমা কৌশল্যাদা পীরে ; অরেম্ব তংখাইগী তংখাই অমা ( অপুনবগী ¼ ) স্থমিত্রাদা পীরে। লেমহৌরিবা অপুনবগী ⅛ গী তংখাই হায়বদি অপুনবগী ⅛ কৈকেয়ীদা পীরে। অহুদগী অমুক থম্বরগা লেমহৌরিবা শরুক ⅛ অহু স্থমিত্রাদা পীরে। মতৌ অস্থুম তৌরহনা চাকয়েন মওং অসীনা দশরথগী মচা ৪ (মরি) পোক্কদবগী চাউরাকপা অমা থঙনরে। চাকথুং অমমম্ ফংবনা মচা অমমম্ অহুগা ২ ( অনী ) ফংবনা মচা অনী পোক্লগনি হায়বসি পায়সকী খুৎয়েন অমস্থং চাকথুংনা সাক্ষি প্রমাণ ওইরে। মতাং অসীদা দশরথকী পায়স খুৎয়েন্দা য়াম্না চম্না লায়না লৌনহনা তানরিবা অমদি দশরথনা পায়স অহুগী তংখাই তারগা কৌশল্যা অমস্থং কৈকেয়ীনা মাগী মাগী শরুককী তংখাই অমমম্ অমুক থায়দোক্লগা

সুমিত্রাদা পী। অদুনা সুমিত্রাদি শরুক অনী ফংথি অমসুং চাখি অসীমি। অতোপ্পা অমনা কৌশল্যা অমসুং কৈকেয়ী অনিনা মাগী মাগী শরুক্তগী ½ অমমম্ সুমিত্রাদা খাইথি। অদুনা পায়স ময়েন অদুনা তারকইবদি কৌশল্যানা অপুনবা অদুগী ½, কৈকেয়ীসু ¼ অদুগা সুমিত্রানা ¼ অসুম্না ফংবা তারকই। মাসিদা অহানবমক্তদা হংফম্ থোকপা রাফম অমদি রাণী অহুম লৈবদা রাণী অনীতদা করম্না পীফম থোকপগে হায়বা ওইথোক্তবা রাফম অমা লাক্ই। কৈকেয়ী অসী রাণী য়ায়মনি হায়না লৌরবা ফাওবদা ওইথোক্তবা পায়স খুৎয়েন অমা ওইনা থোকই। অদুনা মুম্না বিচার তৌরুরগদি অহানবগী চাবয়েন অদুনা যুক্তি বিচার চুম্মি হায়না লৌবা তাই। মরমদি শ্লোকনা অসুম্না হায়রি :—

> কৌশল্যায়ৈ নরপতিঃ পায়সার্দ্ধং দদৌ তদা।
> অর্ধাদর্দ্ধং দদৌ চাপি সুমিত্রায়ৈ নরাধিপঃ॥
> কৈকেয়্যৈ চাবশিষ্টার্দ্ধংদদৌ পুত্রার্থ কামনাৎ।
> প্রদদৌ চাবশিষ্টার্দ্ধং পায়সামৃতোপমম্।
> অনুচিন্ত্য সুমিত্রায়ৈ পুনরেব মহামতিঃ॥
>
> ১।১৬।২৭-২৯

মহর্ষি বাল্মীকিগী শ্লোক অসীগী মমুংদা পীজিন্নরিবা "অনুচিন্ত্য" অমসুং "মহামতিঃ" হায়বা রাহৈ অনী অসী মমুংগী অর্থ য়াম্না লৈবা তাৎ পর্যাপূর্ণ ওইবা রাহৈশিংনি। দশরথ ইচম চম্বা নিংথৌ নত্তে হায়বসি বাল্মীকি মুনিনা তাকই। দশরথকী পয়স খুৎয়েন অসী অর্থ লৈতবা নত্তে। রাণী অহন্না পোকপা মচানীপা অহন্না নিংথৌ ওইবা হায়বা শাগৈগী চৎনবী নিয়মনি। নিয়ম অসী দশরথনা কায়হল্লিংদে। মরম অদুনা নিংথৌ ওইবা তারবদি খর মতীক মগুণ লৈবা, মপাঙ্গল কনবা তাই হায়বসি দশরথকী অচুম্বা রাথন্নি। অদুনা কৌশল্যাদা পায়স ভংখাই পীবা অকায়বা থোক্তে। অদুগী মতুংদা রাণী য়ায়ম

ওইরিবী অমসুং অতোনবীদসু লেমহৌরিবা তংখাইদু য়েনবা তাবনি। অদুনা তংখাই অদুগী তংখাই অপুনবদুগী ১/২ অমা রাণী য়ায়মা সুমিত্রাদা পীরে। লেমহৌরিবা শরুক ১/২ অসী কৈকেয়ীদা পীরমদাইদা মহামতি দশরথনা রাখন তৌই। রাণী অতোনবী কৈকেয়ীনা পোকপা মচাদি মপাঙ্গল কলহনবা য়াদে। মরম অদুনা লেমহৌরিবা পায়স অদুগী হায়বদি ১/২ গী তংখাই ১/৮ খক্তং কৈকেয়ীদা পীরম্মি। হুজ্জিক লেমহৌরিবা ১/৮ অসী পীরমদাইদা দশরথনা রাখন তৌই, কৈকেয়ীদি মচানিপা অনী পোকহনবা য়াদে। মরমদি মহাক লৌবা মতমদা রাহৈ কারণ খর চনখিবদু দশরথনা কাউবা লৈতে। মাদু নিংথৌ খুবম শিন্নবা মতমদা থোক্লক্কদবনি হায়বসি ততনা নিংশিঙ্ডি। অদুগা কৈকেয়ীগী মচাদা নিংথৌ খুবম শিন্নগে হাযনসু নিংদে। মরম অদুনা লেমহৌরিবা পায়স শরুক ১/৮ অদু কৌশল্যাদসু পীনিংদ্রে অদুনা অমুক হন্না পুনর্বিচার তৌরগা সুমিত্রাদা পীখি। পায়স খুৎয়েন অদুগী মতুংইন্না কৌশল্যানা মতীক মগুণ লৈরবা, মথৌনা মপাঙ্গল লৈরবা রাম পোকই। চাকথুং অনী ফংখিবা সুমিত্রানা লক্ষ্মণ অমসুং শত্রুঘ্ন পোকই। অপীকপা চাকথুং ফংবা কৈকেয়ীনা ভরত পোকই। মতাং অসৌদা রাফম অমদি কৈকেয়ী লুহোংবা মতমদা কৈকেয়ীনা পোকপা মচাবু নিংথৌ ওই-হনগনি হায়বা রাশক অদু ইন্‌বা তারবদি কৈকেয়ীদা পায়সকী শরুক অয়াম্বা পীবা তাবনি। অদুবু দশরথনা কুলপ্রথা শাগৈগী রুহী চৎনবীদা অকায়বা থোকহন্নিংদে। দশরথনা তৌপ্রিবা থবক অদু কন্ননবা শাস্ত্রগী রা লৈতবসু নত্তে। অদুমদি ওইরগা মত অদুমক্তি রামায়ণগী মতুংগী রানি। অদুমক ওইরবসু যুক্তি বিচারনা শৌগৎতুনা দশরথনা তৌরিবদু চুম্মি হায়বা মত অমা পীবা অসিনি। মাদুদি মহাভারত ( আদি ৮২।১৬ ) তা অসুম্না হায়রি।

> ন নর্মযুক্তং বচনং হিনস্তি
> নস্ত্রীযু রাজন্ ন বিবাহকালে।
> প্রাণাত্যয়ে সর্বধনাপহারে
> পঞ্চানৃতান্যাহুর পাতকানি॥

করেম কথাইনবা ( পরিহাস ) ৱাফমদা মীনম্বা ৱা ঙাঙ্বা দোষ লৈতে। মুপীগা ৱারী ৱাতাই শাবদা, লুহোংবগী ৱা থন্ন-নৈনবদা, থৱায় মাঙ্গদবগী চিংনবা য়াবা মতাংদা অমসুং লন্-থুম পুম্মাঙ্ মাঙবা ( সর্ব্বনাশ ওইবা য়াবা ) তারবগী চিংনবা মতাংদা মীনম্বা ৱা ঙাঙবগী পাপ লৈতে।

অমুকসু, শ্রীমদ্ভাগবত ( ৮ । ০৯ । ৪৩ ) দা অসুম্না হায়রি :

স্ত্রীষু নর্মবিবাহে চবৃত্ত্যর্থে প্রাণশঙ্কটে।
গোব্রাহ্মনার্থে হিংসায়াং নানৃতং স্যজ্জু গুপ্সিতম্ ॥

অসুম্না দশরথনা কৈকেয়ীগী মচাবু নিংথৌ ওইহনগনি হায়থিবদু মতম মতমগী ওইনা ঙম্মনবা কৈকেয়ীতবু লুহোংবা য়াননবনি হায়বগুম লায়না থন্দোকথি। ৱাফম অসী কনা অমতা- বশিষ্ঠ সুমন্ত্র, কৌশল্যা অমদি কৈকেয়ীদগী ফোংদোরকপা তৌরমদে। ভরতনা বন চংথ্রবা রামবু হল্লক্নবা কৌবা চৎপা মতমদতা রামনা ভরতত্তা ফোংদোরকপনি। মতাং অসিদা পায়স যেনবগী মরীদা অয়াম য়ামদা শরুক মশীংগী ৱাফমদা ওইন চাউবী, চক্রী ফত্তবী ওইনা লৌনরবী কৈকেয়ীদি করিসু ৱা ঙাঙথিদবরা হায়বা ৱাহং অমা লাকফম থোকই। মাসিগী অৱায়বা অশম্বা পাউথুমদি লাইগী প্রসাদকী মরীদা ভক্তশিংনা অয়াম্ য়ামদগী ৱা ঙাঙনিঙাই লৈত্তে। প্রসাদ খূনবদি পুক থম্মনবা নত্তে। মাসিনা তাকপদি কৈকেয়ীগী লমচত্তা পুকচেল চাউবগী খুদম অমা উবা ফঙভি। মাসিগী মরমদা কৈকেয়ীদগী করিগুম্বা মুঙাইতবা ৱাফম অমতা উবা, তাবা ফংদে। মাসিদগী খঙবদি রাণী কৈকেয়ী অসী ইফৎ ফত্তবমক্তি নত্তে হায়বা অহুম তাকচরে। মন্থরাগী ৱানা মচু শঙথিবদগী কৈকেয়ী অমা ওইখিবতনি। রামগী মহুত্তা ভরতনা নিংথৌ ওইবগী ৱাফম লাকপদি মন্থরাগী থৌইনশিন্দগী দশরথনা বর অনীগী ৱাশক ঙাকপদগী থোকপনি। অহুতৈ লাইগা হিংচাবগা লান শোক্নবদা দশরথনা লাইশিংগীদমক লানবাঙঙ্ই। লান্দি ঙম্মকই হায়ববু দশরথ শম্বর

হিংচাবগী খুৎলাইনা পান্দুনা য়াম্না থীনা শোক্লকই। কৈকেয়ীনা অনা লায়কন্নহুনা দশরথ অনা লাইকোকখি। মাহুদা পেনখিহুনা কৈকেয়ীদা বর অনীথক্কী ঙ্গাশকখি। মাসিনি মতাং অসিদা লাকৃইবা ঙ্গাকমসিগী লংলা-লংজিন ওইরম্নিবসি। কৈকেয়ী লুহোংবা মতমদা কৈকেয়ীগী মমাদা দশরথনা ঙ্গাশকখিবা অমসুং পুথখিবা ঙ্গাকমগী বা শুপ্‌ য়াও য়াওদে। অহুম্নদি ওইরগা ঙ্গাকম্না অমতা ওইবা মহৈগী বা ওইবনা অনী অসী চয়েৎনবা অমা ওইনা থোকই। মতাংচানা অসীগী মরমদসু ঙ্গাহে খরদং মতাং অমদা লাক্কনি। তাঙ্গা অসিদা কৈকেয়ীগী মরমদা খরদং খঙনিঙাই ওইবা অমা লাকই। বারী তাবা, লাইরিক পাবা হায়বসি হৌবদগী হৌনা খর মমুৎ তানা খঙলগনা হেন্না মুংঙাইবা ওই। মচা পোক্কবা দশরথনা করম্না মচা পোকখিবগে? মমা অহুম্না মচা মরি পোকখিবগী মরম্না করি করম তৌদনা থোকখিবনো? ঙ্গাণী অহুম অসীগী অহল, য়ায়মা, অতোনবীগী মরমদা চয়েৎনরিবা মরমশিং অসী হায়্না শেংনা খঙবা দরকার ওই।

পঞ্জাব লৈবাক্কী বিপাশা অমসুং শতদ্রু তুরেলগী মরক্তা লৈবা লম অহুগী মমিং কেকয় কৌই। কেকয় লৈবাক্কী নিংথৌ অশ্বপতিগী মচানুপীগী অতোপ্পা মমিং অমা কনামতা খঙনদে। কৈকেয়ী হায়বা অসীনা লোইরে। কেকয় লৈবাক্কী নিংথৌ মচানুপীনি হায়হুনা কৈকেয়ী হায়না খঙনবগুম্বা ওইনা তৌই। অসীগুম্বী কৈকেয়ী অসী দশরথনা অহল ওইরবা মতমদা কামাতুর ওইহুনা পুক্নিং তাক্লবদগী লুহোংখিবনি। পুন্সিগী মতাং অসিদা লুহোংবসিনা অরোইবনি হায়না লৌবা য়াই। মতুং অসিদা অমুক হন্না দশরথকী লুহোংবগী ঙ্গা পনবা লৈত্রে সুমিত্রা-গুম্বী ঙ্গাণী অমা লুহোংবগী মরম বাল্মিকিনা পল্লোইদবগী মরম লৈতে। মরম অসিনা মথক্তসু পনপ্রে কৈকেয়ী অসী ঙ্গাণী অহুমগী মন্নুংদা অতোপ্পী নত্তনা য়ায়মবী ওইননবগী অকন্বা মরম লৈতে। অহুম্নদি ওইহিক্লবদা ঙ্গাকম অসী শোগৎপা তোঙান তোঙানবা মরম অনী মরিদং লৈ। মাহু অমমম ওইনা বিচার তৌবদি চুম্মি:—

বন চংলবা রামনা সুমন্ত্রবু অযোধ্যাদা হলহৌনবা বিদায় তৌবা মতমদা অসুম্না হায় ঃ

নগরীং ত্বাংগতং দৃষ্টা জননী মে যবীয়সী।
কৈকেয়া প্রত্যয়ং গচ্ছেদিতি রাম বনং গতঃ ২।৫২।৬১
এয মে প্রথমঃ কল্পো যদম্বামে যবীয়সী।
ভরতারক্ষিতং স্ফীতং পুত্ররাজ্যমবাপ্নুয়াৎ॥ ২ ৫২ ৬৩

নহাক্না অযোধ্যাদা হল্লকপা উরগা ইমাতোনবীনা রাম বণ-দা চংখ্রে হায়বসি থাজগনি। ইমাতোন্‌বীগী মচা ভরতনা নীংথিজরবা লৈবাক অসীগী নিংথৌ ওইজসনু হায়বসি ঐগী অচেৎপা রাকম্নি।

মতাং অমদা ভরদ্বাজ মুণিদা ভরতনা মমাশিংগী পরিচয় পীবা মতমদা সুমিত্রাবু রাণী য়ায়মা ওইনা পল্লি। মাহুদি ঃ—

ইয়ং সুমিত্রা দুঃখার্তা দেবী রাজ্ঞশ্চ মধ্যমা
২। ৯২। ২৩ ; ২। ৭০। ৯

অমুকসু মৈহৌনা শাউরবা লক্ষ্মণবু থেমজিনবা মতমদা রামনা হায় ঃ

ন লক্ষ্মণস্মিন্ মম রাজ্যবিঘ্নে
মাতা যবীয়স্যভিশঙ্কিতব্যা ২। ২২। ৬০

হে লক্ষ্মণ! ঐনা লৈবাক ফংগদবগী মরীদা অসুম্না য়ৈথায়বা পীবগীদমক ইমাতোন কৈকেয়ীদা দোষ পীরুনু। অহুগা অমনা মচাশিং লুহোংলগা হল্লকপদা মমৌশিং ওকপা মতমদা মমাশিংগী মমিং পনবদা কৈকেয়ীনা কোম্না থাই ঃ

কৌশল্যা চ সুমিত্রা চ কৈকেয়ী চ সমধ্যমা।
মধু প্রতিগ্রহে যুক্তা যাশ্চান্যা রাজযোষিত॥ ১।১৭।১০

অসী পুন্নমক অসীনা কৈকেয়ী অসি দশরথগী নহা ওইরিবী তুংয়ান ফজবী, মশক মতৌ ফজবী রাণী অতোনবীনি হায়বা ভাকলি।

মতাং খর অমদা কৈকেয়ীনা য়ায়মগুম লৌবা বাকম থরসু য়েংবা চুম্মি। রাবণনা সীতা হুখিবা মতমদা রামনা অবাবা ফোংদোরকপা বিলাপ ( তেংথাবদা ) অসুম্না হায় ঃ—

অদ্যে দানীং সকামা সা মাতা মধ্যমা মম। ৩।২।২০

হুজিক্কি ইমা য়ায়মা ( কৈকেয়ী ) না নীংবা থুংলে।

নোংমা লক্ষ্মণনা কৈকেয়ী নিন্দা তৌবদা ( রায়োবদা ) রামনা লক্ষ্মণদা হায়খি—

ন তেহম্বা মধ্যমা তাত গর্হিতব্যা কদাচন। ৩।১৬।৩৭

ইবুঙো ! ইমা য়ায়মদা নিন্দা তৌরোইদবনি। খর অসীনা কৈকেয়ী অসী য়ায়মবা হায়না উংলি। মফম অসীদা রা য়াম্না ভাঙজদবী সুমিত্রাদগী হেন্না তেজ লৈনা কৈকেয়ীনা তোল্লবসু শক্তি লৈনা য়ায়মগুম পল্লি ! অমরোমদা মীয়ায় চল্লবী যুবতীগী অর্থদা ওইনা লৌরবসু য়াই। অমরোমদা মমা ময়াম অতুগী ময়ায়দা লৈরবা ওইনা লৌরম্বসু য়াই হায়না পণ্ডিত কয়াগী মত পীরি। অশেংবমক্তি কৈকেয়ীদি অতুম অতুগী মরক্তা অতোনবীনি। লাইরিক্কী মশাদা কৈকেয়ীগী মশক-মতৌ মরমদা বর্ণনা ফংপ্রবসু অহল ওইরবা দশরথবু কামুক ওইহনবা ঙম্বা অতুনা থোকপদি কৈকেয়ী অসি মশক মতৌ ফজবী, কুচু কুমেন নীংথিবী, তীংদা য়াঙদা ফজবী য়েংবদা করিমতা অরাৎপা লৈতবী অমা ওইরম্মি হায়বদা চিংননিঙাই ওইদে। অতুনা মহাত্মা দশরথগী মথক্তা মানা তৌনিংবতা তৌবা ঙম্বা; মপাম্তোংদা খ্বাইগী ওইনা কৈকেয়ীবু খঙনবা অমা ওইরম্মি—খুদম ওইনা মানা পোকপা মচা ভরতনা অযোধ্যাদগী কেকয়গী কোম্লুং গিরিব্রজদা লাকপা তুতকী মফমদা মমা কৈকেয়ীগী মরমদা হংলকপা বাহৈশিংনা কৈকেয়ীগী মতিক মগুণ, তৌবা ঙম্বা শক্তি, লমচৎ বাবহার খরমখৈ খঙবা ঙম্মি। অসুম্না হংখি—

আত্মাকামা সদা চণ্ডী ক্রোধনা-প্রজ্ঞা মানিনী।
অরোগাচাপি মে মাতা কৈকেয়া কিমুবাচহ॥

২।৭০।১০

অশাঙবগী শককমদা ওইবী, মশাগীতা খনবী, মপুক ফত্তবী, য়াম্না লমকেৎ-লমহাইবী, ওইন চাউবী ঐগী ইমাদো মঙ্গল ওইরিদনা? মানা

করি পাউ পীরকপগে ? অসীনা থোকপদি কৌশল্যাগুম্বী সতাগী মথংদা কৈকেয়ীনা শুপ্পগুম্ উরি। মাহুমরুদি য়েৎনরিবা ৱাকম অসিগী বায়েন ওইবদি য়াদে। মশক মতৌ ফজবী মীওই মীতৌ ৱাত্রবী, ভৌবা ঙম্বী শক্তি লৈরবী কৈকেয়ীগুম্বী মুপী অমগী মথাদা মোং হাত্রবী সুমিত্রাগুম্বী মুপী অমা অহল দশরথনা অমুক লুহোংলমগনি হায়বসি মীরমলেনগী ওইনদি থাজনদে। অদুনা কৈকেয়ীদি অহুম অতগী অভোনবী ওইবনা চুনৈ।

মতাং অসীদা ৱাণী অহুমগী বা অমসুং মচীন মনাও মরি পোকপগী বারী ৱাথোও অসী লৈরসমু। বারেং অসীগী মরমদা ৱাকম থর অসী শেংদোকপা চুম্মি। যুক্তি বিচার কোম্বনা বারেং অসী চথনিঙডি। বারী তাবা, লাইরিক পাবা হায়বসি বুদ্ধি-লৌশিং চাওথৎনবনি অদুবু শেরাম্বনা তারবদি অমসুং লৌরবদি কান্নবগী মহুত্তা অহোইনা মাঙ্ নবগী মরম ওইরকই। অদুনা মরুদগী শেংনা খঙবা তাই।

শ্রীবিষ্ণুগী ইচ্ছা মতুং ইন্না ইবুঙো মানা দশরথগী মচানীপা ও ওইনা শাইওনবিরে। অহন নহা মতুংইন্না ৱাম, ভরত, লক্ষ্মণ অমসুং শত্রুঘ্ন অসী মমা ৩ না অমনা অমদগী অথোই অহেন নাইদনা চপ্ মান্নবা লুনা ভৌই। মচীন মন্নাওশিং অদুসু অমগা অমগা য়াম্বা লুনা চান্নবা লৈমিন্নৈ। অদুগদি করম ভৌনা ৱামগী নিংথৌ অভিষেক ভৌগদবা মুমিৎ, মতম লেপতুনা লৈবাক প্রজা পুম্নমক হরাউ মথেল কাহুনা থৌরাং পুম্নমক লোইরবদা কদাইদগীনো বাথীঙ্গায়গী খুঞ্জিলনা পুম্নমক থুগাইহুনা ভরতনা নিংথৌ ওইবা, ৱামনা চহী ১৪ বনদা চংপা হায়বা ৱাকম অমনা চরক থংতুনা চাইথাইরবনো? মাসিগী মতাংদা মহর্ষি বাল্মীকিনা মরুদা মুপীগী পূকচেলদা তয়াং তশোইবহু উৎলি। কৈকেয়ী মশামক অহানবদা ৱামগী অভিষেককী পাউ তাবদা হরাওরম্মি। অমুক করি হায়রুগনি পাউ পুরক্লিবা মন্থরাদা মনা-মথিন পীরম্মি। খঙহোদনা অযোধ্যাগী হরাউ-মুঙাইরবা ইথক্ ইপোম

কারবা মতমদা শূক্লবা নোংগী লৈচিল্লা অযোধ্যা কোন্নুং থক-থা তুনা শীন্‌থুংনা কুপহনখিবা কৈকেয়ীগী লমচত্তা কালি তৈবনি। কালি অসীনা রামায়ণগী মরু ছুনবনি। মাসিমক থোক্লমদ্রবদি রামায়ণ অতোপ্পা মথল অমগী রামায়ণ ওইরম্বা তাবনি নত্রগা রামায়ণ ইলৈ লৈরমদবসু য়াবনি। মাসিমক্তগী কৈকেয়ী অনুতাপ ( নিঙমদবা ) পোক্তবদি নত্তে। ভরতনা মাগী মামগী য়ুম রাজগৃহদগী হল্লক্লগা অযোধ্যাদা থোক্লম্লিবা থোদোক পূম্নমক খঙলবগী মতুংদা অযোধ্যাগী লৈচিন অমুকসু হেন্না মমশিল্লকখি।

মথক্তা পন্‌খ্রিবা রামায়ণগী মরুওইরবা থোদোক অসী থোক্লনবা থুজিল থোরাং তৌখিবা কনানো? অতুপ পূকচেল-থোইজেল কজরম্বা কৈকেয়ীনা করি মরমদগী করম তৌহুনা অতুপ থুনা মপুক হোং-লকপনো হায়বনচিংবা হংবদা মতীকচাবা রাহং কয়ামুক মনম্‌-মনম্‌ লাকই। থিবদা শাংনা চৎকদবা নত্তে, মতম কুইনা চঙগদবসু নত্তে। ভরতকী য়োকচবী, কৈকেয়ীগী মনাই মুপী মন্থরানি। মন্থরাগী মরাহৈ কয়ামুক্তী মন্নুংদা অনীথক্তুংনা কৈকেয়ীগী মপুক ওন্দুনা অকনবা চিংনবা পোকখি। (১) "অহানবদা ভরত অমসুং শত্রুঘ্ন অনীনা অযোধ্যাদগী লাপ্পা রাজগৃহদা লৈরিঙৈদা অমরোমদা হায়রগা থৈদোক্তুনা থম্লগা রামগী রাজ অভিষেকী থোরাং তৌবা।" (২) অনীশুবদা লাইবক ফবগী নাপলদা লুপতুনা হান্না লৈরম্লিবা রাণী মচেমশিংগী মরীদা ওৎ-নৈবমক হায়নিংদ্রবসু মপুরোইবনা চানবী মুপী অমনা মপুরোইববু পেলহনতুনা পুনিংবা মায়কৈদা পুতুনা শান্নবগুম কৈকেয়ীনা দশরথবু মনিং তৌনা তৌহল্লিংবা তৌহন্দুনা কৌশল্যা অমসুং সুমিত্রা অনীগী মপুক নাবা থবক থর তৌখিবা অতুগীদমক রামনা নিংথৌ ওইরগা লমন থুম্নকপা য়াবগী চিংনবা।" রাকম অনী অসিদা মন্থরানা কৈকেয়ীগী মপুক ওলহনবা ঙমখি। মরম অসিদগী অয়াম্বা মীনা মন্থরাবু তাথী তাওইনা ঙাঙই। মাবু জগৎ অসিদা লৌথৎপা য়াদ্রবা

থাক্তা ইন্দুনা থম্মি। থাঙ্গৈমকশেংনা থম্মুনা য়েংনরুববদি মন্থরাগী লমচংকী মমুংদা য়াম্না তরু তরুবা ঈচেল অমদি চেল্লি। জগৎ অসিদা মীদগী লাই ফাওবদা মখোয়গী পুন্সিগী মমুংদা অশোনবা, অশোয়বা শরুক থর ফাওদবা লৈতে। মাদু মুশীসু ওইরবী, মীনায় অমসু ওইরিবী মন্থরাগীসু শরুক থুংদবা নত্তে। মবুঙো মবেম্মবু চাউজহন্লিংবা হায়বসি মচা মনাইশিংগীদি শোয়ত্রবা পুকচেলনি। মাদু পাওখোকপদা মানা মানা ওম্বা শক্তি বুদ্ধি শীজিন্নবসি মখোয়গী মথৌনি (কর্ত্তব্যনি) হায়না থল্লি। য়াফম অসীদগী হাইফেৎ হাইদোক্নুনা য়াফৈ অমদা খুদমগী মশক ওইনা মীয়োল অমগী মমাঙগী থাঙ্গৈমক-শেংনা থোকখিবা য়ারী অমতং তেম্না পন্জনিঙঙি। কলকতাগী রঙ্গমঞ্চ অমদা নায়ক অমনা চা বাগানগী কুলিশিংবু ওৎ-নৈবা শায়েপ অমগী ভুমিকাদা অভিনয় তৌখি। অসুপকী মতীক মান্না চুশিন্নবা অভিনয় তৌখি মাদুদি মাঙদা ফমদুনা ভাবক ওইরিবা ঈশ্বচন্দ্র বিদ্যা-সাগরনা শাউমনগ্রদুনা খোঙদগী খুদোল খোঙউপ শৎলগা নায়ক অদুদা থারকই। লীলাদু ডাইহাক লেপহল্লগা নায়ক অদুনা বিদ্যা-সাগরগী খোঙঙূপ অদু নথাদা কোল্লদুনা সভাদা লাউথোকচখি : ওসি ঐঙোন্দা বিদ্যাসাগরনা মাগী খোঙঙূপ্না থারকপসি ঐনা য়াবৌবা, শাউনিংবগী মহুত্তা ঐগী পুন্সিগী মহৈ য়াল্লে অমসু থম্মনি হায়না লৌজে। মরমদি বিদ্যাসাগরনা ঐ অসী ঐনি—বাঙ্গালী অমনি হায়বা কাউথোক্নুনা ওৎ-নৈরবা সায়েপ অদুমক্কি হায়না লৌবিখিবা ঐগী কর্ত্তব্যগী সার্থক (মহৈ য়াল্লে) ওইরে হায়না লৌজে।" হায়রিবা বিদ্যাসাগরগী খুদোল খোঙঙূপ অদু ওসি ফাওবা রঙ্গমঞ্চ অদুদা লেঙদনা থম্মি (Preserve) হায়না য়ারীনরি। অশোমদা থল্লুরবদি মন্থরাবু কনানা কয়া কন্না তাথীরা ওাঙবা, হায়বা ওম্বগে? অযোধ্যা লৈবাক্কী য়া মন্থরানা পুবা, থঙবা ওম্বা নত্তে। মন্থরানা থনবদি মবুঙো ভরত অমসুং মবেম্ম কৈকেয়ী অনীগীদনি। মীনায় অমনা মপুগী নীংবা হৌনবা মতাং অদু অস্নৌবীদা নীংজবনি। কৈকেয়ীদা বর

অনীহু নিননবা ইনশিনবা মন্থরানি। ওইনশঙ্গা ( ক্রোধাগারদা ) চঙহুনা দশরথকী মফমদা ওইনচাউবী কৈকেয়ীনা নৈরকপদা ভাইহাকী ওইনা তুংদা করি ওইরগদগে হায়বা জ্ঞান শুস্কাংখিহুনা কৈকেয়ীদা রাশকখিবা বর অনীহু থবক্তা ওন্থোকপা তাখি। জ্ঞান বাংলবী অহুগা মুপী অমসু ওইরবী মন্থরানা খঞ্জরিবা মপুগীদমক মনাইনা খন্গদবা থবক নিংখিনা পাঙথোকই। মাসি তৌরমদবা থোক্লবদি মন্থরা, মন্থরা ওইবা তোক্নুনা অহল্যা, তারা, মন্দোদরী কুন্তি, দ্রৌপদী ওই-রমগদবনি। মপু মনাইগী খেন্নবা লৈরম্মোই। রাহৈ অসীমক লৈবগী কান্নদবা অমা ওইরমগনি। রামায়ণদা মন্থরা য়াওরমদ্রবদি রামবু অযোধ্যাগী নিংথৌ ওইনা অভিষেক তৌরগা অযোধ্যাগী রারী ওইনা তেন্তকপা মওংদা লোইশিল্লম্বা য়াই নত্রগা রামায়ণ হায়বসীমক ইলৈ লৈরমদবা য়াই। রামায়ণদা মন্থরাগী থোইন্সিন্ য়াওরমদ্রবদি রাম বনদা চৎলমদবা য়াই ( চৎলোই ) স্পূর্পনাখা উনরম্মোই ; রাবণনা সীতা হুরম্মোই, বালী হাংলম্মোই, সুগ্রীব, হনুমান মরুপ শারম্মোই, সমুদ্র লান্দুনা লঙ্কাগী নিংথৌ হিংচাবা রাবণ হাংলম্মোই। শ্রীবিষ্ণুগী লাইয়ামদা রাশকখিবহু মওং অমদা থোকপা য়াই। অমুকসু সীতা বনদা থাদোক্লমদবা য়াই, কুশ-লব পোক্লমদবসু য়াই। মহর্ষি বাল্মীকিগী কলম ঙস্তানা মুক কংখিরম্বা য়াই। কবি ভবভুতিগী উত্তর রামচরিত লৈরমদবা য়াই। মরম অসিদগী মন্থরাগী মফম সাহিত্যদা য়াম্না বাংনা লৈফম থোকই। রামায়ণদা মন্থরাগী খুজিল থৌরাংগী মফম সাহিত্যদা য়াম্না রাংনা লৈফম থোকই। রামায়ণদা মন্থরাগী খুজিল থৌরাং, মহাকবি কালিদাসকী অভিজ্ঞান শকুন্তলমদা দুর্ব্বাসাগী শাপ কবিশিংগী অঙকপা কলমনি। মহাভারতকী শকুন্তলা অমসুং কালিদাসকী অভিজ্ঞান শকুন্তলম্ অনিগী মরক্তা কালিদাসকী শকুন্তলাবু খর হেন্না খঙনরিবা করিগীদমকনো হায়না খিরবদি রামায়ণদা মন্থরাগী শরুকসু অনোম্বা অমা ওইরোই। রামচরিতকী মহাকাব্য অসী মওং অমদা চংখিহুনা বাপুজীগী রামরাজ্য হায়বা রাফমসি মওং অমা

ওইরম্বা য়াই। মন্থরাগী থাখল অশেংবা কর্ত্তব্যনি। নত্রবদি পুন্নমক নিংথৌনি, পুন্নমক রাণীনি, মন্ত্রীনি, মীনায়নি, শামী লানমীনি, অণ্ডাংনি, মুপীনি, লোমী-শিন্মী ওাক্তনি। মন্থরাবু নিংথৌ, মহারাণী, মন্ত্রী, মুনি, ঋষিশুম্ লোরবা মীয়েংদা য়েংলবদি শিন্‌ফম খেন্নবা অনেম অবাঙ্গী রাফম লৈফম থোক্রে। ভরতকী লমচৎ ব্যবহার য়েংলকপা মতমদা মন্থরাগী রাখল অমসুং থবক্লা শোক্‌পা কায়বা ওইদে, অহোইনা মৈফম্ চঙলবা ফুদোংলবা সনাগুম থোকই, মীৎয়েং খেন্নবদগী বানি। অমকপা লৈত্রবা ভরতকী লমচৎনি। মী পুন্নমক্লা, সাহিত্য পুন্নমক্লা থাগৎপা নত্তনা হুম্থবগী রাফম য়াওদ্রবা ভরতনি। রামনা মপাগী বাশক ওাক্লনা নিংথৌ শুবম থাদোকপা, চহী ১৪ বন চৎপদা হে হা তৌদবগুম ভরতস্থ মাগী স্বার্থত্যাগ (মশাগী ওইজবা থাদোকপা) গা লোয়ননা ভ্রাতৃপ্রেম (মচীন-মন্নাওবু মুংশিজবা) পৃথিবীগী বারী লাইরিক্লচিংবদা অতাঙ্গবনি। মাতুমক্তনা মমাঙদা খিন্দুনা লৈরবা রাজসিংহাসন থাদোক্লনা মাহু থোক্লবা শীল্লম্মিবা মীশিংবু শাউহুনা য়ান্না চৈ-থাংখি। করম্বা ধর্ম্ম চেনবা মীনা (নীপানা) অসীগুম্বা তুকচনিঙাই ওইবা থবক অসী তৌফম থোকপগে হায়না ভরতনা দশরথকী মথক্তা মরাল পিখি। মাগী মশাদা তৌশিন্নবগী মশেক মঙাল মচেৎ অমা ফাওবা উখিদে। ময়াম্বগী খুহুং লৌরগা উনহুনা ওম্নমখৈ কয়া হায়জরবা ফাওবদা রামনা ময়াত্রহুনা রামগী খুরুম মকোক্তা থোংগৎহুনা পুরক্লগা নিংথৌগী সেকপিন মখাদা রাজসিংহাসন মথক্তা থমহুনা রামগী মহুৎশিনবা ওইনা কোম্নুংগী বাংমদা লৈবা নন্দিগ্রামদা লৈরগা ভরতনা লৈবাক ওাক্লনা চহী ১৪ লেল্লম্মি। অসুপ কজরবা ভরতকী লমচত্তসু রামনা বন চৎখিবদা প্রজানা তেংথাবা মতমদা শা হাৎপা মীগী মনাক্তা পুন্দুনা থম্বা শাগুন্না মথোন্নসু ভরতকী মথুক্তা লৈরে হায়না পনখি। রামবু বনদা থাবসি ভরত কৈকেয়ী মমা-মচা লৌতুনহুনা থোকহনবনি হায়না প্রজানা চিংনবা পোকখি। (মিথ্যা প্রব্রজিতা……২। ৪৮। ২৮”) প্রজানা চিংনরিবা অসীমক

দশরথসু চিংনখিত্রা হায়না লৌই। মাসি ভরতকী লমচত্তা অমসুং পুন্সিদা বিথিলিপিনি ( নোংদম্বগী নোংদমখোন্নি )।

ৱাম, দশরথ অমসুং কৈকেয়ীবু থৃরম্লগা বনদা চংলি। ৱামবু বনদা থাবদা লক্ষ্মণ অমসুং সীতা য়াওবগী ৱা দশরথগী য়াথংদা য়াওদে। অদুবু ময়াম্বগী থৌগল ওইনা লক্ষ্মণ ৱামগী তুং ইল্লি। ভ্রাতৃ প্রেমগী মতাংদা ভরতকুম্না লক্ষ্মণগীসু লৈতবা নত্তে। অমৱোমদা লক্ষ্মণনা ৱামগী মগুণ হেন্না ফুগায়বা হেলহল্লি। দশরথকী য়াথংদা য়াওদ্রবসু সীতা ৱামগী তুং ইল্লি। মাসিনা মুপী হায়বসি নীপাগী অর্দ্ধাঙ্গিণীনি হায়বসি সীতানা তাকই। লক্ষ্মণগী ইবেম্মা উর্ম্মিলা য়াওদবদি করিগীনো হায়বা ৱাহং লাক্রবদি দশরথকী য়াথংদি ৱামতদনি, লক্ষ্মণগী ৱাফম য়াওদে অসীনা অত্তুম খণ্ডনবা য়ারে। পঞ্চবটী বনদা পল্লি। পঞ্চবটী বন ছজিক্কী নাসিক সহর মনাক্তনি। বন অসি উ মখল ৫ হৌই মাত্তদি অশ্বত্থ বট, বিল্ব, অমলকী অশোক। মফম অসিদা সনাগী শজি অমনা সীতাগী মমীৎ থকহন্দুনা মিতাহল্লি। শজিদু ফাবিয়ু হায়না ৱামদা তক্লমই। অসীগুম্না বনদা সনাগী শজি লৈবা হৌনদে। হিংচাবনা মায়া তৌবা শজিনি। অসুম্না মায়া তৌবা হিংচাবশিংগী মথুত্তা শাদানবা নিংথৌ কয়া মথ্বায় মাঙথ্রবনি। অসুম্না ৱাম অমসুং লক্ষ্মণনা হায়বা পুম্নক সীতানা লৌখিদে। মমৈদা ৱাম শজি ফাবা চংখ্রে। সীতাবু ভাকশেনবগী থবক লক্ষ্মণদা কম্না শিন্নৱম্মি। বিষ্ণুগী অংশ ওইৱবা ৱামগী মতাং অসিদা ওইৱিবা ওন্নৈনবা বুদ্ধি অসী নিয়তিগী থুজিলনি হায়না লৌই। অসীগুম্না মহাভারতকী সভা পর্ব্বদা ধৃতরাষ্ট্রনা মায়থীপ্রবা যুধিষ্ঠিরবু অমুক হন্না চৌবর শিঙলকপদা শান্নবতুগী মমৈগী ফল ফৱোই হায়বা খঙনা খঙনা যুধিষ্ঠিরনা অমুক হন্না চৌবর শান্নক্লবদগী চহী ১২ বন চংপা চহী অমা লোৎতুনা লৈবা অসীনচিংবা সর্ত্ত কয়াগী মহে চাখি। অদুগুম্না সনাগী শজি বনদা লৈনদে হায়বা খঙলবসু তায়োন্নবা ৱাখলদা ভোংতুনা শজি ফাননবা

চৎখি। সনাগী শজিনা রামবু অস্তুম অস্তুম্ লাস্না পুথোকখিবনা সীতা অমস্তুং লক্ষ্মণগী মীৎয়েংদগী রাংম লানগ্রবা মতম রামনস্তু হিংনা ফাবদি য়াররোই হেক্তা হাৎলগে হায়দুনা বজ্রগা মান্নবা তেন্না শজিগী মথবাক্তা থাদুনা হাৎলগা অতোপ্পা শজি অমগা ফারগা সীতাগী মনাক্তা হল্লকই। মতাং অসিদা তেন্না পাল্লবা সনাগী শজিনা শিরমদাইদা "হা সীতে, হা লক্ষ্মণ" হায়না রামগী অরাবা খোঞ্জেল শারদুনা সনাগী শজিনা লাউরম্মি। মাদু তাবদা সীতানা লক্ষ্মণবু রামগী মতেং পাংলুনবা হন্না হন্না হায়রম্মি। মারীচ হিংচাবনা মায়া তৌবা শজিনি। রাম করিস্তু তৌরোই। রামবু হেক্তা ঈরায় লায়না মায়থীহনবা ঙম্বা কনা লৈতে। মতৌ অস্তুম্না লক্ষ্মণনা সীতাদা হায়রবা ফাওবদা সীতানা মুপী ওইবগী মমল হোঙলবা স্বভাবনা হৌনশা ওইদুনা লক্ষ্মণগী মফমদা অয়াকপা খোল থারকপদা লক্ষ্মণ থাঙবা ঙম্মক্রদুনা তুংগী অমঙলগী মরম কয়া খঙনা খঙনা লক্ষ্মণ রামগী খোঙ্গুল লীবা চৎপা তাখি। সীতাবু বনগী দেবতাশিংদা শিন্নরম্লগা লক্ষ্মণ সীতাদগী বিদায় লৌখি। অহানবদা লু-লুকথনা সীতাগী রা পুম্নমক তারবস্তু চৎলমদাইদা হৌনবা ভক্তি প্রনাম সীতাদা লক্ষ্মণনা তৌরমদে। মাসি মুপী ওইবগী হৌনশাদা সীতানা য়াম্না কা হেনবা রাহৈ-রাতা শীজিন্নরকপদগী লক্ষ্মণস্তু পুক্লিং রাম্নৌবগা লোয়ননা ইকাই মুংশি তোৎন-য়াম্নখিবদগী হৌনব-হৌনবী পুম্নমক ঙাইহাক্কী কাউথোকখিবগুম তৌখিবনি। মুপীগী অপাম্বা, মুপীগী ফজবা, মুপীগী অনৌ-অনৌবদা থরায় লুপ্পা সীতা দেখীদস্তু চপচানা অদুম্ মরৈরম্মি। রাম মুপীগী রা মৈথৎপা ঙমখিদে। দশরথস্তু মুপীগী পেন্নবা রাশক্তগী রাহৌখিবনি। রামস্তু মুপীগী রা হিক্তোকপা ঙমখিদবদগী অরাবা কয়া খোঙগাওনরকপনি। সীতাস্তু লমহেনবা অচম্বা মুপীনা ফংগদবা মহৈ, তাগদবা দশা চপচানা তাখি। চুম্নগী মীৎয়েংদদি মতীক চপ্-চপ্ চাবনি। অদুবু আদর্শ জীবন ওইবনা বারীদু মওং অমা ওইনা পাবা অএস্তুং তাবা চুম্মি। যুধিষ্ঠিরগী রাস্তু অদু মগায়। ধর্ম্মরাজস্তু অদুম মতীকচানা অরা-অনা নংখি।

চীঙ্গবা বনদা রামনা মনাও লক্ষ্মণদা মতৈমা সীতাবু ঙাক্ শেল্লম্মু হায়রম্বা ময়াম্বগী য়াথং পুন্সিদা হীক্তোকখিত্রবা লক্ষ্মণ বিখিগী নোংদম মতুং ইন্না তাবদা তুজুংলবা রাহৈ কয়া সীতাদগী তারকপা মতমদা খাঙবা ঙম্মক্তনা সীতাগী রাহৈশিংনা রামগী য়াথংদগী খল লুমখিহনা চীঙ্গবা বনদা সীতাবু মথম্তা হন্দোক্লম্মহনা চৎপা তাখি। তাঙা অসিদা রাবননা সীতাবু নমহনা ফারগা লঙ্কা তানা পুখি। মতাং অসিদম্মু সীতানা, লক্ষ্মণনা হায়রম্বা পুম্নমক হীক্তোক্তুনা মায়া তৌহনা লাকপা রাবণগী মফমদা মখোংখোংনা চঙশিন্নহনা মুপীগী অশোনবা বুদ্ধি তশেংনা উংলি। রামগা লক্ষ্মণগা লমখাঙদা উনবদা রাম শ্বাই লাউবা অমা পোকখি। মায়াগী শক্তিনি ফাবা য়ারোই হায়রবমক্তদা নমহনা ফাননবগী চক্রি সীতানা রামগী মফমদা তৌই। মুপীগী অনম্ কনবা চক্রি রাম খাঙবা ঙম্মক্তে: ময়াম্বগী য়াথং ঙাক্তুনা মতৈমবু শঙহনা লৈবা লক্ষ্মণগী মফমদা মনাওনীপা অমনা মতৈমগী মফমদা চৎকদবা লমচৎ-ব্যবহারগী রাংমদা লৈগ্রবা তাবদা তুজুংলবা ইকাই-শেঙ্গোয় হাঙলবা য়াক্লবা রাঙাঙ-খোনফম কয়ানা লক্ষ্মণ খাঙবা ঙমহন্দে, ঈকাইবা পীরকই। লৈমিন্নরিবা মবুঙো মপুরোইবগী রা হীক্তোক্তুনা লমলানবা মীগী রাঙাঙদা খাজহনা তাউখিবা ; অহুমক্তনা হিংচাবগী মখুত্তা তাখিবা সীতাগী মতীক চপচাবনি। মুপী অমনা চৎপা শাজৎ ত্রেতা যুগতা সীতানা চপচানা উংপিরম্মবনি। অহুম্নদি ওইরগা মাগী সতীত্ব অহুদি ঙাক্লা পুন্সি লেনখি। তৌবদদি সীতাবুদি আদর্শ ওইনা লৌগদবনি হায়বসিদি লেঙদবনি। রামনা চহী ১৩ চঙলকপা সীতানা চহী ৬ শুবদা লুহোঙখি। রামগী চহী ২৫, সীতাগী চহী ১৮ দা বন চৎলি। বন চৎপা চহী ১৩ শুবদা সীতাবু রাবণনা হুখি। থা ১২ গী মিয়াদতা সীতাবু রাবণনা বন্দী থমখি। মিয়াদ শুবদা রাবণনা হায়বা য়াত্ররদি সীতাবু মতুপ মতুপ কক্তুনা হাংকদৌরিবনি। থা ১০ শুবদা হনুমান্না সীতাবু অশোক বন্দা বন্দিনী ওইনা লৈবা থেং-নরুই। হায়না হায়না মুমিৎ ৪৫ গী মতমদা ঙায়শিন্নকই। অহুনা

রামনা লঙ্কাদা রাবণগী মথক্তা লান তৌবা মতমদা সীতাগী মিয়াদ শুপ্নগী থা ১ তা মণ্ডায়রখি। থা অমসিগী মনুংদা রাবণ বধ তৌরগা অকক্লবা মতম চপচানা রাম সীতা খোঙগী লাম্মী কয়াগা লোয়ননা অযোধ্যাদা থুংখি। অসুম্মা ওইরক্লদবা রামগী পুন্সি রারীগী মতাংদা সনাগী শক্তি কাবা চৎলুবগী রাম-লক্ষ্মণ অনীনা পঞ্চবটী বনদা হল্লকপদা সীতা লৈরমদ্রে। মাসিদগী রামায়ণগী থাক অমা চঙশিল্লে।

রামনা বন্দা লৈবা চহী ১৩ শুরবা মতাঙদা রাবণনা সীতাবু পঞ্চবটী বন্দগী হুখি। থা ১১ সীতা রাবণগী বন্দিনী ওইনা লৈরম্মি। থা ১ গী মনুংদা লঙ্কাদা লান তৌরগা রাবণ হাৎলগা সীতাবু পুরক্লুনা চহী ১৪ চপ চানা অযোধ্যাদা রাম খোঙলোয় পুম্নমক্কা লোয়ননা হল্লকখি। শাংপ্রবা চহী ১৩ গী মতমদদি য়াম্না শাথিবা থৌদোক খোক্তবদৌনা উরে। মরমদি অরোইবা চহী ১ অসিদা থোকপা থৌদোক্না কনমনখিবদগীনি। বিধাতাগী থৃজিলগা লোয়ননা বিষ্ণুনা রাম অবতার তৌবদি ভারত্তা হিংচাবশিংনা ওৎনৈবসি মরু ফংনা মাঙহন্নবনি। লাইয়াম্না বিষ্ণুদা নিজবসু মাত্নতংগীনি। হৌখিবা চহী ১৩ দা রামনা লৈরম্বা মফম, বনগী শরুক পুম্নমক্ত হিংচাবনা ওৎনৈবা লৈত্রে। মমৈসিদা অগস্ত্যগী আশ্রমদগী মফম অমদা হোংবা তারকপদা অগস্ত্য মুনিনা পঞ্চবটী বন্দা চৎননবা তাকই। পঞ্চবটী বন অসী গোদাবরী তুরেল মপান্দনি। বন অসিদা অশ্বথ ( সনা খোংনাং ), বট ( খোংনাংবট ), বিল্ব ( হৈথাগোক ) আমলকী ( হৈগ্রু ), অশোক ( চীংশু উ ) উ মখল ৫ অসী হোই। অগস্ত্য মুনিগী আশ্রমদগী অরাং লোমদা ক্রোশ ৮ ( মাইল ১৬ ) লাপ্না গোদাবরী তুরেল মপান্দা লৈ। মফম অসিদি হিংচাবশিংগী ওৎনৈবা য়াম্না কল্লি।

রাফম অসীনা সীতাবু রাবণনা হুখিবগী লংলা-লংজিন পীজবনি। কনাগী মচাক্তকীনো ? রাবণগী মচন মুপী লুপ্রাবী শূর্পনখানা রামদা মচোম্পাক নাইদবা, থৌগল্লোন কায়বা রা কয়া ভাঙলুবদগী রামগী

য়াথং মতুংইন্না লক্ষ্মণনা সুর্পনাখাগী মনা অমসুং মনাতোন থাঙনা শোইদত্তুনা থাখি। থোদোক অসী মবুং রাবণদা রাকংলুবদগী থোরকপা রানি।

মতাং অসিদা রামায়ণ বারী অসী মীওইবগী গার্হস্থ্য জীবনগী ( য়ুম্বানবগী ) আদর্শ অমা বিষ্ণু অবতার ওইরবা রামনা অমুকসু ময়েক লানা উংলি। পৃথিবীদা মুপীগী রাথোক চাউই হায়বসি ত্রেতা যুগতগী নত্তনা লাকদৌরিবা দ্বাপর, কলি যুগতসু অমুম ওইরগনি হায়বা মহেক শেংনা তাকই। মুপীগী শরৈ নীপানা থাঙবা ঙমদে। সীতাগী মরাহৈ মতুংইন্না রাম অমসুং লক্ষ্মণ অনীনা তৌদবা ঙমখিদে মারীচনা ওইবা মায়া শক্তি অমা হিংনা কাবা য়াবগী মওং উত্রত্নুনা হাংলগা পুরগে হায়রুনা তেন্না থারবা মতমদা শিগদৌরবা শক্তি অমুনা রামগী খোঞেল শারদুনা হা সীতে ! হা লক্ষ্মণ হায়না যারবা খোজেন্না লাউরকপা তাবদা সীতানা লক্ষ্মণবু রামগী মতেং পাংননবা হায়রকই। বিষ্ণু অবতার ওইরবা রাম করিসু তৌরোই হায়না লক্ষ্মন্না হায়বা সীতানা থাজখিদে। অচম্বা মুপী অমগুন্না "নয়াম্বা লৈত্রগা নঙনা মাগী মহুৎ শিনগেরা" হায়বা খোন থারকপা মতমদা লক্ষ্মণ ঈকায় মুংশি লোয়ননা হায়নিঙাই হায়দুনা সীতাবু থনম্রগা থম্মোইদা তাশোন্না থিনবগুম্নবা নাকোংদা বক্রনা তাবগুম রাপ্রবা লক্ষ্মণনা সীতাবু চৎলম-দাইগী ভক্তি অমরকাওবা তৌরমদনা রামগী খোঙ্গুল লিবা চৎখি। মাসিগী মতুংদা রাবণনা সীতা চুখিব', পুখিবদি সীতাগী চপ, চাবা মহৈনি। মুপী ওইবীশিংগী পুঞ্জিদা সীতানা অরংবা ফিদম থম্বিরম্নবনি। মাসিদা রামবু মুপী রারকপা ঙমদবরা হায়বা ৱাখল থর থম নৈননিঙাই নৈ হায়না খল্লুবনা অরানবনি মরমদি মাগী থবক পূমমক আদর্শগীদমক ঙাকুনি। রাবণ হাংলগা সীতাবু পাক হেক লোশিন্দে। মথল মখা অয়াম্বা রাকম পুখোক্তুনা রাবণগী মথুত্তা থা ১১ লৈরুরবা সীতাবু অমকপা লৈত্রবনি হায়বা প্রমাণ, সাক্ষি থম্মিঙঙি। মতাং অসিদা সীতানা রামদা ঙাঙবা ৱাসু হারকম

থোকপা ঙাক্কনি, অকিব। অথুকপা লৈতনা থঙ্ থঙ্ অপনবা লৈতনা হায়। "চিংনবা নহাক্না, ঐহাকমসি থা ১১ য়াবণগী মখুৎ চন্দুনা লৈগ্রবনি হায়বা খঙলবমক্তদা করিগীদমক জীব অস্থপ য়াম্না হাৎতুনা মাঙহন্ তাকবন্দুনা লান্ তৌবগী অর্থ লৈতবা বানি" য়াম্না চুমগ্রবা ময়াঙদা য়াম্বয়কপা সীতাগী থাঙয়াম্নি। "নঙগী নশক নতৌ ফজবা মীনা কল্লকনিঙাই ওইবতুগীদমক নঙবু ঐগী অমুক ওইগে হায়বগী-দমক লান হৌবা নত্তে, ঐনা লান তৌবদি নীপা অমগী মুপীবু মীনা পুগ্রগা তৌকম থোকপা তৌদতুনা কা পুরুষ ওইনা, পাঙদনা লৈবা পামদতুনা, নিপা অমা ওইবগী ( পৌরুষ ) নিপা থোকপগী থৌদাং তৌবনি, নহাক্তদমক নত্তে।" মাসিনা য়ামগী কর্ত্তব্যগী চপ্‌চাবা পাউথুমনি। অতুনা মমৈদা সীতাবু মৈম্নুংদা চোংশিনহল্লগা মৈনা চাক্রবদি লৌশিনবগী ইঙ্গিত য়ামনা লক্ষ্মণদা উৎলি। লক্ষ্মণনা মৈজাও থাগৎলে ;

'যথা মে হৃদয়ং নিত্যং নাপর্সপতি রাঘবাৎ।
তথা লোকস্য সাক্ষী মাং সর্বতঃ পাতু পাবকঃ ইত্যাদি

ঐগী থম্মোয় অসিনা ( য়াঘবদগী ) য়ামদগী অহোংবমক্ত লৈত্রবদি লোক সাক্ষী অগ্নিদেব নহাক্না ঐবু কনবিয়ু"

অসি হায়রগা মৈম্নুংদা চোংশিল্লি। মৈনা চাক্তে। অগ্নিদেবনা সতী সীতাবু য়ামদা শিন্নে। মতাং অসী য়ামায়ণ পাবা মী পুম্নমক্না য়ামগী মফমদা পেন্দবা পোকই। কালিদাসকি রঘুবংশদা পেন্দবা শ্লোক অমতং পল্লি। য়ামনা শেংদোকই—"সীতাগী সতীত্ব ঐ খঙ্গি, অতুবু ঐনা খঙ্গিবসিগুম মী পুম্নমক্না খঙবিনবা সীতাবু চাংয়েং তৌবনি।" হায়নিঙায়নি। অম্নুম্না য়াম অযোধ্যাদা হল্লকই।

য়ামনা নিংথৌ ওইরে, সীতানা মহায়াণী ওইরে। য়ামগী লৈবাক্তা অয়া-অনা, অয়াৎ-অপা লৈত্তনা লৈবাক ময়া তপ্না পাল্লে। মতৌ অম্নুম তৌয়তুনা নিংথমথা লানগ্রবা মতমদা সীতা মীয়োনবগী মওং

উরবদা রামনা য়াম্না পূক্লিং মুঙাইনা সীতাগী মতাঙ্ অতুদা অপাম্বা করিনো হঙিঙ। সীতানা গঙ্গা মপান্দা লৈবা মুনি ঋষিশিংগী আশ্রম য়েংনিংবগী ম্না তাবদা রামনা মাতুমক মতুংগী মুমিত্তা থোক্লবা মীনগনি তাকপিখি। তাঙ্গা অসীমক্তদা রামনা মাগী মরুপ বিজয়, মধুমত্ত, কাশ্যপ, ভদ্রনচিংবা কয়াগা ম্নারী-ম্নাতাই শান্নবা মতাঙদা মাগী মরীদা লৈবাক্লা করি কয়ি ঙাঙনরিবগে হায়বা ম্নাহং অমা কোক হংজিল্লুরে। ঈংনা মুঙাইনা পানবদা রামরাজ্য হায়নরবা, রামরাজ্য হায়বদি করিনো হায়বদা, রাম রাবণগী লানফমদি রাম রাবণগী লানফমগুম্বী, সমুদ্রদি সমুদ্রগুম্মি হায়না প্রমান অমা পীনিঙাই লৈতত্তুনা রামরাজ্যগুম্মি হায়বদগী হেন্না অমা অমুক পন্নিঙাই লৈত্রবা রামরাজ্যনি। মাসিদা রামগী মরুপ ভদ্রনা অতুপ মুঙাইরবা মরক্তা রাবণগী মখূৎ চন্নুরবা সীতাবু রামনা অশাউবা লৈতনা, চিংনদনা সীতাবু মতৌ করম্না অস্তুপ লুনা, মুংশিনা তৌরিবা করিনো হায়বসি প্রজানা খঙবা ঙমদে, নিংথৌগী লীচৎ অতুগী মতুংইন্না মখোয় মীচমস্তু মখোয় মখোয়গী মুপীশিংগী অতুগুম্বা দোষকী লীচৎ অতু খাঙবা তারকই হায়বসি লৈবাক্কী মফম মফম খুদিংদা মুস্তুক মুস্তুক ঙাঙনবা তায় হায়না হেক তম্মি। ম্নাকমসি অতৈ মরুপশিংনস্তু হেক শৌগৎপ্রে। রামনা মশাগী ম্নাখল মতুংইন্না লৈবাক অমগী নিংথৌ, অঙম-অথৌশিংনা চৎপা শাজং অতু মীচম প্রজানস্তু তম্মকপা মশানা তাবনি অতুনা প্রজাগী অপবাদ অতু কোক্লনবা কনাস্তু খঙহন্দনা মীরোল্লবী সীতাবু নমথাক তৌতুনা গঙ্গা তুরেল ম্নাংমদা লৈবা মহর্ষি বাল্মীকিগী আশ্রম লৈবা বন্দা থাদোকলু হায়না লক্ষ্মণদা য়াথং পীতুনা লক্ষ্মণনা সীতাবু বন্দা থাদোকলুই। রামনা সনাগী শক্তি ফাবা চৎপা, ম্নামনা সীতাবু বন্দা থাদোকপা, যুধিষ্ঠিরনা ধৃতরাষ্ট্রগী অনীশুবা চৌবর শীংলকপদা য়াক্লবা বিধিগী, নিয়তিগী খুজিলনি। অস্তুম্না মাঙ-তাকপা ওইরক্লদবা মতাঙদা ওন্ন-তৈনবা বুদ্ধি তৌরকপা (বিপরীত বুদ্ধিসি) লাই হাক্তকগী অহুম মউরে।

সীতা নির্বাসন, সীতাবু বন্দা থাদোকপসি বিধিলিপিনি। মাসিগী মরীদা সীতাবু বন্দা থনম্নবগী মতুংদা লক্ষ্মণনা সুমন্ত্রগা হন্নক-মিন্নবা মতমদা সুমন্ত্রনা লক্ষ্মণদা য়ারীসি লীখি ঃ—"থায়না লাইগা হিংচাবগা লান শোক্নবা মতমদা হিংচাবা ( অসুর ) শিং অদু খুদোং থীবা তারদুনা ভৃগুমুনিগী মুপীদা চণ্ডজফম নিজে। ভৃগুপত্নীনা য়াবিখি। মাদুদা বিষ্ণুনা শাউদুনা ভৃগুপত্নীগী মঙক চক্রনা ককখি। মুপী কায়নবগী অৱাবা নংলবা ভৃগুনা বিষ্ণুদা শাপ তৌখি অসুম্না "হয়েং নহাক্না মীওইবগী মপোক্তা মীরমলেন্দা দশরথকী মচা ওইনা পোকপা ( অবতার তৌবা ) মতমদা চহী কয়া চুপ্না নহাক্কী মুপীগা কায়নবা ওইসনু, মাদুগী অৱাবদু নহাকসু ওইসনু।" হায়ৱিবা লিরবা য়ারীসি দুর্বাসানা মহারাজ দশরথকী মফমদা ফোংদোকখিবনি। সীতা নির্বাসন ইদুনা বিধিনা থমগ্রবনি, খাণ্ডথক্কী য়াফম নত্তে, থবক নত্তে। য়ামায়ণগী মনুংদা য়ারী অমগা থোদোক অমগা ইরৌ লৌশিন্নবা উই।

অসুম্না চহী ১২ য়ামনা নিংথৌ ওইনা অযোধ্যাদা পাল্লে। মনুং অসিদা মীরোনগ্রবী সীতা বাল্মীকিগী আশ্রমদা মচানীপা অনী ফাইবোক পোকলে। মহর্ষিনা কুশ খুদাপ অমা ফোয়রগা ময়ায়দা ককথৎলগা মতোনগী শরুক্না অহনগী মশা পুন্নমক শীত্তোক নাম্থোকহল্লে মথোক্কী শরুক্না অতোনবগী মশা পুন্নমক শীত্তোক-নাম্থোকপীরে। মাসি ভূত প্রেততগী কন্নবনি। কুশগী মতোন থংবা শরুকপু কুশ কৌই, মথোক থংবা শরুকপু লব কৌই। অসীগী মতুং ইন্না কুশ, লব অনীগী মমিং অদুম মহর্ষিনা থোনগ্রে। কৌশল্যা, কৈকেয়ী হায়না কৈকেয়ীনা সুমিত্রাবু নম্বগুম মফম অসিদসু লব-কুশ হায়না অয়াম্বনা থক-খা ওন্নবা লৌই। কুশ-লব মহর্ষিনা মহৈমশিং পুন্নমক অৱাংপা লৈতনা তম্বিরম্মী। য়ামনা চহী ১২ পাল্লবা মতাংসিদা য়াজসূয় যজ্ঞ তৌগে হায়বা আশা ফোংদোকই। মাসিদা মপাঙ্গল কনবা নিংথৌনা য়ামগী মথা পোনবা য়ানিংগ্রবদি শা-লাল থোকুনা নিংথৌ শাগৈ

কয়াগা ইমু-নাইমু তানবা তাই। অস্থুম্না ভরতনা রামদা হঙ্গৎলবদা রামনা মাগী বাকমহু থাদোক্তুনা লক্ষ্মণগী অশ্বমেধ যজ্ঞগী ৱাদা তোংহুনা রাম অশ্বমেধ যজ্ঞ তৌই। চহী অমা চুপ্পা যজ্ঞ তৌরবা মতুংদা পূর্ণাহুতি পীরমদাইদা সনাগী সীতা মূর্ত্তি অমা ওয়দা থমহুনা মশক নাইবা মুণি ঋষিশিং বার্ত্তোন তৌই। মাতুগী মমুংদা মহর্ষি বাল্মীকিস্থ অথোইবা অমনি। মহর্ষিনা কুশ-লবগা লোয়ননা লাক্তুনা যজ্ঞ মকমদা মথোয়বু রামায়ণ স্থর-তাল মাত্রা কোম্ননা শকহনবা মতমদা অতাবা পুম্নমক শুমহৎখি। রামনা কুশ লববু মাগী মচামক্লি হায়না খঙলকই। মতুংগী মুমিত্তা সীতাবু পুবিংক্লগা ময়ামগী মাঙদা মাগী সতীত্বগী রাশক অমা লৌরগা লৌশিনজগে হায়না মহর্ষিদা হঙ্গৎচরবদা বাল্মীকিনা ভাব পুম্নমক খঙলহুনা য়াবিরে। হায়নবা মতুংইন্না মতুং মুমিত্তা মহর্ষিনা সীতা পুহুনা লাক্লগা সীতানা সভা মমাঙদা বাশকখিবদি—

যথাহং রাঘবাদন্যং মনসাপি ন চিন্তয়ে।
তথা মে মাধবা দেবী বিবরং দাতুমর্হতি

ঐনা রাম নত্তনা ( রাঘব নত্তনা ) অতোপ্পা কনাগুম্বা অমগা তোংনা তিন্নবগী রাদ থমখো, পূক্লিং—থম্মোইনা ফাওবা খল্লুদে। মাসিনা অচুম্বমক্ত ওইরবদি হে পৃথিবী ইমা ইবেম্মা, নহাক্না নহাকী গর্ভদা ঐগী চঙজফম পীনবিয়ু।

হায়রিবসীগা লোয়ননা ধরনী দেবীনা লৈবাক মমুংদগী (দিব্য) নীংথিজরবা সিংহাসন অমগা কোম্ননা ফাওগৎলক্তুনা সীতাবু (জানকীবু) কোনশিন্দুনা কমহল্লে। আকাশতগী লৈনা নো'চুবগুম চাইথরকখি। সভাদা তিল্লিবা ঋষি, নিংথৌ পুম্নমক পুমঙক ভকখি। ধরনী দেবীনা সীতাগী শেংলবা লমচৎ ( চরিত উৎলম্লগা মাগী গর্ভদা মকম পীহুনা সীতাগী অবাবা পুম্বা কোকহনখি। সীতানা লৈম্বুং চঙবা (সীতাগী পাতাল প্রবেশ) অসীগী মতাংদা রামায়ণ পাবা অমদি তাবগী মুঙাইবা লোইরে হায়বা য়ারে। রামায়ণগী সপ্তকাণ্ডগী মমুংদা উত্তর কাণ্ড,

অরোয়বা ৭শুবা কাণ্ড অসীদি মমাঙগী কাণ্ড ৬তা পীবা ফংবা মুঙাইবত্থ য়োঁদে। লঙ্কা কাণ্ড হায়বা ৬শুবা কাণ্ডসি লোয়বদা লাইরিক্কী অরোইবা খণ্ডহনবা প্রশস্তি অমসুং ফলশ্রুতি পীরবনি। মরম অসীনা ৭শুবা উত্তর কাণ্ডসিদি কোম্না হাপচিনবা ওইনা লৌনৈ। অমবু ওইরবসু মহর্ষি বাল্মীকিগী কলমনি হায়না কালিদাস, ভবভূতিন-চিংবনা বাল্মীকিগীনি হায়না লৌনরে। কাণ্ড হায়রগা ঐখোয়না (১) মরুওইবা থৌদোক (২) মশা মরেং (শাখা প্রশাখা) (৩) মতাং (পর্ব) অসুম্না লৌনৈ। ঋামায়ণদা মহর্ষি বাল্মকিনা গার্হস্থ্য ধর্ম্ম তরু-তরুবা ফিদম উত্তুনা থম্বিরম্মি। বাল্মীকিগী রাম অসী বিষ্ণুনা মীওইবগী মপোক্তা অবতার তৌবা ওইরবসু তাইবং মীওইবগী অরা অনা, মুঙাই য়াইফবদগী অমতা নাম্বোক্কে, চপ্ চানা মায়োক্নে।

রামায়ণ লেংবা মহর্ষি বাল্মীকি অসী আদি কবি হায়না খঙনৈ। মাগী রামায়ণ অসীবুনা আদি মহাকাব্য হায়না খঙনৈ। রামায়ণ অসী মহাভারতকী মমাঙদনি হায়বসি রামায়ণগী রাকম মহাভারত রারীদা য়াওবা অমদি পনবা, মহাভারতকী রাদি রামায়ণগী করিগুম্বা মফমদা পনবা থেংনদবনা প্রমান ওই! বাল্মীকিদি রামগী মতমদা লৈরম্বনি। দশরথকী মরুপনি হায়না লাইরিক্কা প্রমান তৌরি। অম্ভুনা রামগী পুন্সি ঋারী শিংশিংনা খঙবা মহর্ষিনি। রামদা লৈবা শুণ পুম্নমক থুপচিল্লগা অত্থগুম্বা মীশক অমতংগী মরমদা মহাকাব্য অমতং ইগে হায়না বাল্মীকিনা দেবর্ষি নারদগী মফমদা হংবদা নারদনা ঈখ্বাকু বংশ রামগী মমিং পল্লগা রামগী যৌবরাজ্য অভিষেক মতাংদগী হৌরম্ভুনা রাবণ হাৎলগা অযোধ্যাদা হল্লকপা মতাঙ ফাওবা লৌম্ভুনা রামনা নিংথৌ ওইবা চহী লীশীং ১১ (এগার হাজার বৎসর) চহী ১১০০০ শুবদা ব্রহ্মলোকতা চৎখিগনি হায়বসি ফাওবা নারদনা বাল্মীকিদা হায়রম্লগা স্বর্গগী লম্বীদা নারদ লেঙখি। অসীগী তুংদা মহার্ষিনা তমসা তুরেল মপান্দা মাগী শিষ্য ভরদ্বাজগা লোয়ননা

লাকপদা ভাম্ন থঙ্গোং মতৌ-মনাওগী অরাব থেংনরুবদগী রামায়ণগী অহৌবা শ্লোক "মা নিষাদ প্রতিষ্ঠাং..........." হায়বসি খণ্ডহৌদনা থীদোকখি। অস্নুম্না শ্লোক থোকখিবসিগী মরমদা য়াম্না রানা রাখন তৌরিঙৈ মতমদা মাগী অরাবত্থু কোক্লনবগীদমক শ্লোক অদু ব্রহ্মানা বাল্মীকিদা ইনশিন্দুনা হায়হনবনি। মহাক্না ইগদৌরিবা মহাকাব্যত্থু ওইদবা অমতা য়াওরোই, খণ্ডদবা পুম্নমকস্থু শোয়দনা খণ্ডবা ওমগনি। চিংনবা লৈতনা রামায়ণ অদু ইয়ু হায়না মমাওদা ফাওরকুনা তাক-পীরম্নগা অন্তর্ধান ওইখি। মতুং তাবদা থোক্লিবদি মহর্ষিনা যোগাসন ফমথ্রে। যোগগী শক্তিমা রামগী মরমদা পুম্নমক খণ্ডবা ওম্লে। অদুগী মতুংদা

চতুর্বিংশৎসহস্রাণি শ্লোকানামুক্তবানৃষিঃ।
তথা সর্গশতান্ পঞ্চষট্ কাণ্ডাণি তথোত্তরম্।

শ্লোক ২৪০০০, সর্গ ৫০০ অমস্নুং কাণ্ড ৬ অদুগী মতুং উত্তর কাণ্ড লেংঙি। মাসিনা তাকপদি অহানবদা কাণ্ড ৬ অসী লেংলগা অমুক ঃশুবা উত্তরকাণ্ডসি মপশিনবনি হায়বসি "তথোত্তরম্" হায়ব-সিদগীনি। রামনা বিষ্ণু অবতার ওইবগুম সীতাস্নু "অযোনি সম্ভবানি" মীনা পোকপা নত্তে (যোনিদগী পোকপা নত্তে) জনক নিংথৌনা যণপোৎ থোইবদা লাঙ্গোল লীক্লমদা ফাওগৎলকপনি। লাঙ্গোল য়োৎপাকুগী পোকপা নত্তে। সীতা হায়বদি লীক্লম (রেখা) হায়বনি। অসীগুম্না চওৎনবা রাকম য়াম্না থেংনৈ। মীওইবগী পুন্সিদা চহী ১১,০০০ হিংবা ওইথোক্তে। মরম অসিদগী মহর্ষি জৈমিনিগী মীমাংসাদর্শন সুত্র ৬। ৭। ৪০ দা "অহাণি বাস্তি সংখ্যত্বাৎ" হেল্লৎনা হায়জিনবা অমদি ওইথোক্তবা রাকম লাকপদা চহীগী মহুত্তা সুমিৎ ওইনা লৌগনি। মাত্থুদা পারবদি রামনা পানবা চহী ৩০ থা ১ সুমিৎ ২০ ওই। রামনা অযোধ্যাদা হল্লকুনা নিংথৌ ওইরবসি রামগী চহী ৩৯ শুবদনি। অদুনা রামনা নিংথৌ ওইরম্বা চহীগা পুম্নগা

রামগী পুন্সি অসী চহী ৩৯+৩০। ১। ২০ মুমিং=চহী ৬৯। ১। ২০ ওইবনা যুক্তি বিচার ওই। অদুগুম্না রামায়ণগী মকম অমদা পাখং ফাত্রিবা ( অপ্রাপ্ত যৌবন ) ব্রাহ্মণ মচা অমগী চহী ৫০০০ ( লৌশিং মঙা ) হায়না পল্লি। পাখং ফাত্রিবা অঙাংনা চহী ৫০০০ শুবা হৌনদবা মরমনা মুমিং ওইনা লৌবা তাই। অদু ওইরবদি ব্রাহ্মণ মচাদু চহী ১৩। ৮। ১৫ মুমিং হায়রগদি যুক্তি সঙ্গত ওই। অদুম্না য়াম্নী ইবা, পাবা তাবা মতমদা বিচার খর চঙবা তাই। নত্রবদি মতম কুইনা অয়ানবসি অদুম লৈবা তাবনি। রামায়ণদা রাম হায়বা নত্তুনা রামচন্দ্র অমদি রাম ভদ্রনচিংবা অমতা য়াওদে। কৈকেয়ী ৩শুবা রাণীনি, কুশনা লবদগী অহন্নি অসীনচিংবা ময়াম অসী খর মুম্না যুক্তি বিচার তৌবা চুম্মি।

চৈত্রগী শুক্লা নবমীদা রাম পোকই। রামনা চহী ২৫, সীতাগী চহী ১৮ শুবদা যুবরাজ অভিষেক তৌরমদাইদা চৈত্রগী শুক্লা পঞ্চমীদা রাম বন চংলি। রাম রাবণ মুমিং ১৭/১৮ লান শোক্লে। শাগৈ-নাতৈ, মরুপ-মপাং তুম্না শিরবা রাবণ মশামক পৌষগী অমাবশ্যাদা লান চঙলকই, মুমিং অদুএক্তদা রামগী ব্রহ্মাস্ত্রনা রাবণবু হাংখি। বন চংপা চহী চপ্‌চানা ১৪শুবা চৈত্রগী শুক্লা ৬ষ্ঠীদা রাম অযোধ্যাদা হল্লকই। মতুং মুমিং হুমনি কোনবদা রামগী চহী ৩৯ চপ্‌চানা শুই।

রামায়ণ য়ারীদা শা-উচেক, য়োং, শঙম্, হিংচাবগী য়াকম য়াও-রিবশিং অসী হুজিক্কী ঐখোয়না খঙলিবা উরিবা য়োং, শঙম, উচেক্কী শকওং, শক্তম, জ্ঞান অদুগা য়াম্না খৈন্নে। জটায়ু দশরথকী মরুপনি। উচেক্কী শকওং খর লৈজবতনি। মহাক শিবগী হৌনবী কর্ম্ম রামনা শক্তী হাংলগা পিণ্ডদান কুশদা থাদুনা তৌই। রাবণনা মহাদেব উননবা কৈলাসতা লাকপদা মহাদেবী মনাই নন্দী কৌবা য়োংগী মমায় মানবা অদুনা অপনবা পীরুবদগী রাবণনা করেম্নবা য়াঙাং তৌখি। মাদুদা রাবণদা নহাক য়োংগী মখুত্তা তুম্বা ওইয়ু হায়না শাপ তৌখি।

মাতুমক ওইখি। হনুমান য়োং নত্তে। য়োংগী মাইথোং মানবনি। অদুনবু রামনা অযোধ্যাদা হল্লকপা মতমদা রামনা হনুমানদা লৈমা ১৬ হনুমানগী মুপী ওইনা পীখি। হনুমান্না য়োং ওইরম্লবদি লৈম-শিংদুনসু য়ারম্লোই। রামনসু মীবু য়োংদা পীরম্লোই। বালী, কুম্ভকর্ণ রাবণ, ইন্দ্রজিৎ, বেদ, জ্ঞান লৈবা, ঈরাৎ-পূজা যজ্ঞনচিংবা খোৎ-খোৎপা তৌই, শ্রাদ্ধ কর্ম্ম তৌই। পূম্নমক অসী মতম অদুগী বানর সভ্যতা, ভল্লুক সভ্যতা, রাক্ষস সভ্যতা য়েংলগা ময়েক শানা উবা ফংজি। ভাঙনবা লোনসু সংস্কৃত লোন্নী। শা-উচেক, হিংচাবা পূম্নমক সংস্কৃত খঙজি। মন্ত্রবদি অমগা অমগা কয়ম্না ভাব ফোংদোক্লগনি। হন্জিন্না বারীদদি, য়োংদ-য়োং, উচেক্তা উচেক, হিংচাবদা হিংচাবা ওইনা অদুম তারি, লৌরি। অদুগুম্না মহাভারতসু শান্তি পর্ব্বগী রা থূন্দুনা লৌবা ঙমন্ত্রবদি তরং মালংদা তাবনি, লৌবনি, পাবনি হায়না লৌদবা ঙমদে। অসীগুম্না ওইথোক্কবা, ওইবা য়াবা য়াম্না মুন্না খঙবা তাবনি। মশা মী, মপোক নোংশা মকোক্কী নৃসিংহগী রারী নীংথিনা য়াওরি। রাবণ মকোক ১০ পাল্লি মথুৎ ২০ পাল্লি হায়বসিদা অকনবা বাফম ওইনা মী অমদা ওইফম থোকপা য়াদবা পূম্নমক অওইবমক ওইনা লৌরি। পাঙ্গশেংবদি তান্ত্রিকী শক্তিনা শক্তি ময়ক মরক্তা পুথোকপনি হায়বসিনা অচূম্বনি। রাবণ শিরবদা মাগী রাণীশিংনা কনানা কোক, কনানা মায়, কনানা খূৎ, কনানা মিৎ হায়বা অমত্তগী (একবচন) গী রা ঙাঙতুনা হায়। ময়াম খঙনবা (বহুবচন) অমত্তা য়াওদে। অদুনদি কোক, মিৎ, নাকোং, মায় অমতনি হায়বা তশেংনা তাকলি।

রামায়ণগী মসুংদা মরুওইবা শরুক, মতাং, মফমদা চয়েৎনবা, অমগা অমগা লৌশিন্নবা থৌওং কয়ামুক তোয়না থেংনৈ। কনা অমদা শাপ ভোরম্মি, মফম অমদা মাতু কোকপা রাফম অমা লৈরম্মি; কনা অমদা অমর বর পীরম্মি, মতাঙ অমদা মাতুবু নমহৎপা অমা অমুক

লৈরম্মি। অশুম্না লাই ওইবগী পুন্সি থৌদোক্না মীওইবগী ফিদম ওইনবা লেংলম্বা রামায়ণনি। করিগুম্বা মতাংদা রামনা মহাকসি নরায়ণ বিষ্ণু অবতার ওইবগী মরম কাউথোক্লুনা চুমগী মীচম্ অমগী লমচৎ, থৌদো উৎলকপদা ব্রহ্মা, অগ্নিদেব, লাইশিংনা মাংদা শংশং ফাওরক্লুনা মাগী অবতারগী রাকম নীংশিংজি। চিংনবা, লাম্না লৌবদগী লাকপা মহৈদি মুংঙাইবা নত্তে, অথেংবী অরাবনি। ওথেল্লোনা ডেস্দিমোনা হাৎপনা মীরমলেনগী ওইবা অরংবা খুদমনি। "Tragedy arising from misunderstanding is the gravest one" হায়না ঐথোয়গী ওজানা সেক্সপিয়ার ড্রামা তম্বিবদা হায়খিবা তোয়না নিংশিংই। খেন্নবদি রামায়ণনা লাইরমলেনগীনি হায়বতনি। সীতা লৈমুংদা চংখি, রাম চংনা ব্রহ্মলোক্তা কাখি। মাসি তাইবং মীচম্না ঙম্বা নত্তে। সীতাগী সতীত্ব, রামনা পুরা খংজি, সনাগী শক্তি ফাবা য়ারোই হায়বা শেংনা খংজি, অদুবু নিংথৌম্মু তৌই হায়দুনা প্রজানম্মু মাগী মাগী মুপীশিংনম্মু পংতো তৌশিল্লকনি অসিনী রামগী রাখল বিচার। সীতাবু য়ৈহত্তুনা শক্তী ফাবা চত্তবা য়াবনি, অদুবু মীওইবা মপোক্তা নীপাগী মফমদা মুপীগী শক্তি আদর্শ পীবনি। রাম বন চৎলোই হায়না মুরুবদা রাম মায়থীবা ওইরোই, অদুবু মপাগী রাশক ঙাকদবনি হায়বা ফিদম অদুদি উৎনিংজি। মশক মতৌ ফজবী, মপুরোইবা নীংবী মুপী অমগী মপুরোইবা লৈত্রবদা নীপা ওইবশিংনা মুপী অদুবু কলক মিহৌবা য়াবগী রাকম য়াম্না চম্রবা তাইবং মীওইবা খরতনা খনগদৌবা রাকমদু সীতানা লক্ষ্মণদা থারকপা খোন্ পুকচেল শেংজপ্রবা লক্ষ্মণবু খাংবা ঙমহন্দবা মুপী ওইবগী অমম্মুং মীওইবগী হৌনশানি।

মতৌ অসীগুম্না মহাভারতলোমদা য়েংলুবদা পোম্বা তৌনদুনা শাস্ত্রবদগী থোকপা ময়েক শেংনা উবা ফংজি। পোম্বাদা হেজিনখিবদগী মরল মথুম, মরৈবাকন্ত নত্তনা মতু মচা থাদোকপা, মশাদা নত্তনা মচীন্ মনাও ৫ বন চৎপা অঙকপা পোম্বানি। চহী ১২ বন চৎপা চহী

অমা লোন্তুনা লৈবা মতাং অসিদা কুল পুরোহিতনা মখোয়গী অৱাবন্থ কাউননবা লীবা লাইশিংনস্থ নংখিবা ৱারী কয়ামুক মহাভারতত্তা য়াওই। হায়রিবা ৱারী মচা ( Episode ) কয়ামুক অসী আদর্শ ওইবা ওাক্তা ওইবনা তুংগী সাহিত্যগী মচাক ওইনরি। মতাং অসিদনি Prof. Mc. Donald না Mahabharata is the Encyclopedea of Indian literature" হায়বা comment ( মন্তব্য ) পীরম্মি মুমিং ১৮ শোক্লবা লানগী ৱাদি ৱারী হায়বন্থনি। লানগী মরুদি শ্রীমদ্ভাগবত গীতা শাস্ত্রদা লৈরে। মরুওইবা ৱাফম্মা অনুশাসন পর্ব্ব অমদি শান্তি পর্ব্বদনি। ভীমনা দুর্য্যোধনগী ফৈগল অনী পুম্না গদানা কুদেকপা অর্জ্জুনগী ঈঙ্গিততগীনি। শ্রীকৃষ্ণনা হায়বা নত্তে। তৌবদি কৃষ্ণ-অর্জ্জুনাদ অমতনি। গদা যুদ্ধগী অরানবা লাল্লোংনি। গদাযুদ্ধদা থ্বাওগী মথাদা গদানা কুবা য়াদে হায়বসি লান অত্থগী অচুম-অরান য়েংলিবা বলদেবনা ভীমগী অকায়বন্থনীদমক ভীমবু দণ্ড পীননবা মাগী লাঙ্গোল পায়ন্থনা থোরকপদা শ্রীকৃষ্ণনা বলদেববু থামজিনখি। মাত্থদগী বলদেব থীন্দনা দ্বারকাদা অত্থম লেঙ্ক্রে। দুর্য্যোধন অত্থম শিবে। বিচার লৈখিদ্রে। অশিবত্তা অত্থম মাওজে। পাঙ্গলদা ভীমনা কল্লবস্থ গদা লান্দি দুর্য্যোধন্না য়াম্না হেন্না হৈ হায়বসি কৃষ্ণনা অর্জ্জুন্দা ৱারী তৌই। অত্থনা মীনস্বা ( unfairmeans ) য়াওব্রবদি পাণ্ডবনা মহাভারত লান ওম্বগী উপায় লৈতবসি শ্রীকৃষ্ণনা মীচঙ ওইরিবা পাণ্ডবকী মায়কৈদা তোয়না উবা ফঙডি। দ্রোণ, কর্ণ, ভীষ্মনচিংবা হাৎপদা কৃষ্ণগী থুজিল থোৱাং, পাম্বৈ পাউত্তাক কয়া শীজিন্নৈ। মাশোমদা য়েংলবদি রামায়ণ অমস্থং মহাভারত অনীসিগী মরক্তা মীওইবগী পুন্সিগা চানবসি ৱামায়ণনা য়াম্না হেল্লি।

ভারতকী মহিলা, অহল্যা, তারা, মন্দোদরী. কুন্তি অমস্থং দ্রৌপদী ৫ অসী প্রাতঃ স্মরনীয়নি হায়না শীংথাবা মতমদা দ্রৌপদীগী মথক্তা

মীৎয়েং চঙবা থেংনৈ। নীপা মঙাগী সেবা তৌবা, অর্জুনবু হেল্লা লুনা তৌবনা মহাপ্রস্থানগী মতমদা মহাক্লা হাল্লা ওন্থনা লৈহৌই অসীনচিংবা। তশেংবদি অর্জুন্না লক্ষ্য ককপনি অদুনা অর্জুন্না মাগী অশেংবা মপুরোইবনি। অদুবু গুরুগী য়াথং, কুন্তিগী য়াথং ঙাক্নুনা মঙাগী সেবা তৌখিবনি। অদুগীদমক মাবু প্রাতঃ স্মরনীয় ওইবনি। চুম্নগী মীৎয়েংদা নীপা লোনবা (Polyandry) গী ঋাকমদা দ্রৌপদীবু তুহৎপা য়াদে। অস্নুম্না ঋারী, লাইরিকশিংসি মাগী মাগী তাৎপর্য্য, পরমার্থ য়েংশিনবা ঋাৎপদগী সাহিত্যদস্থ ময়েক শেংদবা য়াম্না তোয়না থেংনৈ।

পাক চাওথ্রবা রামায়ণ মহাভারতকী ঋাবু পীকথ্রবা চেনা থরদা ঋাথল থেল্লবা কলমনা মপুম থীংনা নৈনবা ইয়ান লঙ্জবনি। ঋাহৌদোক ওইনা লংলা লংজিন থরদং চিংথোকপা হৌজবদনি। মতাং অস্নাইদা মহাকাব্য মহাপুরাণগী ঋাকমসি থমজরগা হুজিক হুজিকী কল্লা নৈনরিবা মৈতৈ লৈবাক্কী লীলা, ঋারী-কুম্মৈগী ঋাকম থরদংনা ঋারেং অসী খোমজিন্ ভাশিনবা ওইজগে।

মতৌ অস্নুম তৌরদুনা মোইরাং কংলৈরোনগী খম্বা-থোইবী শায়োন্দা ঋারী মপুংগী মথক্তা অশৈবশিংনা অভাক-অফোওননা মীচঙ্ শঙ্গল লৈবগী মওং তোয়না থেংনৈ। খম্বগীদমক থোইবী থোইবীগীদমক খম্বা শায়োন্দবা য়াদবনি। ফিদম মপুং ফাননবগীদমক মোইরাং কোঙয়ানবা নোংবান পোক্তবা য়াদবনি। নত্রবদি বণ শেন্‌বা মতাংদা চৌধুরীগী শঙ্গায়দা হুনখিবা মরম অদু থমনখোংদা অভাক অফোং-নরকপা মুংশি পরৈ চেৎশিনখিবা অদুদা অদুম লোইশিনগদবদু চৌধুরীবা নোংবানগী শরৈনা য়েৎশিন্দুনা খম্বা-থোইবীগী লৈপুন মপুং ফাননবা শেম্বদা তারীবা অমস্নুং পারিবশিংগী ঋায়েন অমা মোইরাং অশৈবশিংগী মফমদা চঙনিংবা পোকই। খম্বা-থোইবী লাইরমলেনগী শায়োন্নি, চৌধুরীবা-নোংবান মীরমলেনগীনি। মীগা-লাইগা, লাইগা

হিংচাবগা থায়নদগী লাইদনা অয়াম্বা ঙমহৌনা লাকই। মরম অসীনা লাইগী শক্তি তংখায় য়াওরবা খম্বা থোইবীনা মায় পাকপদি শোয় দবনি। খম্বগী নহা ওইরিঙৈদা পংতক শুদকপা, পূকচেলদি য়াম্না শেংজবা অহুগী মথক্তা পূকচেল য়াম্না তিংবা অমস্থু য়াওরবা খম্বগী পুক্নিংদা খাঙহৎথক্তা পুন্সি কেম্বা, লোম্বা য়াবা থৌদোক কয়ামুক থোকখি। থোংলেন অথোবগী মশুণ, চাউবা নোংথোনগী কুটনীতিগী হৈ শিংলবা খুজিল থৌরাং অহুগী মথক্তা লাইগী নোংদমনা হেক-হেক শক্লে। নত্রবদি খম্বা থোইবীগী শায়োন য়ারী খাঙতগ্দা লোই-শিনবা তারম্মী।

খম্বদি মীগী থৌইনশিন অমা য়াওব্রবদি মশানা থবক অমা পায়খৎপদা মঙম শান্দবদৌনা উই। থোইদোক হেন্দোক্লা মচেম থমহুগী রা য়াওব্রবদি খম্বদি থবক থবক তৌবা ঙমদে। অমরোমদা মমা শকপী থমহুগী রা য়াওদবা থবক তৌনিংদে। সনা ঈ চঙলবী থমহু রাখল থেনবী নত্তে। খম্বগীদমক্তা ইকাই শেঙ্গোয় হাঙনা থবক তৌবদা চিংনদে। চিরবা মতমদা অঙকপা বুদ্ধি, লৌশিং, উপায় পুথোক্তুনা মৌপরাবু মীরক তিলহনবা, মায় পাক্নবা হোৎনবা ঙম্মি। খম্বনা থোইবীবু মুংাশবসি মীনা ইনশিল্লগতা থোকপগুম্বা মরক মরক্তা থেংনৈ অমদি ভাবা ফঙজি। মতাঙ অসিদা খম্বনা থোইবীবু মুংশিবাস কয়াবু য়োক্ষাত্তবরা হায়বা অহু ফাওবা থনবা য়াবা মতাঙ লাকই। মাসি নোংবান্না থোইবীবু নীংজবা অহুগা খাত্রাং থারগা ময়েক শেংনা উবা ফঙজি। খাঙ্গেশেংনমক অঙৌবগা অমুবগা খাত্রাং থম্লগা অঙৌবনা হেম্না ঙৌনা, অমুবনা হেম্না মুনা উবা মশানা তাবনি। তৌবদি লাইগী খুজিলনা মরুওইবা বারী ওইবনা খম্বনা মায়থীরমদাইদা মীগী খঙদে, লাইগী খঙদে উকল অমা পাইরক্তা হেক-হেক লাক্লুনা খম্বনা মায় পাকই। তৌবগীদি পাঙ্গলগী চাংয়েংদা খম্বনা নোংবানবু মায়থীবা পীনিঙায় লৈতবা নত্তে। মীরমলেন্দা য়েংলুরবদি তালোয় তরেং লৈরবা নোংবান্দগী মযুম মকৈ পান্দ্রিবা ব্রহ্মচার্য্য ওইরিবা খম্বনা

হেন্না মপাঙ্গল লৈরোইদবগী মরম লৈতে। অদুদা অচৌবা মচা, অঙোম নিংথৌগী মচা ওইবা, চাবা থকপদা অহাউবা, চানীংবতা চাবা ঙম্বা, মশা মউ ফনা থম্বা ঙম্বা অমা ওইরম্বনা মতম অদুগী নিংথৌগী পানা পাম্বোম ওইবা ঙম্মি। অদুমকপু হুজিক্কী মতম মীৎয়েংদা য়েংলগদি থম্বগা নোংবানগা লম্বা তৌবদি ওইথোক্তে। অদুবু লাম্বা য়াওরবদি লাইগী থুৎশেম কুম্মৈ কায়বা ভাবনা নোংবানসু মতীক চানা কন্দবা য়াদে। থোইবী ফৌ-ওইবী লাইরেনবীগী শায়োন্নী। মঙোন্দা মথল-মথা অয়াম্বা গুণ, শক্তি লৈ। ফিমক্তা শাবদা আকাশতা পাইরিবা উচেক্কী মওংগীময়েক থোক্না শাবা ঙম্মি। পাইরক্কী লৌশিং লৈ। শা ঙা, উচেক-য়ায়াগী মরোল থঙবা ঙম্মি। থম্ববু শামু থোঙদা য়েত্তুনা শিবা তারবদা উচেক্কী মরোলদগী থুদক্তা থম্ববু কন্নবা হোৎনবা ঙমথি। মশামক কবো লোইদগী কারকপদা নোংবানগী মথুত্তগী নাম্থোক্নবা পাইরক্কী লৌশিং শীজিন্নখি। মাদুদা শীজিন্নখিবা থোইবীগী লৌশিং পোরম অদুবু (strategy) হুজিক মৈতৈ থুম্লোন, "কবোরাই" হায়না থঙনরি। থৌদোক অয়াম্বদা থোইবীনা থম্বা অসী মাগী লাংদা থুরবা শান্নপোৎকুম্না লোয়ন লোয়ননা পুবা ঙম্মি। থোইবীগী অশেংবা মুংশিবা অদুমক্তনা মী-লাই পুন্নমক্না মহাক্কীদমক থম্বা কন্দবা য়াদে; য়োক্তবা য়াদে অসীগী মথক্তা অশৈবশিংনা অতোঙবদা লৈথোনবা. অকুৎপদা লৈত্তৌবা হায়বগুম থম্বা-থোইবীবু থাঙ্গৎখিবনা নোংমদোন অতিঙা য়ৌই; চৌথ্ববা-নোংবান অনীবু ঈম্থখিবনা লৌথৎপা য়াত্রবা থাক্তা থম্মি। অদুগী মথক্তা যথা (যতঃ) ধর্ম্মঃ তথা (ততঃ) জয়ঃ" হায়বা থোল্লাউ অমসু নোংশিল্লি।

অমরোমদা মীরমলেন্দা য়েংলুবদা চৌথ্ববা-নোংবানগী মরমদা মীরম্-লেনগী হোনশা ওইবা য়াম্না শেংনা উবা ফঙভি। মচা মনাইগী মক্ষমদা পেনপ্রবা নীপা ভুপীগী মক্ষমদা মপু অমনা তৌবা য়াবা পুন্নমক তৌরি

ৱাফমসি ফিদমগী মশক ওইনা মথক্তা পনপ্রবা রামায়ণ মহাভারতসু য়াওগ্রে। মশানসু শিবমখৈ পামজপ্রবা, মপানসু পীরবা মজাইবেম্মবু ( থোইবীবু ) লৌননবা মীওইবগী শক্তি মমুংদা লৈবা পাম্বৈ পূম্নমক শীজিন্নবা মশানা তাবনি। করিগী হোৎনরোইদবনো হায়না হন্দুনা হংবদা পাউথুম লায়রোই। চীঞ্জুবনা নোংবানবু চানুবা ময়েক শেঙতি। নোংবাননা থোইবীবু নীংজব থম্মোইগী ওইবনি। মাসিদা নোংবানগুম্বা নীপা অমনা তৌবা ঙম্বা শক্তি পুম্নমক শীজিন্নবা ওইথোক্কবা নত্তে। মাসিদা অশৈবা, ভাবোক ৱাওনা নীপা অসিগী মথক্তা তাথী ৱা চঙবদি চুমদে। নোংবানগী মফমদা ভাবোক অতু অমুক্তং থাংজিন্দুনা চাংয়েং তৌবগী ৱাখল অতু লৈরগদি অতুপ য়াম্না তাথী ৱা ভাঙলোই। বিধি লিপিনি, নিয়তিগী থুজিন্নী, মপূগী নোংদমথোম্নি। মীগী ৱাখনবু লাইগী নোংদমনা নমহৎপা. মীগী শক্তিবু লাইগী শক্তিনা ঙম্বা, মাসি লাইগী ৱায়েম্নি। অতুনা মীওইবগী শক্তি ৱাখলবু অকক্নবা থাক্তা থম্লগা লাইনা মাতুগী মথক্তা, ৱাংমদা শাম্নৈ। ষণ শেনবা, ঈন্ চিংবা, লৈ লাংবা, কাঙজৈ, কাং শাম্নবা, লমজেল, কাও কাবা অসীনচিংবদা খম্বনা মায় পাকপা দৈবশক্তি অতিমানব ওইবা শক্তিনা শীল্লকই। লমজেল, শামু খোঙয়েৎপা উকায় কাপ্পা মতমদা চীঞ্জুবা নোংবাম্না লৌতুনবা থবক কয়াসি মীওইবগী শক্তিগী মমুংদনি। মতৌ অসুম তৌরতুনা মীগী থুজিল পূম্নমক লাইগী থুজিলনা থুগাইরকই। অরোইবা মতাঙদা খম্ব-নোংবান চায়নবগী থাক্তা লাকপা মতমদদি মী-লাইগী নোংদম শক্তি পূম্নমক খাঙজিন্নরে। লমসু লাপ্তে, তাসু নোংবাম্না হাম্না লংবা তারবনি। নোংবানগী তাদগী খম্বনা নাম্থোক্কদবা কদায়-দনো? পাইরক অসিদা খোইরেম্তাক্তা কুঞ্জমালা ( অচাইমা ) বু কৈনা শোক্লম্বগী কৈবাউ লাকপদা খম্ব-নোংবানগী ৱায়েন অসী খোইরেম্তাক্কী কৈ অতু ফাবা ঙম্বা নীপা অতুদা ওইরসি হায়বা চাউবা নোংখোনগী পাইরক্কী মাহৌদোক্লা নোংবানগী তা লংবা থামখি। মাসিদা খম্বগী থম্লাই মাঙবা কনখি। মতৌ অসুম তৌরতুনা কৈগী

মথুত্তা নোংবান থবায় মাঙজ্রি ফাওবা লাইনা থম্ববু কনৃবা শোগংপা মী অমনা তৌবা শক্তি চাংয়েং লাইনা নোংবানদগী য়েংলি ।

মহাথথক্কীদমক কৈশুম দগ্তি ফাওবা ফংগ্রবা মপা ইবুংঙো যুবরাজ চৌথ্থ্‌বগী মতাঙ্‌ থরদা রায়ৌ পূকলৌ. থোয়রাঙ মৈশা লাংথিবগী মহৈ ওইনদি থোইবী ( থম্ব ) গী করি করি থোকখি। থম্বা-থোইবী থুয়া তুশিংনা পুন্সি তোল্লোইনা.পানখিবরা ? পানখিদে। অদুদি করিগীনো ? মতাংদুদি লাইগী শক্তি চঙখিদ্রবরা ? মতাঙদুদা লাইনা খুং থিং-জিংন্দুনা পুন্সি মুংশাংবা পামদ্রি। মীওইবগী ওইকম থোকপা মতাঙ অসিদা লোইরে। সাহিত্যগী লোন্দা, মহাকাব্যগী বাথল ( Poetic justice ) মাসিদা পীরে হায়না লৌবা য়ারে।

কাব্য অমসুং নাটক্কী মসুংদা নায়ক (মপুং ওইবা মীশক) মরি (৪) লৈ, মাদুদি (১) ধীরোদাত্ত ( হরিশ্চন্দ্র ) (২) ধীরোদ্দত্ত (রাবন) (৩) ধীর প্রশান্ত (যুধিস্থির) (৪) ধীর ললিত (শ্রীকৃষ্ণ মরি অসিগী মসুংদা ২শুবা ধীরোদ্দাও কাঙলুপকী নায়কনি নোংবান অসী। নায়ক অসী মায়াদা লুপ্পা, থম্মোই চাউবা, মথোদা মায় ওনশিনবা, নমথাক হৈবা, নাপল চাউবা, তথক তথকৃপা, লৌনম চাউবা অসীনচিংবসিনি। থোইবীগীদমক নোংবান্না শেমগৎ শাগৎপা পোরোল, থৌরাং থাগৎ-নিঙাইনি। উকায় কাপ্পা, মুক্না, কাঙজৈ, লমজেল, কাও ফাবা, শামু থোঙয়েৎপা অঙকপা বুদ্ধিগী পোরোলনি। মক্ক ময়াঙ্ খিংবা থৌরাংনি। থম্বদি হরিশ্চন্দ্রথোয়গী ফুরুপ ওইনা তৌই। অকনবা, অঙাকপদা (defensive) শান্নবা নায়কনি। মীনা স্তাক্রবদি, ইনশিন্দ্রবদি লেঙ-দবা মঙংদা লৈবা ওইনা তৌই। মুপী ৭ লোল্লবা নীপাগা মুপী ইথি থিদ্রিবা থম্বগা লাম্বা তৌবদি নোংবান কনৃবু কনমল্লে। অরোইবা তাংকক্কী কৈ ফাবা মতমদা কৈনা ছন্দোক্লম্নবা কুঞ্জমালা (অচাইমা) গী মশা থেংনক্লবদা নোংবানগী রাঙাং থোইবীবু মানা নীংজবগী অয়োবী থাকী খোনফমনি। চুমা মী অমনা তাবদদি মিমুংশি থঙদবা ওইনা থোকই। "হায় কুঞ্জমালা হায়বী, নবেন্ম থোইবী লৌজগদববু নঙ

শিজিন্নকুনা ঐঙোন্দা অকায়বা পীরে।" য়াম্না চুমপ্রবা রানি। চায়নবুং থোন্দুনা খম্ব-নোংবান তা লংনগদবগী শেম-শাবা লোইরবনি। নোংবান্নসু হান্না লংগদবনি। অতুগীসু মথক্তা লমসু য়াম্না নকপ্রবনি। লাইগী নোংদম অমগা কোম্ননা থোংলেন. শলাং মাইবগী মন্ত্র যন্ত্রনা থক্তোকপা নত্তনদি নোংবানগী তা-দা খম্বা থরায় মাঙবা শোয়দবনি। চাউবা নোংথোনগী পাইরক্কী লৌশিং নত্তনদি কৈ ফাবগী রাফম্ লাক্লমদবসু য়াবনি। মতৌ অসুম তৌরতুনা নোংবানগী থবক্তি য়াম্না মীরমলেনগী ( Humane ) ওই। খম্বগীনা দৈব শক্তি তোংবগুম তৌই। অতুনা নোংবান্নবু লৌথৎপা য়াদবা মী অমা হেক্তা ওইহনবসু সাহিত্যদা সাহিত্যকারশিংগী বিচার চঙদবগুম উরে। লৈবাক অমগী চাওথৎ থৌরাংদা সমাজ সংস্কার য়াম্না চঙি। সমাজ শেংদোকপদা সাহিত্যগী মচাক পীরিবা রারী, লাইরিক্কী মরী মথোঙ শেংনা থিবা তারকই। লাম্না লমজিংপ্রবদি কান্নবগী মহুত্তা অমাঙবা ওইরকই। মরম অসীনা সমালোচনা সাহিত্যগী পাক্লা অতুপকী মতীক রাংলগা লৈবাক্কী কান্নবা ওই। মাতুগী মচাক মথিন্ থিদবসু য়াদবনি। অতুগী মথক্তা যুক্তি বিচার অমসু য়াম্না কন্না চঙি। যুক্তি বিচার ঙম্নবা জ্ঞানসু লৈবা তাই।

থায়না লাই, মুণি ঋষিগী মতমদা অইবা ওইনা লাইরিক ওইরমদে। বেদমক অপূনবা ওইনা ব্রহ্মাগী মচীন্দা লৈরম্মি। মাঙোন্দগী লাই ওইরবা দেবর্ষি. মহর্ষিশিংনা মথং মথং চিনফা ওইনা লৌনরকই। মমৈদা পরাশর মুনিগী মচানীপা কৃষ্ণদ্বৈপায়ন্না অপূনবা বেদ অতুবু ঋগ, সাম, যজু. অথর্ব্ব হায়না ৪ থোক্লা থায়দোক্তুনা থৌরম তোঙানবা ৪ দা শীজিন্ননবা থনম্মি। বেদবু থায়দোকপিরম্বগী ওইনা বেদব্যাস ( ব্যাস=থায়দোকপা ) হায়না খঙনবনি। বেদব্যাসনা শ্রীমদ্ভাগবত, মহাভারতনচিংবা মহাপুরাণ কয়ামুক ইবিরম্মি। আদি কবি বাল্মীকিনা রামায়ণ ইবিরম্মি, মতুং তাবদা মহাকবি কালিদাস, ভবভূতিনচিংবা কয়া, মহাজন কয়া কযানা জ্ঞানগী লম্বী ওইননবা লাইরিক মশীং নাইদনা থম্বিরম্মি। ঐথোয়গী মণিপুর মৈত্রবাক্তা ওঝা গুরুদগী চীনফা ওইনা শরু-শোম্নরবা মোইরাং কংলৈরোন, খম্ব-থোইবীগী রারীসি কবিরত্ন হিজম ৺শ্রীঅঙাংহল সিংহনা চুংখাম ওজা শ্রীমনিক সিংহদগী লৌজতুনা লাইরিক ওইনা থম্বিরম্বসি চহী ৫০ গী মমাঙদগীদনি। পূম্নমক অসী সাহিত্যগী মচাক ঙাক্তনি। খম্ব-থোইবীগী মতম অসী লেপ্পদা

( Archeological survey ), অনুসন্ধান তৌবশিংগী লীথুন্দগী চাউরাক্না হুজিক্তগী চহী ৯০০/১০০০ গী মমুংদা ওইনা লৌই মতম অহুদা খম্বনা লাংলম্ব ফুরিৎ, শীজিন্নরম্বা নীংখম শমজিনচিংবা ঙাংখ-লরায়দা লৈরম্বহু য়েংনরুরবদি মতম অহুগী মীনা কাওফাবা, কৈ ফারম্বা ওইথোক্কবা নম্ভে হায়না লৌবা য়াই। মতাঙসিদা থিনিংবা রাকমদি কংলৈরোনসিদা য়ুবরাজ, কুঞ্জমালা হায়বা রাহৈ খর য়াও-রিবসি চিংননিঙাই খর ওই। রাহৈশিং অসী সংস্কৃত অমদি বাঙ্গলা বাহৈনি। খম্ব-থোইবীদি মথোম্নগী প্রভাব চঙিরিঙৈগী রারীনি। সংস্কৃত বাঙ্গলাদি গৌড়ীয় সম্প্রদায়, শ্রীকৃষ্ণ চৈতণ্যগী মতুংদগীনি ( Post Cheitanya ) নি। শ্রীকৃষ্ণ চৈতণ্যদি হুজিক ফাওবদা চহী ৫০০ দা মঙায়রি। অহুনা চহী ৪০০/৫০০ গী মমাঙদা থোকখিবা থৌদোক্তা করম্না মাগী প্রভাব লৈগদবনো হায়বা রাকমগী থোঙ লাওনা হাংদোক্লে অহুনা কুঞ্জমালাগী মহুত্তা "অচাইমা" য়ুবরাজগী মফমদা, শানৌতোন, মনাউ ইবুঙো মথং খনবা হায়বনা হেন্না চান-চুনগদ্রা হায়বস্থ নৈননিঙাই ওইবা রাকম লাকই। হেক্তা তৌশিল্লগা, হায়জিল্লগা লোইরে হায়বসি সাহিত্যদা খম্বা চুমদে। মাহুদগী খর খর তকশিল্লকপনা থোইবী শেম্ব চন্দণ থিনবা উরক্লে। নীংখম-শমজিন শেত্তুনা খম্বনা থোইবীবু নোংবান মখুত্তগী নাম্থোক্তুনা শগোল তোংহুনা লাকপদা শগোল ফাবা উরে। মাহুনা তাকপদি খম্বসি ময়ুমদস্থ নীংখম-শমজিন শেত্তুনা লৈরব্রা হায়বা রাহং লাকই। খম্বদি খুদৈ ঙবোংনা ফীজোল ওইহুনা লৈবনি। কংলা, কোম্বুং কারমদাইদা মীঙোন্দগী ফি বায়বনি হায়বসি বারীদা ময়েক লানা ফঙঙি। থো'লেন, শাউগনবা, মরিংজেল খাবত্তা নত্তনা মতম চুপ্পদা লানগী, দরবারগী ফিজেৎ কোয়েৎ, থাঙ-তা বরাবর লোয়ননা তুম্বা-তীপ্পা পুন্নমক্তা অহুগী অহু ওইনা লৈরবরা হায়বসি সাহিত্যকার, কলাকার অমদি নাট্যকারশিংগী মফমদা ওইবা য়াবা মওংদা চুমথোক চুমশিন, হোংদোক হোংজিন তৌহোবা য়াবা মতম ওইবদগী য়াম্না হেন্দোক্লব্রে হায়বসিদং পনজনিঙঙি।



